ꯃꯩꯇꯩ ꯈ꯭ꯔꯤꯁ꯭ꯇꯥꯟ ꯏꯃꯨꯡ-ꯃꯅꯨꯡ ꯑꯔꯊ ꯂꯩꯕ

# মৈতৈ খৃষ্টান
# ইমুং-মনুং অর্থ লৈবা



Opening Door Ministries Church of India (ODMCI)

ইজবা:

**Rev. হামোম বাবু সিংহ**

# মৈতৈ খৃষ্টান
# ইমুং-মনুং অর্থ লৈবা

ইজবা:
Rev H Babu Singh



মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ, বিষ্ণুপুর।

# মৈতৈ খৃষ্টান ইমুং-মনুং অর্থ লৈবা


অফোঙবা : অইবা মশা

ফোঙবা চহী : ২০১০, মার্চ ৬

মমল : ৯৫/-

কোপী মশীং : ১,০০০

মখুম য়েকপা : আর কে তোম্বীসনা সিংহ

নম্ফম : ঐজ্ঞা কম্প্যুটর প্রিন্টিংস সেন্টর,
কৈশামপাৎ জঙ্কসন, সিসিপুর পার্কিং, ইম্ফাল

লাইরিক ফংফম : অইবা মশাগী য়ুম
কাকৈথেল হৈনৌ খোংনেম্বী,
লাই নোংশাবা মমাঙ, ইম্ফাল ৱেষ্ট।

CHRISTIAN LITERATURE HOUSE
Khoyathong Road, Imphal-795001, Manipur

Rajesh Book House, Governor Road, Imphal


---

অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিক "যেক শলাই'
ফোঙলগদবা লাইরিক "অলফা ওমেগা" (প্রেসতা লৈরিবা)

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

সাহিত্যদা মাঙজিন থাবমক ঙমজদ্রবসু মচিন তুমখৎলক্লিবা বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্টকী মশা অমা ওইনা লৈজরিবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুব অসিদা অইবা লীকচবা মায়কৈ ওইবনা, ঐহাক্না খোইবাংননা লৈরিঙৈ মতম অসিদা সাহিত্যগী লৈচল অমা ওইননবা বিভবেন্দ হামোম বাবু মৈতৈ খৃষ্টান অসিনা ঐখোযগী মেম্বর অমা ওইবীদুনা মহাক্কী ইজবা "মৈতৈ খৃষ্টান ইমুং-মনুং অর্থ লৈবা" হায়না মিংথোনবা বাইবলগী শরুক অমা ওইরিবা লাইবিক অসি ফোঙদোক্নুনা মীয়ামদা খূৎশিন্নবীগদৌরিবা অসিমক হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইজে। লিটবেচবগী মনুং চল্লিবা খৃষ্টান ধর্ম্মগী ওইবা বাইবলগী মশা অসি ঐহাক থৱায হকচাং য়াওনা পাজবে। হায়বিবা লাইবিক অসি সাহিত্যগী মনুং চলহনবীরগনি খল্লুবদা ঐহাক ওম্থেক্লা নুংঙাইজে। চৎনিংবা ধর্ম্ম চৎপদা অথিংবা লৈত্রবা ঙসিগী সমাজ অসিগী য়ুমথোং খূদিংদা ওজাগী ধর্ম্মগী লাইরিক পাবা ফংজগদৌবিবসিমক ওজা বাবুগী অচৌবা তোপ তোপ্পা গুণ অমা চেল্লি হায়বসি ঐহাক্না চেংনা থাজে।

হামোম শগৈদা পোকচবা ওজা বাবু ক্বাকৈথেল হৈনৌ খেংনেম্বী লাই নোংশাবা মমাঙদা লৈবনি। মহাক ইংশোক ১৯৭৪গী মার্চ তাং ৮ দগী যীশু খৃষ্টদা লাইম্নিং লৌদুনা মমাঙদা পাপকী ওইবা তৌরম্বা থবক কয়া পাপ কোকচদুনা ঈংনা যীশুগী মফমদা থৱায় কৎথোক্নুনা মীনুংশিগা লোয়ননা লৈবি মাগী ইমুং মনুংগা। মাগী ইমুং মনুং পূন্না পূন্না ঈশ্বরগী মগুণবু শাগৎমিন্নদুনা ঈশ্বরগী মচা অমা ওইনা শিংথাবীদুনা যীশু প্রভুদা ইপা হায়না কৌবা ফংজখি।

ওজা বাবুগী ময়েক্তা পাপতগী মতৌ করম্না লাম্থোক্কদগে, পাপ হায়বসি কদাযদগী হৌরকপনো কয়া থিজিন হুমজিনবা মীওইনি। ওজাগী লাইরিক অসি পারুবদা ঐনা পামজবা মতেক অমত্তং পঞ্জরবদা- "শেম্বীবা মপু লাইনিংথৌনা

উফূলতগী নুপা অমা শেম্বীবে: অহিংবা থব্রায় হাম্বীবে। মপু ইবুংঙোনা নোংপোক হাযবম পাংবদা এদেন কৌবা হৈকোল লৈকোল ইংখোল অমা শেম্বীদুনা মফম অদুদা থম্বীবে। মী অদুনা ব্রাম্বিঙৈ (তূম্রিঙৈ) দা মহাক্কী শক্তকী নুপী অমগা অমুক পুখোক্লে।

নোংমদি লাইনিংথৌনা নুপা নুপীদুনা ইংখোল অসিদা হৌবিবা উহৈশিং চাবা যাদে। চাববদি নখোয় শোযদনা শিগনি। লিন অদুনা লাইনিংথৌদা পীবম্বা পাউত্তাকশিং অদু তাবম্মী। নোংমদি লিন অদনা নুপী অদুদা ইংখোল অসিগী উহৈশিং অসি চাউ নখোয কৈদৌঙৈদসু শিবোই হাযনা থেম্নম্মী। মাগী সৈতান ওইবিবা লিন অদুনা হাযবা ইন্দুনা নুপী অদুনা উহৈ অদু হেক্লগা চাবম্মী। নুপাদুসু চাবম্মী। চাবা হেক লোইবগা নুপা নুপী অনীদু মমীৎ পাওথোকখ্রে। পাপতা চংখ্রে। ইকায়বা মশক খঙলক্লে। ফি থোংগদবা অদু ইকাযদুনা মখোয হৈবোং মনানা ফিজেৎনখ্রে। লাইনিংথৌ অদু অমুক লাক্লগা, নখোয ঐনা হাযবা ইন্দ্রে. নখোয শোযদনা শিবগনি, পাপসু চেল্লবনি। নুপীদুনা লিন্না এঙোন্দা নমথাক তৌবীদুনা চাবুবনি।

ঈশ্বরনা য়াথং তৌবকখি- ফবে নুপী নঙনা অঙাং পোকপদা নাউযেক থাঙবা ওইজরো। লিন নঙনা নবুক্লা শিত্তুনা উফূল লেক্তুনা হিংজবো। নখোয অনীগী মবক্তা য়েক্লা তিংখং ওইজবো। নুপা নঙনা নুপীনা হাযবা ইল্লুবদগীদমক নবাইবক্তা হুমাং তাদুনা শূ নোমদুনা হিংজবো। অসুম্না ঈশ্বরগী ব্রাযেল বীদাব পীবম্নগা লাইনিংথৌ অদু চৎখিরম্মী।"

যাম্না ইতিহাসিক ওইবা ব্রাবীনি পুবাণগী মীওইবা শেম্নকপা পাপনা ববিনো পুন্যনা কবিনো হায়বদু মশক ফজনা তাক্লিবা ওজা বাবুগী বাইবলগ শকক অমা ওইবিবা পাবদা যাম্না কান্নবা লাইবিক্লি। ঙসি মীয়ামগী খূত্তা শিন্নজবে।

লমাবম তোমচা সিংহ
সেক্রেটবী
মণিপুব সাহিত্য পবিষদ
বিষ্ণুপুব ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ।

তা ৪/১/২০১০

# ৱাহৌদোক

মীতৈ খৃষ্টান ইমুং-মনুং অর্থ লৈবা :

১। মীতৈ ইশামক ৩০শুবা নিংথৌ থাংবী লান্থাবা খৃ: ১৩০২-১৩২৪ ফাওবা পাল্লম্বগী চাদা নৌদানি হামোম শাগে হৌজিক্কা ক্বাকৈথেল হৈনৌখোংনেম্বী লাই নোংশাবা মমাঙদা লৈজবি।

২। খৃ: ৩-৮-১৯৭৪ দা যীশু খৃষ্টদা নৌনা পোক্কুনা পূক্লিং হোংদুনা পাপ কোকপা ফংজখি। খৃষ্টগী ইমুং শাগৎনবা ঈশ্বরনা খনগৎপীদুনা ঈশ্বরগী মচা ওইনা শিংথাবিদুনা ঈশ্বরদা ইপা হায়না কৌবা ফংজখি।

৩। খৃষ্টান ইমুং-মনুং ঈশ্বরনা খনগৎলবা মচা মশুশিং, মাথি ৬:১০ স্বর্গ লৈবাক লাকসনু, স্বর্গদা নহাক্কা নীংবা তৌবগুম্না তাইবঙপান্দা ওইসনু হায়বা স্বর্গগী নাগরিক শিংথাববা ইমুং-মনুং মফম খূদিংদা খৃষ্টগী হকচাং শাগৎনবা থৌরাং তৌবা ইমুং-মনুং।১৯৭৪দা খৃষ্টান ওইবদগী ১৯৯৫দা ঐগী ইমুংদা নুপী ৮ লৈখি। ঐগী নুপী ১, ইচানুপী ৩ ইমৌ ইচা নুপী ৩ কোলেজ তম্বা ইয়াম্বগী মচানুপী ১ = ৮ কয়া ৱাজখি। ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজদুনা ঐগী ইচা ইমৌ কবম্না তম্বীগদবনো অপঙবা ঐঙোন্দা খঙহনবীয়ু হায়দুনা প্রার্থনা তৌজবদা ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা খঙহনবী। মাগী মাগী মবম চাবা ঈশ্বরগী বাইবলদগী ৱাহৈদু য়েন্থোকপীয়ু হায়না ঐঙোন্দা তাক পীবদু য়েন্থোকখি, ঈশ্বরনা চহি অমগী মতুংদা বিভাইব তৌহনবী। ওইহনখি হবাওবা অর্থ লৈবা প্রভু যীশুনা মবম অদুনা মাথি ৫:১৭ যীশুনা ৱায়েল য়াথং অবিবা অমসুং যীশুগী ৱায়েল য়াথং অদু নৎত্রগা ঈশ্বরগী ৱা তাকথোকপশিং ৱা অদু মাঙহনগে লাকপনি

হায়না নীংগনু, ঐদি মাঙহনবা লাকপা নত্তে থুংহনবা লাকপনি হায়বা য়ুম্ফমদা ইজবনি। বোস ৮:১ খৃষ্টদা লৈবশিংদা অরানবা তাবা লৈতে। মীতে ঐখোয়গী য়ুমখোং খূদিংদা মরুওইবা ব্রাহ্নেদু পীবিয়ু হায়না প্রার্থনাদা ঈশ্বরনা পীরকপদগী ইজবনি।

৪। ইমুং-মনুং অর্থ লৈবা বোমঃ ১০:৯-১০ "মীনা থর্ম্মচেবা ফংনবা পূক্লিংনা থাজে অরান খুভম ফংননবা মচিন্না হায়দোকচৈ।" শান্তি ফংজৈ। যীশু থাজবনা পাপ কোকপা ফংজৈ। ১ কোরিন্থীয় ১৩-৪-৬ "নুংশিবনা কুইনা থাংসু থাংবী, চানসু চানবী, নুংশিবনা কল্লক্তে, নাগল তৌদে, চাউথোক্তে, অথিবা মচৎ চত্তে, মবন্নাই থিদে, শাউদে, ফত্তবা শিংথোদে, থর্ম্মচেন্দবদা হবাওদে অদুবু অচুম্বগা হবাওমিন্নৈ।" ২ কোবিন্থীয় ২:১০ "নখোয়না কবিগুম্বা কোকপীবদু ঐনসু কোকপী সৈত্তান্না ঐখোয়গী ইথক্তা তোংজবা করিসু ফংদননবা নখোয়গী মরমগীদমক খৃষ্টগী মঙদা কোকপীখিবনি।" অদোমগী ওইবিয়ু "মীতে খৃষ্টান ইমুং-মনুং অর্থ লৈবা"।

প্রুভ বিডিং তৌবিখিবা নুংশিজববা ওজাশিং :

১। শ্রী বোবমনি সিংহ, রিটাইদ চীফ ইঞ্জিনিযাব;
২। ডা. উশম চাউবা
৩। বেভরেন এন. ইবোচৌবা
৪। বেভবেন এম. দেবেন
৫। পাষ্টোব কামি
৬। ইবোতোম্বী                    পূম্নমকপু থাগৎচবি।

ফোঙজবা :

**Rev. H. Babu Singh**

# টেষ্টিমোনি


Rev H Babu Singh

বেভবেন হামোম বাবুসিংহ ঐহাক্কী টেষ্টিমোনি মীয়ামগী মফমদা ফোঙদোকচবি। ইংশোক ১০।১০। ১৯৩৩ পোকই ইপা ইপুশিংনা হিন্দু ধর্ম্মা চৎপা মবম্না ঐসু লাইনিংদুদা চৎলমই । লাইবক থিবদগী লাইবিক য়াম্না তমজহৌদ্রে। অঙাং ওইনা ১৯৪৮ দা উ শৃবা কম্পনিদা য়াওবকপনি। ১৯৫৮ দা মীযামগী মীবক তিন্দুনা মীতৈ ঐখোয়গী অপূনবা শেমদবা যাদে হাযদুনা মীযামগী মবক তিনখি। মতমদুনা মীবৈবাক্তা অবাবা কয়া খাংলবদা ইপা ইপুশিংদা তেংথাদুনা "লাছ্বী ওইনা চেল্লক্লনা মীবৈবাক্তা থম্বীবস্বদগী ব্রাজবনি ঐখোয শিদোক্লমলবদি মীবৈবাক্তা পোকলমলোইদবনি ।" অদুবু হিংদবদি যাদবনিনা মীযামগী থৌ পুজবকখি। লোযনন‍া শ্রীজগনাথগী মূর্ত্তি বিপিয়াবিং তৌকবদগী হিন্দু ধর্ম্ম থাজবা ঐসি ইতোমদা ইকাযজবা লাকখ্রে, মীনা শাবা পোত্তুদা খুকুম্বসি যাম্না ইকাইনিংঙাইনি খনবা হৌখি । ১৯৪৬ দা হিন্দুগী বেদ তমজখি অমুক নীংশিলুবদা ধর্ম্মগী এনসেন্ট পেবেত, মোর্ডন পেবেত, মেদিবেল পেবেতশিং নৈনবদুদা পামজদবদু ওইবকখ্রে । ইপা ইপুশিংনদি, অচুম্বনা জয ওইগনি ফিঙাং শেৎপনা জয ওইগনি, সমুদ্রগী ঈশিংনা থাউ ওইবগা মালেমনা বর্ত্তি ওইবগা মালেম মাঙখিনি, হাযবম্মি। মীতৈ ধর্ম্মসু মুসলিম ধর্ম্মসু পামদ্রে। ধর্ম্ম য়াওদবা মী ওইবকখ্রে । ১৯৬৪ দগী মাইবদা বৈতাগী থৌদাংগী ওজা ইবুংঙোনা শিন্নবিখি বৈতগী থৌদাং মথং মথং ১৯৭১ দা ত্রিপুবাগী জেলদা লৈখি ।

মতম খবা শাংনা নৈবকপা ঐগী পূক্লিংদা নীংঙমদবা কবিগীনো মীয়ামগীদমক কবিগীনো ঐনা ইবমদম মণিপুব নুংশিজবা অদুবু ইপা ইপুশিংনা হায়বম্বা ঈশ্বব, কবম্বা ঈশ্ববনো, ঐসি ধর্ম্মা য়াওদ্রবা মীনি, ঐবু অচুম্বা ঈশ্ববদুনা উবমগদ্রা । ইতোমদা তেংথাজবিঙৈদা বাবু বাবুসিং হাযনা মথক লোমদগী

কৌবর্কা'গ ঐসু মথৎকলোমদ যেংখৎপদ ফিভৌ শেৎপা নুপা ফুট ১৬ শাংবা লেপ্তুনা ঐঙোন্দা যেংলগা ব্রা ঙাঙলকই "নঙগী অচুম্বা অদু থিযু ফংগনি ॥ ঈশ্বর থিবগা ফংগনি। অদুগা নঙবু কদাইদগী কনবীবকপনো নীং‍ি ঙো অদুগা খুদম য়েংঙো" হায়দুনা লৈবাক্তা খুদোম্বী থিন্দুনা তাকপদা ফুত ৬ শাংবা যোৎ অমা চোংথোবকই । মদুদা মাগী লিচৈ অকোনবা অবাংবদুনা যোক্তুদা অনীবক কনবদা অহুম থোক্লা মৈ তৌদুনা তৎলে মদুদা "অসিগুম্বা খুদোংথিগদবদগী নঙবু কনবীবনি কাউবব্রা?" হায়বকপদা ঐগী থৌদোক্তু ঐনা খঙবনিনা ঐনা ব্রাহৈদু তাবদা মিত্তগী পি তাবকখি। পিদু তৈথোকলুবগা অমুক যেংলুবদা লৈবমদ্রে । ঐবু কনবীখিবসি হবাওজখি অব্রা অনাশিং খাংবসিদি মীওইবগী পুন্সিগী থোঙথাংনি খঞ্জদুনা পেঞ্জখি। ১৯৭৩ দা মার্চ থাদা মণিপুবগী মোইবাংদা লৈখি । মণিপুবদা কোযনা চৎতুনা অচুম্বা ফংদ্রবদা নোংমা ১৯৭৪ মার্চ ৮ দা এম তোম্বা কৌবা নুপা অদুগা থাংজিংগী গেট মযাদা ফম্মীন্নখি । ঐনা মঙোন্দা হাযবম্মি "ঐনদি অচুম্বা থিবা লাকপনি। অচুম্বা লৈতবা মফমদু ঐগী ইবমদম নত্তে অচুম্বা ফংদ্রবনিনা ঐগী নুপি অঙাং লম কোযবনি হাযনা পুবগা লোইনা হাৎতোক্লগা ঐসু শিদোকখ্রগে ।" ঐগী ব্রাহৈদু মহাক্লা তাবদা তোম্বা হিক্লা হিক্লা কপখি। "ঐগী ব্রাসি তাবগা কবিগী কপ্লীবগে?" মহাক্লা "ঐদি অচুম্বা ফংখ্রবনি অদুবু মীযামগী মীনোক-মৈশানা অপঙ লাইচুদুনা লৈবনি ।" অদুদি অচুম্বা কৌবা লাইবিক অদু ঐনা পাজবা যাগদ্রা, যাববদি পাজগে হায়বদা য়াবিদুনা নুমিদাংব্রাইদা ঐঙোন্দা পী।

লাইবিক্তু পায়বগা অহানবা হাংদোকপদা ফোঙদোকপা ৩ ২০ "যেংউ ঐনা থোঙদা লেপ্তুনা যৈবি, কনাগুম্বনা ঐগী খোঞ্জেল তাদুনা থোঙ অদু হাংদোক্লবদি ঐনা মঙোনদা চঙদুনা মহাক্কা অদুগা মহাক্লা ঐগা চামিন্নগনি।" মমবগী মবম্লা ইমুংদা চঙদুনা অহৌবদগী পাবা হৌখি, মাণখি ৫:১৭.৩৭, ১০:২৮, ২৭ ২৭-৫২, যোহান: ৩ ১৬ বোম ১০ ৯-১০ হাযবিবা পাম্লপ পদশিংসি নোংঙাল্লমদাই পুং ৩ দদি বাইবলগী ব্রাহৈশিংদগী ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা পাংবিবা জেলদা অঙৌবা ফিজোল শেৎপদু অমুক উজবদা পুং ১ কপ্তুনা হবাওজখি । কোক তুমদুনা লুজবগা ফিশেং শেত্তুনা ইপুধৌ থাংজিংদা দম দবোৎ তৌদুনা খুকমজদুনা বিদায লৌজখি "ঙসি ননাইবু ইপুধৌগী মকম থুপ্লা লৈজবিঙেদা ঐনা থিবকপা অচুম্বা ঈশ্বর খৃষ্ট যীশু ফংজবে ঙসি যীশু খৃষ্টগী থৱায় অশেংবনা পাংবিদুনা শান্তি ফংদুনা হারাওজখি। খুকমজবিবসিনা অবোইবা বিদাইনি।"

# য়াওরিবশিং

# মৈতৈ খৃষ্টান ইমুং-মনুং অর্থ লৈবা

১শুবা পারা

## থায়নগী সভ্যতাশিং অমদি

## আর্কোলোজিগী লৈরোল তৌফমশিং



## অফ্রিকা য়ুরোপ অমসুং এসিয়াগী লমশিংদা লৈরোন তৌবা আর্কোলোজিগী মফমশিং

(মারতিন হেবিসকী লাইরিক "কলচর পিপলস, নেচর" গী লামায় ১৩৪ দা য়াওবা লিখুন্দা য়ূম্ফম ওইরগা ইজরনি।)

| ক। থাযনগী সভ্যতা | ● লৈবোন তৌফমশিং |
|---|---|
| ১। ইংলেণ্ড | ১। ষ্টারকার |
| | ২। ক্রেটোন ওনসি |
| ২। ফ্রান্স | ৩। সেন্ট এচুল |
| | ৪। ভেল্লোনেট |
| | ৫। লি মোষ্টিযার |
| | ৬। তের অমাতা |
| ৩। স্পেন | ৭। তোরলবা অমসুং এমব্রোনা |
| ৪। জর্মানি | ৮। লেহরিংথেন |
| | ৯। ভোগেলহার্দ |
| ৫। জেকোস্লাভাকিয়া | ১০। ষ্টেনকা |
| | ১১। গ্রেজলেটিস |
| ৬। হঙ্গেরি | ১২। ভারতে সোলোজ |
| | ১৩। টাটা |
| ৭। গ্রীস | ১৪। আরজিস্য |
| ৮। টরকি | ১৫। কাটল হ্যুক |
| ৯। ইজরেল | ১৬। মাউন্ট কারমেল |
| | ১৭। মাল্লাহা |
| | ১৮। নহাল ওরেল |
| | ১৯। অমুদ |
| ১০। জোর্দান | ২০। জেরিচো |

| | |
|---|---|
| ১১। সাইবিয়া | ২১। তেল মুবিংবেট |
| ১২। ইবাক | ২২। জাবি চেসি সানিদাব |
| | ২৩। কাবিম সাহিব |
| | ২৪। জাবমো |
| | ২৫। উরুক |
| | ২৬। ইবিদু |
| | ২৭। উবাইদ |
| ১৩। ইবান | ২৮। আলি কোস |
| ১৪। অলজেবিযা | ২৯। আইন হেনেক |
| ১৫। মাউবি আনিয়া | ৩০। দাব টিচিতে |
| ১৬। ইথোপিয়া | ৩১। ওমো বেসিন |
| ১৭। তানজানিযা | ৩২। ওলদুবাই গোর্জ |
| ১৮। জাম্বীযা | ৩৩। কলম্বো ফোল |
| ১৯। খা অফ্রিকা | ৩৪। ফাও বেসনিং |
| ২০। পাকিস্তান | ৩৫। ইন্দস ভেল্লি |
| ২১। ইন্দিয়া | ৩৬। বীহাব বাজ্য |
| | ৩৭। উরিষ্য রাজ্য |
| ২২। থায়লেণ্ড | ৩৮। স্পিবিট কেপ |
| | ৩৯। বেন চিয়াং |
| | ৪০। লোননোকথা |
| ২৩। চিনা | ৪১। ওরদোজ |
| | ৪২। পানশো |
| | ৪৩। চৌকোটেন |
| ২৪। জাভা | ৪৪। পাটজিটান |

২শুবা পারা

# নিংথৌরোল

নোংমদোন্দগী তাবকই হাযবগী নোংদালাইবেন লাইদগী অথৌবা লাইবেন, পাখংবা:

১। নোংদা লাইবেল পাখংবা (খৃঃ ৩৩- ১৫৪ ) মচানুপা অহুম পোকই

**লাইন্না —> মঙাং - লুৱাং - কুমন**

১। পাখংবা (খৃ:৩৩- ১৫৪)

২। খুযোই তোম্পোক (খৃ ১৫৪ - ২৬৪)

৩। তাউথিংমা(খৃ·২৬৪ - ৩৬৪)

৪। খুইনিঙোনবা (খৃ:৩৬৪ - ৩৯৫)

৫। পেংসিবা (খৃ:৩৭৯ - ৩৯৪)

৬। কাওখংবা (খৃ. ৩৯৪ - ৪১১)

৭। নংওখম্বা (খৃ ৪১১ - ৪২৮)

৮। নাইফংবা (খৃ ৪২৮ - ৫১৮)

৯ সমৈবাং (খৃঃ ৫১৮ - ৫৬৮)

১০। উরা কোন্থৌবা (খৃ·৫৬৮ - ৬৫৮)

(ক). নিংথৌ পান্দবা (খৃ.৬৫৯ - ৬৩৩)

১১। নাওথিংখোং (খৃ ৬৬৩- ৭৭৩)

১২। খোঙতেকচা (খৃ:৭৬৩- ৬৫৮)

১৩। কৈবেনচা(খৃঃ৭৮৪-৭৯৯)

১৪। যাববা (খৃ·৭৯৯- ৮২১)

১৫। অযাংবা (খৃ:৮২১-৯১০)

১৬। নিংথৌচেং (খৃ:৯১০-৯৪৯)

১৭। চেংহৈল ইপান লান্থবা (খৃঃ৯৪৯-৯৬৯)

১৮। যাংলৌ কৈফাবা (খৃ:৯৬৯-৯৮৪)

১৯। ইবেংবা (খৃ.৯৪৮-১০৭৪),

২০। লোইয়ুম্বা (খৃ:১০৭৪-১১২২)।

খৃ. ১০৭৫ দা খুমন পুবেম্বা নিংথৌ ওইখি, খৃ:১০৯৫ দা খম্বা পোকখি। অঙোম নিংথৌ খৃ: ১০৭৪ দা মোইবাংদা সংদোন লৈনাও তাবন নিংথৌ ওই মনাও তেলহৈবনা যুবরাজ ওইদুনা মচানুপী লাংলেন থোইবী খৃ.১১০৫দা পোকখি, খৃ· ১১২৬ দা লোইকাবা, খৃ: ১১২৭ দা লোইকুম্বা (খৃ:১১২৪) দা নুংশি চাংযেংদা খম্বা যাইবী মাঙলবদা ছুবীনা থিঞ্জদুনা নুংশি হৈনা তুংইঞ্জখি ।

২১। লোইতোংবা (খৃ ১১২২-১১৫০)

২২। অতোম যোইরেম্বা (খৃ·১১৫০-১১৬৩)

২৩। ইরান্থবা (খৃ ১১৬৩-১১৯৫)

২৪। থরান্থবা(খৃ·১১৯৪-১২৩১)

২৫। চিংথাং লান্থবা (খৃ ১২৩১-১২৪১)

২৬। থিবাই শেলহোংবা (খৃ: ১২৪১-১২৪৭)

২৭। পুবান্থাবা (খৃ: ১২৪৭-১২৬৩)

২৮। থুমোম্বা (খৃ: ১২৬৩-১২৭৮)

২৯। মোইবাম্বা (খৃ ১২৭৮-১৩০২)

৩০। থাংবী লান্থবা (খৃঃ ১৩০২-১৩২৪)

৩১। কোংযাম্বা (খৃ ১৩২৪-১৩৩৫)

৩২। তেলহৈবা (খৃ ১৩৩৫-১৩৫৫)

৩৩। তোনাবা (খৃ:১৩৫৫ - ১৩৫৯)
৩৪। তবুংবা (খৃ: ১৩৫১ - ১৩৯৪)
৩৫। লাইবেনবা (খৃ. ১৩৮৪ - ১৩৯৯)
(ক) নিংথৌ পান্দবা (খৃঃ ১৩৯৯ - ১৪০৪)
৩৬। পুনসিবা (খৃ: ১৪০৪ - ১৪৩২)
৩৭। নিংথৌখোম্বা (খৃঃ১৪৩২ - ১৪৬৭)
৩৮। ক্যাম্বা (খৃ: ১৪৬৭ - ১৫০৮)
৩৯। কোইরেম্বা (খৃ· ১৫০৮ - ১৫১২)
৪০। লমক্যাম্বা (খৃ· ১৫১২ - ১৫২৩)
৪১। নোংইনফাবা (খৃঃ ১৫২৩ - ১৫২৪)
৪২। কবোম্বা (খৃ: ১৫২৪ - ১৫৪২)
৪৩। তাংজাম্বা (খৃ· ১৫৪২ - ১৫৪৫)
৪৪। চলাম্বা (খৃ: ১৫৪৫ - ১৬৬২)
৪৫। মুংযাম্বা (খৃ: ১৫৬২ - ১৫৯৭)
৪৬। খাগেম্বা (খৃ: ১৫৯৭ - ১৬৫২)
৪৭। খুঞ্জাওবা (খৃ: ১৬৫২ - ১৬৬৬)
৪৮। পাইখোম্বা (খৃ:১৬৬৬ - ১৬৯৭)
৪৯। চরাইরোম্বা (খৃ:১৬৯৭ - ১৭০৯),
৫০। পামহৈবা ( গরিবনিবাজ ) ( খৃ: ১৭০৯ - ১৭৪৮)
৫১। চিংশাই (খৃ: ১৭৪৮ - ১৭৫২)
৫২। ভবতশাই (খৃ· ১৭৫২ - ১৭৫৩)
৫৩। গৌরশ্যাম (মারাম্বা) (খৃ: ১৭৫৩ - ১৭৫৯)
৫৪। ভাগ্যচন্দ্র(খৃ: ১৭৫৯ - ১৭৬২)
৫৫। গৌরশ্যাম(খৃ: ১৭৬২ - ১৭৬৩)

৫৬। ভাগ্যচন্দ্র (খৃ: ১৭৬৩- ১৭৯৮)

৫৭। লাবন্যাচন্দ্র (খৃ: ১৭৯৮- ১৮০০)

৫৮। মধুচন্দ্র (খৃঃ১৮০০- ১৮০৩)

৫৯। চৌবজিৎ (খৃ: ১৮০৩- ১৮১৩)

৬০। মাবজিৎ (খৃ: ১৮১৩- ১৮১৯),

৬১। হেৰাচন্দ্র (খৃ: ১৮২০- - -)

৬২। সনা য়ুমজাওতাবা (খৃ· ১৮২১ - - - -)

৬৩। গম্ভীবসিংহ (খৃ: ১৮২১- - -)

৬৪। জযসিংহ (খৃ:১৮২১- ১৮২২)

৬৫। যদুসিং(খৃ: ১৮২২- ১৮২৩)

৬৬। বাঘবসিংহ (খৃ.১৮২৩- ১৮২৪)

৬৭। ভদ্রসিংহ খাবা (খৃ. ১৮২৪- ১৮২৫)

৬৮। ভম্ভীবসিংহ (খৃ ১৮২৫- ১৮৩৪)

৬৯। চন্দ্রকীর্ত্তি ( নিংথেমপিশক) (খৃ ১৮৩৪- ১৮৪৪)

৭০। নবসিংহ (খৃ ১৮৪৪- ১৮৫০)

৭১। দেবেন্দ্র( খৃ· ১৮৫০ - - -)

৭২। চন্দ্রকীর্ত্তি (খৃ ১৮৫০- ১৮৮৬)

৭৩। শুবচন্দ্র (খৃ ১৮৮৬- ১৮৯০)

৭৪। কুলচন্দ্র (খৃ ১৮৯০- ১৮৯১)

৭৫। চুড়াচান্দ(খৃ: ১৮৯১- ১৯৮১)

৭৬। বোধচন্দ্র (খৃ: ১৯৪১- ১৯৫৫)

৭৭। ওকেন্দ্রজিৎ (খৃ: ১৯৫৫- ১৯৯৬)

### ৩শুবা পাবা

## নহাক্কী পুন্সিবু খল চানহল্লু

**১। মপূং ফানা দায়ত্ত লৈবা পুন্সিদা হিংউ। পুন্সিগী অর্থ খঙদবশিংগুম্না হিংগনু পুন্সিগী অর্থ খঙবা মখোয়গুম্না হিংউ।**

পাগদবা-এফিসা ৪: যোহান. ১৭. পোলনা এফিসিয়ান্স ৪দা শন্দোক্লা তাকখি। অদুগা যীশুনা যোহান ১৭তা ফিদম্নীংঙাই ওইনা উৎখি, অদুবু মখোয অসি অচৌবা যাথং অমসুং যীশুগী অচৌবা কম্মিসন্দা শমজিন্না পনখি। অচৌবা য়াফম অনী অসিবু লাইবিক অসিদা ইবিবা চাউবাকপা য়াবোলশিংদা শমজিন্না পল্লি- নহাক্কী পুন্সিগীদমক্তা ঈশ্বরগী মরম মঙা হাযবিবসি মসিবুনি:

১। "ঈশ্বরবু নঙগী থম্মোয পূম্বনা নুংশিয়ু"· ঈশ্বরগী নুংঙাইনবগীদমক্তা অদোমবু থৌবাং তৌখিবনি, অদু নহাক্না অচুম্বদা খুকমজদুনা ঈশ্বরবু নুংশিবনি।

২। "নহাক্কী যূমলোন্নববু নশামক্কুম নুংশিয়ু" অদোমগী শকওং সেবা তৌনবগীদমক্তা লাকখিবনি, অদুনা নহাকপু মরম অমদি মিনিষ্ট্রি তৌদুনা অতোপ্পবু নুংশিবা উৎপসিনি।

৩। "চৎলগা সেবোকশিং শেমউ" . অদোমবু মিশন অমগীদমক্তা শেমখিবনি, অদুনা নহাক্না ঈশ্বরগী থৌগল তৌদুনা ঈশ্বরগী পাউজেল খঙমিন্নবনি।

৪। "মখোযবু লাইম্মিং লৌবীয়ু,...": অদোমবু ঈশ্বরগী ইমুংদা যাওনবা শেমখিবনি, অদুনা অদোমগী মরম অমদি শীংলুপ যাওমিন্নদুনা মতাক্কী শীংলুপ্তা শক তাকপসিনি।

৫। "থবক পূম্নমক তৌননবা মখোযবু তম্বীয়ু" . নহাকপু খৃষ্টগুম ওইবক্লবা শেমখিবনি, অদুনা নহাক্কী মরম অমদি সেনোক থমদুনা শাবেপ ফানবা তানবসিনি।

অচৌবা য়াথাংশিং অমসুং অচৌবা কন্মিসন পাঙথোকপনা অদোমবু অচৌবা খৃষ্টান অমা ওইহনবা ভুমগানি হায়না [illegible]। মবম মঙা অসিবু খল চনা থম্ব অবায়দা নত্তে। ঐখোয় পূম্নমক্না খাইদগী খাংঙমদবা পোকপা মবমশিং অদু হেঞ্জিন্না লৌবা অদুগা অতৈবুনা থৌওইদবা অসি ওইগনি চেকশিনবিয়ু। নহাক্না শীংলূপশিংদসু হায়বিবসিগা চপ মান্নবা তৌই। অদুবু নহাক্না মশক থোক্লবগীদমক্তা অপীকপা কাঙবু অমদা যাওশিন্দুনা অচৌবা য়াথাংশিং অমসুং অচৌবা কন্মিসন পাঙথোকপনা অদোমবু অচৌবা খৃষ্টান অমা ওইহনবা পূন্না হৌমিন কমিন্নবা মথৌ তাই, তোঙান তোঙান্না ওইবা য়াবোই।

বাইবলনা হায, "অমনা অমগী পূক্নিং থৌগৎপীদুনা খুদিংমক্কী থৌনা হাপনৌ"। কাঙবু অমা ওইনা লাইবিক অসিবু পূন্না পামিন্নববা মতুংদা ক্লাস অমসুং কাঙবুশিংনা তৌগদবা অতৈ মবম তাকপা পুক্সি নৈনবশিং মতাংদা তমশিন্নবা য়া খন্নবা য়াই। নখোযনা মাদি অপঙবনি লমকেৎপীনি খনগনু।

ইশাগী বাইবল নৈনবসু পায়খৎহন্নীংই [illegible] লাইবিক অসিদা নহাক্না শীজিন্নগান য়াখলদা স্ক্রিপচ [illegible] মথক্তা ফুটনোট ওইনা হাপখ্রবনি। চানবীদনা য়াতপ পাবীয়ু মসি [illegible] মতিক য়াম্না তোঙান তোঙান্না ট্রান্সলেসন অমসুং মপূ ফাবা কয়ামকম লাইবিক অসিদা [illegible] শীজিন্নবিবনো হায়বদু শন্দোক্না তাক্লি।

পান্দমশিং অসিবু নুংতিগী পানবগীদমক্তা শাংবা চপ মান্নহনবা ভুমখিদে মনমদি শীজিন্নখিবা য়াতৈ পবেং অয়াম্বগী শুদ্ধাৎনীংঙাই ওইববা য়াহৈ য়াতাবু শন্দোক্না তাকপা তাখি। অদুবু বাইবলদি পেরাগ্রাফ, পন্দুপ অমসুং লাইবিকশিং মশা পূম্নমক নৈনবা ইখিবনি। ঐহাক্কী লাইবিক পার্সোনেল বাইবল ষ্টডি মেথদ অসিনা মতৌ কবন্না মনুং য়ৌনা নৈনবা ওমগদগে হায়বদু তাক্লি ফোবগিফনেস ওইনা ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা খঙহনবিবদু ইজবনি ঐনা ফংজবিবা ফোবগিফনেস নহাক্কী ওইবিয়ু।

২। মশামক্কী থাজবগী অশোয়বা চাং নাইনা যেংথোকউ:

অকক্লবা মতম অমগী মতুংইন্না নশামক্কী অফ-ফত্ত য়েংথোকপা হায়বসি নঙগী পুন্সিগী মবম মঙাবু খল চানা থম্লবগী শ্বাইদগী ফ বা লম্বীনি। ইশাবু ইশানা ওন্দুনা যেংথোকপগী হৈনবী অসিদা ঈশ্বরনা ব্রাংলবা থাক অমা ওইনা লৌই। ঐখোয় ইশামক্কী থব্রাযগী মশামউবু চাংয়েংনবা অমসুং খঙদোক্লবা ঐখোয়দা স্ক্রিপচবনা য়ামদ্রবদা মঙাবকতি হায়ম্রবনি। বাইবলনা হায়, "১। মশামকপু থাজবদা মপূং ফাবা শোয়দ্রববা হায়দুনা চাং যেংথোকউ: ২। খুদিংমক কান্নদবনি হাযদুনা ওমদুনা থমগনু: ৩। নশামকপু চাং নাইনা অফ-ফত্ত যেংথোকউ: ৪। মসি চাংযেং পুমতৌ তৌথোকউ: ৫। চাংয়েং তৌবা ওমদ্রবদি, কবিগুম্বা খবদি মসিগীদমক্তা তৌ।" হকচাংনা থম্লবা নখোয়না নখোয়গী মকওইবা হকচাংগী ফিবম ব্লড প্রেসব মৈশা, অক্দম্বা অমসুং হকচাংগী অতৈ অতৈবু যেংবা ডাক্টব অমসু চাং নাইনা যেংহনবা মথৌ তাই। মতৌ অসিগুম্বা থাজবগী লম্বীদা কবি কবম্বা অশোয়বশিং লৈবিবগে হায়বসিসু চাং নাইনা য়েংথোকপা মথৌ তাই। নৈনগদবা: পুন্সিবু খল চাহনবা হাযনীংবা লৈব্রা?

## মরিশুবা পাবা

# লুসিফরগী কিংদম

ঈশ্বরনা ইহান হান্না পাউখোল্লোইগীদমক স্বর্গ দূট শেমখ্রবা স্বর্গ দূট 'লুসিফব' ঈশ্বরগী মাযোক্তা ফত্তবা ব্রাখল মচীন্দগী ফোংদোকখিবদগী পাপ তৌখিবনা স্বর্গদর পম্রী লৈবা ম্নাদবদগী স্বর্গদগী তাম্থোকখি, শৈতান হায়না মীংথোনখি । যেহেসকেল মাইচৌনা ফোঙদোক্লস্বা ব্রাহৈশিং ২৮:১১- ১৪ দা হে তাযকগী নিংথৌ অসিগী মথক্তা মপু ইবুংঙোনা ঐঙোন দা হায়বমই । (১২) হে নুপা তাইযাবগী নিংথৌবু পান্দুনা তেংথাবোন অমা থাউ । মঙোন্দা অসুম্না হায়য়ু, মপু ইবুংঙোনা অসুম্না তাকপীবি। নহাক

অশোয়-অঙাম য়াওদ্রবা নিংথৌগী চুম নল্লবা খুদোপ ওইরম্মী। নহাক্কী লৌশিংগী মপান নাইবমদে নহাক্কী নীংথিজবদো য়েংবদা পেনবা নাইরমদে। ১৩) মপু ইবুংঙোগী লৈকোল এদেন্দা নহাক্কী লৈফম ওইরম্মী। মমল য়াম্লবা নুংশিংদুনা নহাকপু লৈতেংলম্মী। নহাক, মণি- মুক্তা সূর্যকান্তা মণি, মমল তাংলবা পদ্মনি হীবা, শংবান্নবা নুং মমায় অপোম্বী নুং অমদি শংবান্নবা মণিনা লৈতেংলদুনা নহাক্কা শিবিবা সনাগী লীক্লাং অমদি খুজিদো নহাক্কা পোকপা মতমদা শাখিবনি। ১৪) অশোয়- অঙাম লৈতনবগীদমক নহাকপু ঐনা কব্ব অমগী মথক্তা থমবিখি। মপু ইবুঙোনা শেংলবা লোইবি চীংদুদা মাগী লৈফম ওইহনখি। মৈ হৌববা মৈ নুংগী মবক্তা নহাক কোয়না চৎখি। ১৫) নহাক্কা চৎপা অমদি তৌবা খুদিংদা মবাল লৈখিদে। মশানা মবাল শেমখিবা নুমিৎতুদগী, নহাক্কা পাপ তৌবা হৌবা মতমদো নহাক্কী মপান নাইদ্রবা ললোন- ইতিক্কী থবক্তুনা, ১৬) তমথিববা থবক তৌবা হৌরে । অদুগা নহাক্না পাপ তৌখি । মবম অসিনা মপু ইবুঙোগী চীংদুদগী নহাকপু মাঙলবা পোৎ [illegible] থোকশ্রবনি । অশোয়- অঙাম লৈতনা লৈবম্লা কব্বতুনা নহাকপু [illegible]। [illegible] লৈতনখি [illegible]হাকপু মৈ হৌববা নুংশিংকী মবক্তগী [illegible] [illegible] নীংথৎব শক্তমদো য়েংজবগা নহাক নাপল তৌজখি। নহাক। মপ [illegible] নাইদ্রবা [illegible]নামশিংদু মেংদুনা নহাক্কী মবৌশিংদু মাঙবা তৌখি । [illegible]মসিনা [illegible] নহাকপু স্বর্গদগী তাম্থোকখি । ২) ঈশ্বরগী মী মাইচৌ অমসুং [illegible]ইবদেলনা ঈশ্বরনা উহনবিবসে ওইখিবা অমসুং হৌখিবা চহি লিশিং [illegible]য়াগী [illegible]। লাক্তৌবা অতিয়া মালেম, মৈগীদমক্তা খাক্তুনা থম্লিবা অনৌবা পৃথিবী শেমগদবা অদুক্তাওবা উহনবিখি। মৈহৌবোল পণ্ডুপ ১:১ দা অহানবদা মপু ইবুংঙোনা লৈশেম্বা হৌবকপা মতমদা ইহান হান্না কোবৌ অমদি মালেম শেম্লম্মী। ১.২ মতমসিদা মওং নাইদবা, অচৌবা ঈয়াযদা অমম্বনা কুপ্তুনা লৈবম্মী। চাংজৌ নাইদ্রবা ঈপাক্তা মপু ইবুংঙোগী থবায়না কোন্দুনা থমলকই। অসিদা চহি লাক্ষ কয়ানো হায়বদো খঙবা ঙমদে ।

ঈশ্বরগা স্বর্গ দূতকা লুসিফরগা লান শোক্লবা মতমনি । অহুমশুবদা থবায়না কোন্দুনা থম্বা মতমদো চহি লিশিং লিশিং কয়ানো

খঙ বা ঙমদে। স্কোলাবশিংনা অসুম্না হায়, স্বর্গ দূতকা ঈশ্বরগা লান থেংনবদা চহি কয়া কয়াগী মথক্তা ওইগনি হায। মবম অদুনা স্বর্গ দূতশিং শিবা নাইদবা মওংদা লৈবস্বনিনা মশীংসু থিঙমদে। ভাবত্তা লাইযাম থাজবশিংনা অসুম্না হায, লাই কোতি কুনগ্রাহমদোইনি হায়না। মপু ইবুংঙোনা লৈশেমদ্রিঙৈদা ঈশ্বরনা স্বর্গদগী তাম্থোকখিবদগী শৈতান ফত্তবা লাই হায়বগা শিংথানবসিনি, তাইবঙপানবগী মপুসু হায়নৈ। অহুন্নকশুবদা ঈশ্বরনা থরাযনা কোন্দুনা পৃথিবীসে থম্লম্মী। মতম অদুদা মালেম লৈদগী উফূল লৌবগা মহাকমক মান্না মী শেম্বীখি হায়বসি অচুম্বনি, পুয়াদা ইদুনা লৈ। অচুম্বা চুমদবা হায়বসে, মীয়াম্না খঙবা য়াবনি। মীওইবনা লাইরিক হায়বদি ব্রাহ্মৈদুদা মখল-মখা কয়া থোক্লা নৈনবদুনি। দার্বিন থিওবিনা অসুম্না হায, মীওইবদি য়োংদগী ওইবমগনি হায়, ওইবমগনি হায়বা ব্রাহ্মৈ অসি ৮৮ লক হাযবম্মী। যোংদগী মী ওইববদি যেলহৌৈঙদগী ঙসি ফাওবা যোংদগী মী ওইবকখিবদি থেংনদ্রি। বাইবলনদি ঈশ্বরনা মী শেম্বীখিবা মালেমলৈদগী উফূল লৌবগা মহাকমক্কী শক্তম মান্না শেম্বীখি। ঈশ্বরনা মনাতোন্দা লোম্বা নাইদনা হিংননবা শ্বব কামশিনবিখি। অচুম্বানী হায়বদু ব্রাহ্মৈগী অর্থশিংসিদগী খঙবা যাবদুনি।

৩) যাসাইয়া ১৪:১২-১৪ দা ঈশ্বরনা তাম্থোকখিবগী মতৌ অদুম্না লৈখা তাবকখিবনি। নুংথিন্দা থোকপা থরান্নীচাক অঙানবা অযুক্কী মচা ওইবিবা জাৎশিংবু লৈখা তাহনবা ঙম্বা লুসিফব কবম্না লৈখা তাখিবনো? ১৩) নঙগী থম্মোযনুংদা হাযবম্মী, ঐনা নোংমদোন্দা য়ৌগনি। মপু ইবুংঙোগী থরান মীচাকশিংগী মথক্তা কাগনি। অব্রাংবা নোংমদোন্দা ঐগী সিংহাসনদা ফমগনি। অব্রাংলোমদা লৈনিবা অথাপ্পা মফমদুদা মীযাম তিনগনি, মথক্তো ঐনা ফমদুনা লৈগনি। নোংমদোন্দা লৈচীনগী মথক্তা ঐনা কাখৎকনি। ঐনা খ্বাইদগী ব্রাং থোইববা মপুগুম্না পানগনি। যাসাইয়া ৬৫:১৭ দা যেহৌবা এনা নোংমদোন্দা অনৌবা মালেম শেমগনি। হান্না লৈবম্বা পোৎশিংদু নীংশিংনববোই, নীংশিংলবোই হাযবা পোৎশিংদো পূক্রিংদা অমুক হন্না নীংশিংলোই। মীওইবগী ফত্তবা লীচৎকি

মতমদো-নোহনা মচানুপা হেস, সেম, জাপথ পোকপা মতমদা নোহ চহি চামঙা শুবমই। মহৈবোল ৬:১-৮ দা তাইবঙ মীওইবসি মশীং হেনগৎলক্লুনা মালেমসে শিনবা থুংলবা মতমদা, তাইবঙ মীওইবদা মযোমলোই কয়া পোকখি। মপু ইবুংঙোগী মচাশিংনা তাইবঙ মীওইবগী মচাশিংবু যাম্না নীংথিজে হায়বসি উখি। মখোয়না তাইবঙগী মচানুপীশিংগী মবক্তগী অপাম্বা খন্দুনা লৌখি। ঐগী থরায়সি মীওইবগী মফমদা লোম্বা নাইদবা লৈববোই মবমদি মীওইবা হায়বসি শিবা নাইবনি। মীওইবগী পুন্সিদা চহি ১২০ খক্তমক ওইবসনু। মতমদুদগী হৌবগা অমদি তুং ফাওবদা তাইবঙ মীনা পোকপা মচাশিংগা লাইশিংগা য়ানশিন্নবগা পোকপা মচাশিংদো হিংচাবা জাৎ হায়না মীং থোন্দুনা লৈখি। মতমদুদগী হৌবগা মালেমসিদা লৈবিবা মীশিংগী থবক অমদি মখোয়গী পূক্লিংগী ঈথিল অমদি ৱাখল, ফৎত্রবা মায়কৈদা লৈ হায়বসি খঙলক্লবদা ৫) মালেমসিদা মী হায়বা জাৎ অসি কবিগী শাকুবিবনো হায়বসি খল্লুবগা মপু ইবুংঙো ইনিংথৌদি যাম্না নিংবা কায়বম্মী। বি.সি. ২০০০ ঈশিং ঈচাও থোকখি।

যাসাইযা ৬৬:২২-২৪ দা লৈশেম্বা মপুনা হাযবি, ঐনা শেমগদৌবিবা অনৌবা নোংমদোন, অনৌবা মালেমদো ঐগী ইমিৎ মাঙদা লেঙদনা লৈহনগনি। সমুদ্র অমুক হন্না লৈহল্লবোই, অসুম্না মখোয়গী নচা-নশুশিং অদুগা নখোযগী নমিংদো লোম্বা নাইদনা থমগনি অমসুং লে গ্ন নাইবোই। ২৪) ঐগী মাযোক্তা লেপ্লিবশিংনা শিদুনা তাবিবদো মখোযনা থোবক্লগা যেংগনি। মখোযগী মশাদো চাবিবা তীনশিংদু শিবোই। মখোযবু চাক্লিবা মৈদো মুৎহল্লোই। তাইবঙসিদা লৈখিবা মীশিংনা মখোয়বু যেংলগা যাম্না তুক্কচগনি।)

৪) লাইশোন ঈশৈ ১০৪:৫-৯ দা মালেমসু লেঙদনা থম্নীখি। মসিগী মফম হেংবা লৈববোই। ৬) মসিগী অকোযবদা ঈপাক ঈশিং লৈহনখি। লৈইবী চীং ফাওবা লাইজ থোকহনখি। ৭) ইবুংঙোনা লাইজদা চৈবা মতমদা থাপ্পা চেল্লোকখি। ইবুংঙোগী যাথংদু তাবদা চোয়জাযনখি। ৮) মসিনা লোইবী অমদি তম্পাক কয়া ফাওদুনা চেল্লি। ইবুংঙোনা

মখোয়গীদমক খন্দোকপীগ্রবা মফমদুদা চেনথবি । ৯) মখোয়না লান্দুনা চৎপা গুন্নবোইদৌবা ঙমখৈ অমা থম্বী ।

ফোঙদোকপা ২০:১-৩ দা অমহিকসুং মখা নাইদবা কোম অদুগী শো অমসুং য়োৎহ্লিং ফক্লাং অচৌবা পায়বিবা স্বর্গ দূত অমনা স্বর্গদগী কৃমথবকপা ঐনা উবে । ২) অদুগা মহাক্না চীংলাই লিন হনুবা, দিয়াবল অমসুং শৈতান ওইবা অদুবু ফাবগা চহি ১০০০ অদু লোইদ্রিবা ফাওবা মানা জাৎশিংবু অমুক হন্না মীনমদনবা শো লোন্দুনা মাগী মথক্তা চুম নল্লে। মসিগী মতুংদা মতম খবগীদমক থাদোকপা তাই ।

যিবয়ায়াহ ৪:২৩ দা মালেমসিদা ঐনা য়েংলুবদা, য়েংঙু ! মসি মাঙ তাক্লেদো । নোংমদোন্দা য়েংলুবদা মঙাল হায়বদো মচেৎ অমফাওবা উবা ফংদ্রে । ২ পিতাব ৩:৫-৭ দা মবমদি অসি নখোয়না কাউনিংনা কাউবনি, হায়বদি থায়নঙৈদগী ঈশ্বরগী ৱাহৈনা স্বর্গ অদুগা ঈশিংদগী অমসুং ঈশিংগী ময়ায়দা ওইহনবা পৃথিবী লৌখি, লৈরম্মী । অদুগা ৱায়েলগী তাইবঙপাল অদু ঈশিংনা মাঙহল্লে । ৯) অদুবু ৱায়েলগী অমসুং ঈশ্বরগী লৈংদনা মীশিংবু [illegible] নুমিৎ ফাওবা [illegible] অদুমক্ত [illegible] পৃথিবীবু [illegible] মীশিং-[illegible] থম্ম [illegible] খবক [illegible] ।

লুক ১০:১৮ [illegible] দা মপুনা ইন্নুকখোনা মখোয়দা হায়, স্বর্গদগী নোংথাং [illegible] শৈতান্না [illegible] ঐনা উরম্মী [illegible] যীশু খৃষ্টনা [illegible] শিদ্রিঙৈ মনাগুদা ফোঙ[illegible] । মরমদি যীশু খৃষ্টনা ক্রোসতা শিবা মতমদা শৈতান্না মালেমদা তাদুনা কপ-লাউবমখি । ৱাহৈসি বাইবল লৈবা ক্ষোলাবশিংনা হায়বনি মবমদি অশিবনা ভমখ্রে হায়না শৈতান্না মথেক শেংনা খঙল্লে । মরমদি যীশুনা ক্রোসতা শিববদি হুম্মি শুবদা যীশু হিঙৎকনি, মতম খবা লৈবগা স্বর্গদা কাখিগনি অমসুং থৱায় অশেংবা থাবকপা মতমদা খৃষ্টান মশীং য়াম্লক্কনি অমসুং খৃষ্টান মশীং চাউখৎকনি হায়বসি শৈতান্না ফজনা খঙই । লাইয়ামগী মতিক্তো হন্থবকপনি । ফোঙদোকপা ১২:৯ দা চীংলাই অচৌবা লিন হনুবা দিয়াবোল অমসুং শৈতান কৌববা তাইবঙপাল

অপৃস্বগী মপু অদু হম্বে । মাবু পৃথিবীদা হম্বে । অদুগা মাগী দুতশিংবুসু মাগা লোয়ননা হম্বে । যোহান ৮:৪৪ দা নখোয়গী নপা- নপুশিং দিয়াবোল অদুদগীনি । অদুগা নখোয়গী নপা অদুদি অপাম- অপাম্বা থবক অদু তৌবা নখোয়গী নীংবনি । মাদি তাইবঙমী মীহাৎপা ওইবম্মী অচুম্বদা লেপ্তে মবমদি মঙোন্দা অচুম্বা ইবে লৈতে ।

*পারা ৫শুবা*

## ৱায়েল য়াথং অরিবা অমসুং যীশুগী ৱায়েল য়াথং

মীতৈ খৃষ্টান ইমুং- মনুং অর্থ লৈবা পাগদবা মাথি ৫:১৭-১৯, পাখোনচৎপা:৪:১২,ঐনা ৱাযেল যাথং অদু নৎত্রগা ঈশ্বরগী ৱা তাকথোকপশিংগী ৱা অদু মাঙহনগে লাকপনি হায়না নীংগনু। ঐদি মাঙহনবা লাকপা নত্তে থুংহনবা লাকপনি ।

(ক) মবমদি ঐনা নখোযদা থাঙ্গে শেংনা হাযবিবনি । স্বর্গ অমসুং পৃথিবী মাঙদ্রিবা ফাওবা ৱাযেল যাথং অদুদগী লৈই মচেৎ অমা নৎত্রগা বিন্দু অমত্তসু পূম্নমক ফংদ্রিবা ফাওবা মাঙলোই । মবম অসিনা কনাগুম্বনা খ্বাইদগী হেন্না পীকপা যাথংশিং অসিগী মবক্তগী অমসু থুগায়দুনা মীশিংদা তম্বীবা মহাকপু স্বর্গ লৈবাক্তা খ্বাইদগী পীকপা কৌগনি, কনাগুম্বনা ইন্দুনা তম্বিববদি, মহাকপু স্বর্গ লৈবাক্তা অচৌবা কৌগনি । মবমদি ঐনা নখোযদা হাযবিবনি । নখোয ধর্ম্ম চেনবনা শাস্ত্রগী ওঝাশিংনা অমসুং ফবিশিশিংদগী ধর্ম্ম চেনবা হেন্দ্রবদি নখোযনা স্বর্গ লৈবাক্তা শুকচঙ চঙলোই । পাখোনচৎপা: ৪:১২ অতৈ কনাদগীসু অবান খুভম লৈতে । মবমদি অদুগী মপান্না ঐখোযবু কনবীগদবা মলেমদা মীশিংগী মবক্তা অতৈ মীং অমতা অতিযাগী মখাদা লৈতে ।

## (খ) ঈশ্বরগী নুংশিবগি ওাকপিগনু

পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লম অমসুং জাতি খুদিংমক নুংশিবগী লৈম্নাযদু য়েংমিন্নসি । ...বেবিলোন এম্পীয়ার, পারাশিয়া এম্পীয়ার। গ্রীক্স এম্পীযার বোম এম্পীযারদগী পৃথিবীগী লৈবাক শিন থুংনা চংখোক চংশিন শিনথুংবগী। থৌবাংদু ঈশ্বরনা বোম সরকারগী মকমদা শক্তি অমসুং মপাঙ্গল পান্নাব পীর্রাখ মদিনা তাকপদি ঈশ্বরগী থৌবাং যাম্না থুনা পৃথিবী শিনথুংনা শন্দোক্লাবা থৌবাংবদু অসিনি এ ডি.৬২দা ইন্দিযাদা শন্দোকপা হৌখি। বাইবলদা যোহোন ৩ ১৬-১৭ দা মরমদি ঈশ্বরনা তাইবঙপানববু অসুপ নুংশিবিবে হাযবসি ইবুংঙো মহাক্কী অমত্তা [illegible] মচানিপা অদুবু পীবিবে। অদুনা মচা নিপা অদুবু থাজবা মী খুদিংনা মাঙদদুনা লোম্বা নাইদনা হিংবা ফংননবনি। মরমদি ঈশ্বরনা মচানিপা অদুবু তাইবঙপানববু ব্রায়েন্নবা তাইবঙপান্দা থাবনা নত্তে, অদুবু ইবুংঙোগী মপান্না তাইবঙপানববু কনদিনবনি।

## (গ) ধর্ম্মসেনবগী পাপ কোকপীবগী যীশু নংতনা লৈতে

[illegible] ১০ ৯-১০দা মরমদি নঙনা [illegible] যীশুবু [illegible] হায়নাকচরগাদ অমসুং অশিবশিংগী মরক্তগী ইবুংঙোনা ঈশ্বরনা [illegible] হু মনা নঙগী পুক্নিংদা থাজববদি নঙনা কনবিগ[illegible] [illegible] ধর্ম্মপ্রানবা [illegible] পুক্নিংদ থাজে অমসুং অপান খুনা [illegible] কচৈ [illegible] থাজবা পুংফম অদুমক্তদা [illegible]

## (ঘ) স্বর্গদূতকী লাইরিক মচা অশিবশিংনা হিঙ্গৎপা অকোনবা ব্রায়েল

ফোংদোকপা ২০:১১-১৫ অমহিকসু ফজ্জল অচৌবা অত্তোবা অমা অমসুং মদুগী মথক্তা ফম্লিবা ইবুংঙো নহাকপু ঐনা উবে, ইবুংঙো মহাক্কী মাঙদগী পৃথিবীনা অমসুং অতিয়ানা চেঞ্ছাক্লে, অদুগা মখোয়গীদমক মফম ফংদ্রে। অমসুং অশিবশিং, অচৌবসু অপীকপসু, ফজ্জাল অদুগী মাঙদা লেপ্লিবা ঐনা উবে,অদুগা লাইবিক ময়াম হাংদোক্লে অমসুং লাইরিক অতে অমা, হিংবগী ওইবা অদু হাংদোক্লে। অদুগা অশিবশিংবু মখোযগী থবক মতুং ইন্না

লাইবিক লাইবিক্তা ইশিনখিবা অদুদগী ৱায়েল্লে। অমহৈকসুং সমুদ্রনা মাগী মনুংদা লৈবিবা অশিবশিংবু পীথোক্লে অমসুং শিবগা খম্নুং লৈবাক্কনা মখোয়দা লৈবন্না অশিবশিংবু পীথোক্লে, অমসুং মখোয় মী খুদিংবু মখোয়গী থবক মতুং ইন্না ৱায়েল্লে অমসুং শিবগা খম্নুং লৈবাক্কবু মৈগী পাৎ মনুংদা হুঞ্জিল্লে। অসি হায়বদি মৈগী পাৎ, অনিশুবা শিবা অদুনি। অদুগা হিংবগী লাইবিক মনুংদা ইশিনবা ফংদবা কনাগুম্বা মী লৈবল্লবদি, মাবু মৈগী পাৎ মনুং অদুদা হুঞ্জিল্লে।

(ঙ) বাইবলনা অচুম্বা, স্বর্গগী লাইরিক অমসুং নোরোক্কী ইদুনা লৈ।

য়সাইয়া ৬৬:২৩ ঈশ্বরনা হায়রি, ঐনা তাইবংপান্দা লৈবিবা মীশিংনা লাক্কনি ঐগী ইফমদা খুরুমজনবা মসিমক ঈশ্বরনা হায়রিবা ৱাফমনি। ঐগী মায়োক্তা লেপখিবশিংনা শিদুনা তাবিবদু মখোয়না থোবক্লাগা য়েংগনি। মখোয়গী মশাদু চাবিবা তিংশিংদু শিবোই মখোয়বু চাক্লিবা মৈদু মুৎহল্লোই। তাইবংসিদা লৈবিবা মীশিংনা মখোয়বু য়েংদুনা যাম্না তুক্কচ্চগনি। মবম অদুনা ঈশ্বরগী নুংশিবা যীশু খৃষ্টগী খুয়াখাদা চণ্ডজদুনা ঐ পাপীনি প্রভুনা পাপ চেনবা ঐবু ক্রোসতা ঐগী পাপ কোকপিনবা শিবিখ্রে হায়বসি থাজবিদুনা লৌশিনবিয়ু অদুগা ধর্ম্মচেনবা বোমদা মীতৈ খৃষ্টান ইমুং- মনুংগী অর্থ লৈবা ওইবিয়ু।

নৈনগদবা : মীতৈ খৃষ্টান্দা অপনবা লৈত্রা

## ৬শুবা পারা

# খৃষ্টাহগী লমচ;

### পাগদবা ১ পিতার ১:১৩-২৫

(১) মীওইবসি অহানবদা পোকপা মতমদা চহি ১-৫ ফাওবা লুনা তৌগদৌবা শেন্নগদবা ৫-১০ ফাওবদা ফজনা তম্বিদুনা মীতৈ ঐখোয়গী

লীচৎলোন্দা লাইবিক তম্বিবগী অমসুং ইমুংগী থবক শূবা-নোম্বদা মতম পূং শীজিন্নবগী তম্বিবা হৌগদবনী। চৎন-লোনচৎ কলচব খুদিংমক্কী কতিন ৱার্ক। তূম্বা মতম, হৌগৎপা মতম, চাবা, লাইবিক পাবা, লুজবা, স্কুল চৎপা, হল্লকপা চবা ৱানবা থবক শূবা শান্নবা ইপা ইমাগা চাক চামিন্নবা। মচাশিংনা মমা, মপাগা চাক চামিন্নবসি অঙাংশিংনা যাম্না হবাওই। মিনিৎ ৩০ খক্তা ওইববসু টিভি যেংজবসি অঙাংশিংনা হবাওই। খৃষ্টান ইমুং ঐখোয়দি নোংমদা তূমলমদাইদা নৎত্রগা চাক চাবমদাইদা পূন্না ঈশ্বৰ খুরুম্মিন্নগদবনি। ১ কোরিন্থীয় :৭:৩২-৩৫ দা নখোযনা লাওতক্লদনা লৈবা ঐনা পাম্বনি। মযূম পান্দবা মী অদুনা প্রভুবু কবম্না পেলহনগদবা হাযদুনা প্রভুগী থবক্কীদমক চেকশিল্লি, অদুগা মহাক্কী লুহোংলবা মী অদুনা মহাক্কী নুপীবু কবম্না পেলহনগদবা হাযদুনা তাইবঙপানবগী ওইবা পোৎকীদমক চেকশিল্লি, অদুগা মহাক্কী পূক্নিং যেন্নৈ অমসুং মযূম নাইদবী নুপীগা লৈশাবীগনসু মহাক্ল কবম্না হাকচাংদসু থৱাযদসু অশেংবী ওইননব প্রভুগী থবক্কীদমক চেকশিল্লি। অদুবু তাইবঙপানগী ওইবা থবক্কীদমক চেকশিল্লি। অমহিকসুং নখোযগী তোংজনবা অসি ঐনা হায়বনি। ঐনা নখোযগী নথক্তা লাং হুঞ্জিনগে হাযবা নত্তে, অদুবু মতিকচানা ককঙাওদনবা প্রভুগী যৌগন তৌজবদা নখোযনা পূক্নিং থিংজিনবা ঙম্নবনি। পৃথিবীগী তোঙান-তোঙানবা লৈবাকশিংবু খোঙজেল মান্ননা চাওখৎপা মান্নবা মালেমশিংগী লৈমাযদা নেত-ৱার্ক কযা কযানা খুজিং ওইদুনা ঈশ্বরগী যৌগন তৌবশিংদসু ককঙাওনগুম্বা তৌবি। চাওখৎনবা হোৎনগদবনী। নুপীনা শেল তানবদা মপুবোইবা ফাওবদা ঈশ্বরগী যৌগন্দা অশোযবা কয়া যাওবকখিবা ঐনা খঙবা কযা যাওই। মবম অদুনা ইমুং পুববা নুপীনা ওফিস চৎপসু মচাশিংনা স্কুল কাবা মহাক্কী নুপাসু ওফিস কাখ্রগা নুপীদুনা ওফিস কাখি। চাওখৎপগী মতম্ন া লাকপনা হৌজিক ফোন পায়নদবা লৈতে ঈ-পাও খঙনবা তূম্বা মতম, চাবা মতম লৈবা মবম্না নুমিদাং ৯ দগী কনাগুম্বা ফোন তৌবক্লবদি নুপা ওইবশিংদা পায়হনগদবনি। মবমদি নপুবোইবশিংনা ৱাখল নুংঙাইবৌদৌবা প্রভুগী মাঙদা তৌবোইদৌবনি। অদুগুমদুদা নেত-ৱার্ক্কী। থবকসু অকক্লবা

মতম শীজিন্নগদবনি । খোয়ম্বা লিনখা থাদনা নুং অমসুং পান অনীমক্তা চুংশিন্ননা খঙমিন্নদুনা প্রার্থনা তৌমিন্নবগী অফবা থবক্তা য়াওমিন্নগদবনি ।

(২) খৃষ্টানগী লমচৎ ১ পি: ১:১৩-২৫ : মবম অদুগীদমক নখোয় নখোয়গী পুক্কিংগী খ্বাং লাকশিন্দুনা, পুক্কিং ফাজিল্লু, অদুগা যীশু খৃষ্টবু ফোঙদোকপিবদা নখোয়দা পুবিবক্লিবা থৌজান অদুদা নখোয়গী থৌবাংনা নীংবা চঙখোন্না থম্মু । হায়বা ইনবা অঙাংশিংগুম্না, নখোয়না অহানবা খঙদ্রিঙৈগী অপাইবগী শকফম লৌদদুনা, নখোয়বু কৌবিবা ইবুংঙো মহাক্না শেংবগুম্না, নখোয় নশাসু নচৎ- নতৌ পুম্নমক্তা অশেংবা ওইয়ু, মবমদি য়াসি অসুম্না ইখ্রে, নখোয় অশেংবা ওইয়ু মবমদি ঐ অশেংবনি, অমসুং মীশক মীমায় য়েংদনা মী খুদিংগী থবক মতুংইন্না ৱায়েনবিবা ইবুংঙো মহাকপু নখোয়না ইপা কৌববদি, নখোয়গী লংফেগী মতম অদু কিনা লেল্লু । মবমদি লুপা নৎত্রগা সনা, মাঙগদবা পোৎ অসিনা নত্তদুনা, অশোয়বা অমসুং অমকপা লৈতবা য়াউ মচাগুম্বা খৃষ্টগী মমল লুববা ঈনা, মখোয়বু নখোয়গী নপা নুপুশিংদগী থংথবকপা অবেম্বা মীপান্দগী হন্দোকপিবে হায়বা নখোয়না খঙই । খৃষ্টবু তাইবঙপাল হৌদ্রিঙৈদা অওইবমক হান্না খঙখ্রবনি,অদুবু ইবুংঙোবু অশিবশিংগী মবক্তগী হিংগৎপিববা অমসুং ইবুংঙোদা মতিক মঙাল পীবিববা ঈশ্বরদা ইবুংঙোগী মপান্না থাজবা নখোয়গী মবমগী দমক মতমগী অবোইবদা ইবুংঙোবু ফোংদোকপিবনি । মখোয়না নচিন-ননাওশিংবু তৌশিন্নবা য়াওদবা নুংশিবা ফাওবা অচুম্বদা হায়বা ইনবনা নখোয় নখোয়গী থরায় শেংদোকচবগা, থরায় য়াওনা পুক্কিংদগী নখোয় অমগা অমগা নুংশিনৌ । মবমদি মাঙবা য়াবা মরুদগী নত্তনা, মাঙবা য়াদবদগী, হিংবা অমসুং লেঙদনা লৈবা ঈশ্বরগী ৱা অদুগী মপান্না নখোয়বু অমুক হন্না পোকপিরে । মবমদি,

হকচাং পানবা পুম্নমক নাপীগুম্বনি, অমসুং মদুগী মতিক মঙাল পুম্নমক অদু নাপীগী মপানগুম্বনি । নাপীনা খুইখি, অমসুং মপান্না কেনখি, তৌইগুম্বসুং প্রভুগী ৱাহৈদি লোম্বা নাইদনা লৈবনি । অমসুং নখোয়দা শকে দাকখিবা অফবা ৱাপাউ অদু ৱাহৈ অসিনি ।

পাউবৌনা অসুম্না হায় । শেঙ্গাও পায়বা য়ুঙাওবা নুপা অমগা লৈমিন্নবগী শকপুদি। য়ূময়াংদা হিপচবনা হেন্না ফৈ হায়না তাকপি ।

নৈনগদবা : খৃষ্টানগী লমচৎস্তা হায়নিংবা লৈব্রা ।

৭শুবা পারা

# নমা নপানা হায়বদু পাওথোকউ

**পাগদবা পাওরৌ ৬:২০-২৫, ৮:২৩-২৯**

কৈদৌঙৈদসু নমা-নপানা-তাকপিখিবদু কাউগনু। মখোযগী থম্মোযদা মখোয়না তাকপিখিবদু চেৎনা কোনশিন্দুনা থমউ। মখোযনা তাকপিখিবদুনা লংফৈ চৎপা মতমদা লমজিংবিগনি। অদুগা অহিংদা অদুনা ঙাকপি শেনবীগনি। অমদি নুংথিন্দা মদুনা নখোয়গীদমক পাওতাক ওইগনি। মখোযনা নখোযবু চুমথোকপিখিবদুনা পুক্সি মশক খঙবা ঙমগদবনি । মসিনা ফত্তবা নুপিশিংদগী কনবা ঙমগনি, অতোপ্পা নুপাগী নুপীগী সবৌ লৈববা ৱাহৈশিংদগী থাপতোকপা ঙমগনি । মখোযগী মশক ফজবদুনা খোন্দুনা পুহনগনু, মখোযগী মিৎখৎ- নাখৎ তৌবদুনসু থেমদুনা পুহনখিগনু। পাউবৌ ৪.২৩-২৭ নখোযনা খনবা খুদিং চুমই চুমদে য়েংউ । নখোয়গী পুক্সিদু ৱাখন্না ফহনবা নৎত্রগা ফহন্দবা ঙমই। ওইদবা কৈদৌঙৈদসু ঙাঙগনু। মীনম্বা ঙাওবা নৎত্রগা লান্না লমজিংবশিংবু থৌশাকগনু । পুকচেল শেংনা খুমাঙ চাওশিন্নবা হোৎনৌ। নখোয়না তৌগদৌবা পূম্নমক নীংথিনা শেম শাদুনা হোৎনগদবনি অদুগা তৌকবা থবক্তু লান্দানবা তৌগদবনি । ফত্তবা থাদোক্নুনা অচুম্বা লম্বেলদা লাক্লবা হোৎনৌ। অচুম্বা লম্বীদুদগী খোঙথাং অমা নানথোক্তনবা হোৎনগদবনি।

ইচাশা ঐনা হায়বিবসি তৌববদি নখোয় পুক্সি নুংশাংগনি। ঐনা তাকপিবিবসি মতম লৈবদা থাদোকনু থম্মোয়নুংদা ঈশিন্দুনা থমউ। লৌশিংনা

নাখোয়গা পোকমিন্নবা নয়াম্বমক্লি হায়না নীংউ । ব্না মচংদুনা মরূপ কুম্না নীংউ। মবৌ লৈববা ব্না ঙাঙবী হৈবি নুপী অমসু নুপাদগী কনবা ঙমগনি। অঙীংবা পাউখুম্না অশাউবা মৈমুৎনৈ, অদুবু শাউনিংনা খুম্বদুনা অশাউবা হেনগৎকনি । অশিংবা মীনা ঙাঙথোবকপা মতমদা লৌশিং নীংশিংউ। অদুগা অপঙবা মীনা অপঙবা মাপান থোবকই। থোৎনা নৌনা ঙাঙবনা। মহৈ যালহল্লি অদুবু তমথিনা ঙাঙলবদি থব্নায় নুংঙাইহন্দে। অনী অদু অমত্তা ওইনা হিংমিন্নদুনা ঐখোয় মীতে খৃষ্ট্যান ইমুং- মনুংগী অর্থ লৈবা ওইবিয়ু । নৈনগদবা : পাউতাক

*৮শুবা পাবা*

## খৃষ্টান মপূং ফাবা

**পাগদবা : ফিলিপ্পীয় ৪:৪-৮ বো ১৪:৬, ১ পিতর ৪:১১**

(ক) খৃষ্টান ঐখোয়দি কবি কবি ফিবমদা লৈববসু পেন্থোকপা হৈবা মী ওইবা তাবে ।

মতম লৈবা খিবিক্তা প্রভুদা হবাওবিয়ু । অমুক্তা ঐনা হাযগনি, হবাওবিয়ু । নখোযগী পূক্লিং থোৎপা অদু মী পুম্নমক্ল খঙবা ওইসনু প্রভু নকশিল্লক্লে। কবিসু লাঙতক্লগনু অদুবু মবম খৃদিংদা থাগৎপগা লোযননা হায়জবনা অমসুং নোঞ্জবনা ঈশ্বরগী মফমদা নখোয়গী নিজ- নিজবা অদু খঙহল্লু । অদুগা ঈশ্বরগী ঈংথবা, খঙবা পূম্নমক্তগী হেন্দোক্লবা অদুনা, খৃষ্ট যীশুদা নখোয়গী থম্মোয় অমসুং ব্নাখলবু ঙাকশেনবিগনি ।

অকোনবদা, ইচিন ইনাওশা অচুম অচুম্বা মখৈ, ইকাইখুম্নবা যাবা মখৈ ধর্ম্মচেনবা মখৈ, অশেংবা মখৈ ফজ ফজবা, মখৈ অফবা ব্নাহৈ ব্নাতা মখৈ, কবিগুম্বা অফবা মতৌ লৈববদি অমসুং কবিগুম্বা থাগৎপা লৈববদি,

অসিশিং অসি ৱাখল তৌ । নখোযনা ঐঙোন্দগী তমখিবা, ফংখিবা, তাখিবা অমসুং উখিবা পূম্নমক অসি তৌবিয়ু অদুগা ঈংথবগী ঈশ্বর অদুনা নখোয়গা লোয়নবিগনি ।

তৌইগুম্বসুং ঐনা প্রভুদা য়াম্না হৰাওজে হায়বদি নখোয়না ঐগী দমক হৌজিক অমুক্কা ৱাখল তৌবিবে, মদুদা নখোয়না অওইবমক ৱাখল তৌবিবম্মি, অদুবু নখোয়গী খুদোং চাবা লৈবমদে । ঐনা ৱাংপগী মীংদা ঙাঙবা নত্রে, মবমদি ঐনা পাল্লিবা মীপান অদুদা পেনবা তমজবে । কবম্না তোম্থগদবা ঐনা খঙজে, অদুগা কবম্না য়ামগদবা ঐনা খঙজে । মবম খুদিংদা অমসুং মবম পূম্নমক্তা থনবদসু লামবদসু, য়ামবদসু, ৱাংপদসু, অথুপ্পা অদু ঐনা তমজবে । ঐবু পাঙ্গল কলহনবিবা ইবুংঙোগী মপান্না ঐনা থবক পূম্নমক ইতৌ তৌবা ঙমজে ।

(খ) নহাক্কী লমচৎনা ঈশ্বরবু অমসুং থবক্তা ঈশ্বরবু থাগৎপাসি ওইননবনি ।
ৰোমিয়: ১৪:৬ নুমিৎপু ঙাকপা মহাক অদুনা প্রভুগীদমক অদু ঙকপনি। অদুগা চাবা মহাক অদুনা প্রভুগীদমক চাবনি, মবমদি মহাক্তা প্রভূ বু থাগৎচৈ। অদুগা চাদবা মহাক অদুনা প্রভূগীদমক চাদনা ঈশ্বরবু থাগৎলি।

১পিতাব ৪:১১

কনাগুম্বা মীনা ঙাঙলবদি, ঈশ্বরগী পাউতাক ওইবগুম্বা ঙাঙসনু কনাগুম্বা মীনা থৌগন তৌববদি, ঈশ্বরনা পীনবিবা থৌগন তৌসনু অদুনা মবম পূম্নমক্তা ঈশ্বরবু যীশু খৃষ্টগী মপান্না থাগৎননবনি। ইবুংঙোদা লোম্বা নাইদবা মতিক মঙাল অমসুং পাঙ্গল লৈ।

(গ) খৃষ্টগীদমক্তা শিবা অমদি হিংবা অসি ঐগী ওইনা খঙবা মী ওইগদবনি।

২তীমথীয় : ২:৮মবমদি প্রভুনা মবম পূম্নমক্তা লৌশিং নঙোন্দা পীবিগনি। ঐনা শন্দোকপা অফবা ৱাপাউগী মতুং ইন্না অশিবশিংগী মবক্তগী হিংগৎখ্রবা, দায়ূদকী ধাবা যীশু খৃষ্ট অদুবু নীংশিংউ। মসিগীদমক ঐ তৌহৈদবা তৌবা মীগুম্না পুনবা ফাওবা অৱা খাঙবনি অদুবু ঈশ্বরগী ৱাদি পুন্দে। মবম অসিনা খনগৎপশিংনসু লোম্বা নাইদবা মতিক মঙানগা লোয়ননা খৃষ্ট যীশুদা লৈবিবা

অবান খুবম অদু ফংননবা, মখোয়গীদমক ঐনা পুম্নমক খাওবনি। হায়বিবসি থাজবা য়াবনি : মবমদি ঐখোয়না ইবুংঙোগা শিমিন্নববদি ইবুংঙোগা হিংসু হিংমিন্নগনি।

বোমীয:১৪:৭ মবমদি ঐখোয কনা অমতনা মশামক্তীদমক হিংবা নত্তে, অদুগা কনা অমতনা মশামক্তীদমক শিবা নত্তে। মবমদি ঐখোযনা হিংবা ওইববসু প্রভুগীদমক হিংবনি ঐখোযনা হিংলবসু শিববসু প্রভুগীনি। মবমদি খৃষ্টনা অশিবশিং অমসুং হিংলিবশিং অনীমক্কী প্রভু ওইননবা, মবম অসিগীদমক শিসু শিবিবে, হিংসু হিংগৎলে।

এফিসা ৪:২১:২৫ নখোযনা ইবুংঙোগী খোঞ্জেল তাববা অমসুং যীশুদা অচুম্বা লৈবগুম্না, ইবুংঙোদা তমজববা অওইবা ওইববদি, নখোযনা নখোযগী হান্না পাল্লম্বা মীপানগী মবীদা, মীনম্বগী অপাম্বগী মতুং ইন্না মাঙলিবা অবিবা মী অদু থাদোকউ, অদুগা নখোযগী পূক্লিংগী থৱাযনা নৌহন্দুনা, ঈশ্বরগী মতুংইন্না অচুম্বগী ধর্ম্মচেনবা অমসুং অশেংবদা শেমখ্রবা অনৌবা মী অদু নখোযনা শেংলো।

মবম অদুগীদমক মীনম্বা থাদোক্লুনা, নখোয মী খূদিংনা মাগী মাগী কৈবোয লৈকাইগা অচুম্বা ঙাওনৌ, মবমদি ঐখোয অমগা অমগা ইশা অমতনি।

(ঙ) যীশুদা তম্বা ৱাৎপশিংনা মপূং ফাবা মী ওইবা ঙমদে। মপূং ফাবা হাযবা ৱাহৈশি সাধুপোলনা ফিলিপ্পীযদা অমসুং এফিসাদা ঈশ্বরদগী ইনশিনবিবা সৌগৎপিবা ৱাহৈসিদগী ঐখোযনা তাবদা খঙবদা হবাওজবা মতম খূদিংমক্তা হবাওবিযু অইবা অমা ওইনা ঐ যাম্না হবাওজৈ হবাওবা হাযবসি খংদ্রবদি হবাওবা য়াদে। যীশু খৃষ্টনা ঐগী পাপ কোকপি ক্রোসতা মহাক্লা ঐগীদমক্তা পাপ চামথোকপিবে। হাযবা ৱাহৈ অসিদগী হেন্না হবাওবা ঐগী পুন্সিনা ফোংদোকপদা লৌইবা নাইববোই ঐগী পুন্সি নৌনা পোকপা অনৌবা ৱাখল, অনৌবা থৌজাল, অনৌবা থাৱায অশেংবা অনৌবা ঐগী জাতিগী অৱাৎপা, ঐগী জাতিগী অশোয়বা, ঐগী জাতিগী ইতিহাস ঐগী ইবমদমগী পাউ-চেগী থোঙদা অৱাৎপা উবদা মীয়ামগী মীবক

তিন্নবা প্রভূদা হোৎননিংবা ঐঙোন্দা লৈবিবা হবাওবনা ঐবু ঈশ্বরনা লোইনবিবি। মীতৈ খৃষ্টান ইমুং মনুংগী অর্থ লৈবা ওইবিয়ু।

নৈনগদবা : খৃষ্টান মপূং ফাবা

*১শুবা পারা*

## খৃষ্টান মপূং ফাদবা

পাগদবা লুক:১০:৩৮-৪২

(ক) বাইবলদগী হেন্না যাগী খঙহৈদবা অকবা আইন খনবসিতা ঈশ্বরগী ৱাহৈদা মপূক্লিং লৈগন্দবা ঈশৈ শকপদসু থৱায় য়াওগন্দবা মীগী সেবাদি য়াম্না হৌজন্নিংবা।

মখোয়না চৎপদা ইবুংঙোনা কবিগুম্বা খুল অমদা লেঙশিল্লে, অদুগা মার্থ কৌবী কনাগুম্বী নুপী অমনা ইবুংঙোবু ময়ূমদা লৌশিঞ্জবে। অমসুং মাবিয়ম কৌবী মহাক্কী মনাও অমা লৈবম্মি, মহাক্কসু প্রভুগী খুয়াদা ফমজদুনা ইবুংঙোগী ৱা তাবম্মি। তৌইগুম্বসুং মার্থনা থৌগন তৌবা য়াম্বগী মৱমনা ৱাইচিল্লে। অদুনা মহাক্না ইবুংঙোগী নাক্তা লাক্লুনা হায়, প্রভু, ঐ ইথন্তা থৌগন তৌনবা ইনাওনা ঐবু থনম্বা অসি ইবুংঙোনা থৌশাবিদ্রা? মৱম অদুনা ঐবু মহাক্না পাংবিননবা যাথং পীবিয়ু। তৌইগুম্বসুং প্রভুনা মাঙোন্দা খুম্নকই, মার্থ, মার্থ নহাক্না থবক য়াম্বগী মৱমদা লাওতক্লদুনা ৱাবে, অদুবু থবক অমতংদি তঙাইফদ্রবনি। মৱমদি মাবিয়মদি মাঙোন্দগী লৌথোক্লবোইদবা অফবা শকক অদু খন্দোক্লে।

ঈশ্বরদি লোম্বা নাইদবনি হায়না খন্দবা মী চার্চকী শেমশাবদা থৱায় যাওগনবা ময়ূমগী থবক্কসু য়াম্না ফবা শাবা মনা শূবনিতা হায়নিংবা মীতা ওই। লমকেৎ- লমহাইবা, খোয়খা-লিনখা থাগনবা মুকম- মুকম শোনগনবা স্বর্গ লৈবাক্কী ৱাবীদো মহাক্কীনি হায়না খল্লি।

(খ) ঈশ্বরগী ৱাহৈদা ৱাখল তাগন্দবা মীতা মীওইনি। মখোয়না ইবুংঙোবু সমুদ্র ৱাংমদা ফংলবদা হায়, ইবুংঙোনা মফম অসিদা কৈদৌঙৈ

লেঙবিবকপগে? যীশুনা যোহান ৬:২০-২৯ নখোয়দা খুন্নকই, ঐনা নখোয়দা থাঙ্গে শেংনমক হায়বিবনি, নখোয়না ঐবু থিবদি খুদম উখিবগী মবম্না নত্তে, অদুবু নখোয়না তম্দুম অদুদগী চাবগা থনখিবগী মবম্নি। মাঙগদবা চিঞ্জাক্কীদমক নোমগনু, তৌইগুম্বসুং মীগী মচা নিপা অদুনা নখোয়দা পীগদবা লোম্বা নাইদবা হিংবা ফাওবা লৈবা চিঞ্জাক অদুগীদমক নোমউ মবমদি মহাক অসিবু মপা ঈশ্বরনা চুন্নন্রে। মবম অদুনা মখোয়না ইবুংঙোদা হায়, ঈশ্বরগী থবক পূন্নমক তৌননবা, ঐখোয়না কবি তৌবা তাবগে? যীশুনা মখোয়দা খুন্নকই, ইবুংঙো মহাক্না থাবক্লবা মহাকপু নখোয়না থাজবা হায়বা অসি ঈশ্বরগী থবক অদুনি।

মবম অদুনা মপূং ফাবা খৃষ্ট্যান ওইগে হায়ববদি যীশুনা তম্বীখিবা মীগী মচা নিপা অদুনা নখোযদা পীগদবা লোম্বা নাইদবা হিংবা ফাওবা লৈবা চিঞ্জাক অদুগীদমক নোমউ মবমদি মহাক অসিবু মপা ঈশ্বরনা চুম নন্রে, হায়বদি যীশু থাজবসি ঈশ্বরনা পেনবনি।

গ) মবম অদুনা মপূং ফাদবশিংসি অচুম্বদা খওনিংবা লৈগন্দে। মবৈ মবা তৌদুনা পূকখোক্কী রা পুথোকল্লি। ঐখোয়না ১৯৭৫দা ঈশ্বরগী অফবা রা পাউ শন্দোক- শন্দোক্নুনা চৎপা মতমদা কনাগুম্বদা হংনিংবা লৈববদি হংনবা হায়জবদা। যীশুনা ঙাবী চাব্রা হায়না হংলকপা য়াওম্রে। মবম অদুনা মপূং ফাদবা মীদি মপূং ফাদবা রাখল লৈ। মবম অদুনা ঈশ্বরগী মীশিংনা ঈশ্বর থাজববদি শোয়দনা শিংগনি হায়বসি অচুম্বনি। লৌশিংগী হৌবকফমদি ঈশ্বরদগীনি হায়বসি অচুম্বনি।

১পিতর ২:১-৫

মবম অদুনা ফত্তবা পূম্নমক, লিংজেল চুমদবা পূম্নমক, অফ-শাজনিংবা, কল্লকপা অমসুং ফত্তবা ঙাঙনবা পূম্নমক থাদোক্নুনা, প্রভুদি থৌজাল হৈবনি হায়বা নখোয়না মহাও খঙলবদি, থরায় য়োক্লবা অশেংবা শঙ্গোম্না নখোয়বু অবান খুবম ফাওবা চাউহন্ননবা, নৌনা পোকপা অঙাং মচাশিংগুম্না শঙ্গোম অদু থৌবাংনা পামজৌ। মীশিংনদি অওইবমক চন্নদ্রবা, অদুবু ঈশ্বরগী মিৎয়েংদদি খনগৎলবা, মমল লুববা, হিংলিবা নূং, প্রভু অদুগী

মফমদা নখোয়না লাক্লিবনি, যীশু খৃষ্টগী মপান্না ঈশ্বরগী মফমদা, থরায়গী ওইবা বলি কৎননবা, অশেংবা পুরোহিৎ ফম ওইনবা, নখোয় নশাবুসু হিংলিবা নূংশিংগুম্না, থরায়গী ওইবা য়ূম শাগৎলিবনি।

মীওইবসি চাক লাম্লগা চাক চাবগা ফৈ। মবম অদুনা কনাগুম্বা মীওই খরনা অফবা ইমুং অমা শেম্লবা অফবা পাউতাক তাশিল্লি- তম্মী। অফবা লাইবিক্কী পাউতাক তমদুনা অফবা ইচা অফবা ইশু শেম্লবা হোৎনৈ। প্রভু যীশুগী মপান্না ঈশ্বরগী মফমদা য়াবিবা, থরায়গী ওইবা বলি, কৎনবা অশেংবা পুরুহিৎফম ওইনবা নখোয নশাবুসু হিংলিবা নূংশিংগুম্না,থরায়গী ওইবা য়ূম শাগৎলিবনি। মপূং ফাদবসি মপূং ফাবা ওইবদু মিনিৎ মগুা চগুবা নত্তে। মবম অদুনা প্রভুদা বলি কৎপগুম্না পাপ চেল্লবা ঐগীদমক ক্রোসটা শিবিবসি প্রভুগী খুযা খাদা ঐগী পুন্সি নৌশিনবিয়ু ঐগী থম্মোযদা প্রভুগী থবায় অশেংবদু পীবিয়ু হায়না হাযজবদা শোইদনা পীবিগনি। মপূং ফাবা খৃষ্ট্যান ওইবিসনু ঈশ্বরনা খনগৎলবা ঐখোযবু, মীতৈ খৃষ্ট্যান ইমুং মনুংগী অর্থ লৈবা ওইবিয়ু। ঈশ্বরনা ওইনহবিসনু । নৈনগদবা : খৃষ্ট্যান মপূং ফাদবা

*১০শুবা পারা*

# লুচিংবা হায়বসি ওইর ক্কদবশিং অদু খঙবা মী অদুনি

*The leader is the one who knows the "Things to come'*

(১) পাগদবা য়োশুৱা ১:৮ দানিযেল ১:৮ যোহান ১৬:১৩, নখোয়না পুনেমজবা মতমদা পূয়া পাগদবনি হায়বসি কাউথোক্কানু। অহিং নুংথিল অনিমক্তনা মসিদা ইবিবা পুম্নমক অমত্তা কায়দনা ইনবা ঙম্মনবা হোৎনগদবনি। মসি তৌববদতাদা নখোয় চাওখৎপা অমদি মায়পাকপা হায়বদু ওইগনী । মতৌ অসুম্না গ্রীক জাতিগী লানফা ওইনা পুরকপা নহাশিংদুগী মবক্তা দানিযেল, হনানিযা, মিশায়েল, যুদাহগী শাগেদগী অজবিয়ানচিংবা য়াওবম্মী। লুচিংবশিংগী মকোক্কুনা মখোয়বু অনৌবা মমীং থোনহনবিবম্মী · দানিয়েলবুনা বেলথশাহজ্জার কৌবম্মী । হনানিয়াবু শদ্রক হায়না, অজারিয়াবুনা অমেদনগো কৌবমই; মখোয়বু য়ু, পকউ, শা চাউ হায়না তাকপিবকখি। মদুবু দানিয়েলনা নিংথৌগী ময়াই কাববা চিঞ্জাক্তু চাদুনা মহাক মশামকপু মাঙহল্লোই হায়না চপ যুংনা লেপ্পল্মী। ইনিংথৌগী ম্নায়াথং নিংথৌনা থকপা যুদুসু থকলোই হায়না লেপ্পল্মী । মবমসিনা মহাক্না নিংথৌগী লুচিংবশিংগী মকোক্ক অদুদা মহাক মশামকপু মাঙদোকপা পামদে হায়বা খঙহল্লম্মী ।

(২) মতম খুদিংদা থৌবাং তৌবা মী ওইগদবনি : যোহনগী লাইবিক্তা ১৬:১৩ দা অসুম্না হায় ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়দা থবায় অশেংবা থীবিশ্রবা সিবা নাইদ্রলা মপু ইবুংঙো মহাক্না হায়বদি অচুম্বগী থবায় অদুনা লেঙবিবক্কগা লোয়নবিবা ইবুংঙো মহাক্না নখোয় ঐখোয়বু অচুম্বা পুম্নমক্তনা চিংবিগনী অদুগা থোক্কা-থোক্কাদবদু নখোয়দা-ঐখোয়দা খঙহনবিগদি। ১৪ :৩০-৩১ ঐনা নখোয়গা অমুক্ত হন্না য়াম্না ঙাংনরোই, মবমদি তাইবঙপানবগী মপু অদু লাকই ঐঙোন্দা মাগী কবিসু লৈতে :

তৌইগুম্বসুং ঐনা ইপাবু নুংশি অমসুং ইপানা ঐঙোন্দা য়াথং পীখিবগুম্না ঐনা তৌই হায়বা তাইবঙপানবনা খঙহনবনি। হৌগৎলো, ঐখোয মফম অসিদগী চৎলসি, মাথি:৯:২০-২৬ য়েংউ, চহী তবানিথোয় ঈ তাদুনা নাববী নুপী অমনা তুংদা লাক্লুনা, ইবুংঙোগী ফিজী অদু শোক্লে। মবমদি, ঐনা ইবুংঙোগী ইন্নফি শোকতা শোকচববদি, ঐ পূমফ ফগনি, হায়না মপুক্লিংদা নীংজে। অদুদা য়ীশুনা ওল্ল্হোক্লুনা মাবু উবগা হায়, ইচা নুপী, নুংঙাইজবো, নঙগী থাজবনা নঙবু ফহনবীবে। অমসুং পুং অদুদগী নুপী অদু পূমফ ফখ্রে। অমসুং যীশুনা ৱায়েল থৌদাবা মপু অদুগী য়ুমদা লেঙশিনবদা বাঁশী খোংবশিং অমসুং নিনখোংলিবা মীয়াম অদু উবদুনা হায়বকই, হন্দোকপীয়ু, মবমদি নুপীমচা অসি শিদে, তূম্লিবনি। অমসুং মখোয়না ইবুংঙোবু উশিত্তনা নোক্লে। অমসুং মীয়াম অদু থোকহনখ্রবদা, ইবুংঙোনা মনুংদা লেঙশিন্দুনা মাগী মখুৎ পাযখৎলুবে অমসুং নুপী মচা অদু হিংগৎলে। অমসুং মিংচৎ অদু লম পুম্নমক্তা শীন থুংখ্রে।

(৩) **মঙলোমগী লম্বীদু খঙবা মী ওইগদবনি:** পাগদবা: দা: ১০:১২-১৪, ২:২৭-৩৫ দা ১০:১২-১৪, মতাংদুদা মহাক্না ঐঙোন্দা হাযবমই, হে দানিযেল কিগনু। নহাক্কী মপু ইবুংঙোগী মাঙদা নহাক্না নোল্লুকপা মী ওইগে হায়না নীংখিবা নুমিত্তুদগী নহাক্না হায়জবা পুম্নমক তাবিববনি। ঐনা লাক্লিবসি নহাক্কী ৱাহৈশিংদু তাদুনা লাক্লিবনি। পবসিয়াগী দুৎ নিংথৌ মচাদুনা ঐবু মফমদুদা নুমিৎ কুনমাথোইনি ফাদুনা থমমই। অদুবু মাইকেলনা ঐবু ইতেং পাংবিনবগীদমক লাক্লমই। মবমদি ঐহাক ইতোমতা পবসিয়াদা লৈবমই। নহাক্কী নফমদা ঐনা লাক্লিবসি তুংদা নহাক্কী মীশিংদা কবি থোক্কনি হায়বদু তাকপীগে লাকপনি। হায়বিবা খুদমশিংসি লাক্কদৌবিবা মতমগী ৱানি। দা: ২:২৯-৩৫ দা দাহিলনা, নিংথৌদা হায়বম্মী। অশিংবা মীশিং, লাইপুবশিং, জাদু হৈবশিং, পাঞ্জিনচিংবা ইনিংথৌদা ইনিংথৌনা হাংবিখিবা অঙকপদু উৎপা ঙম্লোই। ২৭ অদুবু কোবৌথক্ত অঙকপা পুম্নমক ফেংদোকপা ঙম্বা মপু ইবুংঙো অমা লৈবি। অদুগুম্বা ইবুংঙোদুনা নিংথৌ নবুখদনেজবদা তুংদা কবি থোক্কদগে হায়বদু

উৎপিব্রে। ইবুংঙোনা চেপ্পিগৈঁদা উখিবা খুদমশিং অমদি মঙদু অসিনি: ২৯
হে নিংথৌ, ইনিংথৌনা চেপ্পিগৈঁদা তুংদা কবি থোক্কদগে হায়বা বাখল
তৌবমই। অঙকপা পূম্নমক লোইনা খঙবা ইবুংঙোদুনা ইনিংথৌদা হায়বিবা
ব্রাফমসি খঙহনবিবে। ৩০ ননাইনা হঙ্গৎচনিংবদি ননাইনা তাইবংদা
লৈবিবা মীশিংদগী থোইনা হেন্না হৈ- শিংজদুনা অঙকপা অসি খঙজবা
নত্তে। ইনিংথৌ ইবুংঙোনা মঙগী ব্রা মচংদু খঙবা য়ানবা অঙকপসিগী
অবোনবদু খঙজবনি। মসিনা ইবুংঙোনা খঙবিনিংলিবা থম্মোয়গী
ব্রাখন্দুসু শোয়দনা পেলহনবিগনি।

৩১ হে নিংথৌ, ইবুংঙোনা অচৌবা মুর্ত্তি অমা উবমই। হায়বিবা
মুর্ত্তিসি য়াম্না মপাঙ্গল লৈবা অমদি মপা লৈতনা তনিক তনিকপা অমা ওইনা
উখি। মসিনা ইবুংঙোগী মাঙদা লেপখি। মসি য়েংবদা অকিবা ফংলমই। ৩২
হায়বিবা মুত্তিসিগী মকোক্তু ফুদোংলবা সনাগী ওইবমই। থবাক্কা পাম্বোমগনা
লুপানা শাবা ওইবমই। মবুক অমদি মফৈগনগী শকক্তুনা পিথ্রাইনা শাবা
ওইবমই। ৩৩ মখোঙদু য়োংনা শাবনি, খোঙপাক্তুনা য়োংকা লৈখোমগা
তোঙান-তোঙানবনা শাবনি। ৩৪ ইবুংঙোনা অদুম য়েংদুনা লৈবিগৈঁদা
তাইবং মীগী খুৎ নত্তবা কবিগুম্বা অমনা নুঙ অমা ককপসু উবমই। হায়বিবা
নুঙসিনা মুর্ত্তিদুগী য়োংকা লৈখোমগা শাবা মখোঙদুদা তাবমই। মসিনা
মখোঙদু মচেৎ তানা থুগাইবমই। ৩৫ মসিগী মতুংদা য়োং, লৈখোম, পিথ্রাই,
লুপা অমদি সনা পূম্নমক তোঙান তোঙান মচেৎ ওইনা তাবমই। কালেন্দা
লৌ য়ৈফমদা পাইবিবা ফৌহামগী মতৌগুম্না উবা হৌবক্লমই। নুংশিংনা
মখোয়বু হুমদুনা পুখিবা মতমদা মখোযগী কবিগুম্বা মবিক অমা ফাওবা থিবা
ফংদবগী মতৌগুম্লমই। মুর্ত্তিসিবু য়ৈথাইখিবা নুংদু অচৌবা চীংশাং অমা
ওইবক্তুনা মালেমসিবু শিনবা থুংনা শান্দোকখি।

৪। শিংথাবা য়াবা মী ওইগদবনি। পাগদবা: ঈব্রীয় ৭:২৫-২৬
যো:১৯:৯ ফম ফংলে। মবম অদুগীদমক ইবুংঙোগী মপান্না ঈশ্বরগী
মফমদা নকশিল্লকপশিংবু ইবুংঙোদি মখোয়গীদমক ব্রা নোম্বিনবা
তত্তনা হিংলিবনি। মবমদি অসিগুম্বা অশেংবা, লিংজেল চুম্বা,

অমকপা লৈতবা, পাপচেনবশিংদি খাইদোক্লবা অমসুং অতিযাদগী হেন্না বাংহল্লবা পুবোহিৎলেন ঐখোয়গীদমক মতিক চাবনি। অমহিকসুং মহাক্লা হায়, ইশিল্লু, য়াউ মচা অদুগী লুহোংবগী চাকখাঙবদা বাত্তোন ফংবশিং য়াইফবনি। অদুগা মহাক্লা ঐঙোন্দা হায়, অসিশিংদি ঈশ্বরগী অচুম্বা ৱানি।

৫। লোইনাইদবা আশা লৈবা মী ওইগদবনি। যোহান: ১৮:১১-১৪- ঐনা ইপাদা লৈ অদুগা ইপানা ঐঙোন্দা লৈ হায়বা ঐগী ৱাদু অদু থাজৌ, নৎত্রগা ঐনা নখোয়দা থবক অদুমক্কী মবল্লা থাজৌ। ১২ ঐনা নখোয়দা থাঙ্গৎশেংনমক হায়বিবনি, ঐবু থাজবা মহাক অদুনা ঐনা তৌবা তৌবা থবক অদু মহাক্লসু তৌগনী, অদুগা অসিশিংদগী হেন্না চাউবা থবক মহাক্লা তৌগনি, অদুগা অসিশিংদগী হেন্না চাউবা থবক মহাক্লা তৌগনি, মবমদি ঐনা ইপাগী মফমদা চৎলি। ১৩ অমসুং মপানা মচা নিপা অদুদা মতিক মঙাল ফংননবা, মখোয়না ঐগী মিংদা নিজ- নিজবা অদু ঐনা তৌবিগনি। ১৪ ঐগী মিংদা নখোয়না কবিগুম্বা ঐঙোন্দা নিংজরবদি, ঐনা মাবু তৌবিগনি।

৬। য়োৎকুম্না কনবা মী ওইগদবনি। গা: ২: ২০ যোশীয ৮:১-২ ঐবু খৃষ্টগা লোয়ননা ক্রোসতা শিমিন্নহনবিবে, অমসুং হৌজিক হিংজবিবা ঐনা নত্তে, অদুবু ঐগী নুংদা খৃষ্টনা হিংবিবনি, অদুগা ঐনা হৌজিক হকচাংদা হিংজবিবা মহিং অদু ঐবু নুংশিবিববা অমসুং ঐগীদমক ইবুংঙো মশামকপু পীথোকপীববা ঈশ্বরগী মচা নিপাবু থাজবা অদুগী মপান্না ঐনা হিংজবনি।

মরম অদুনা হৌজিক খৃষ্ট যীশুদা লৈবিবশিংদা অবানবা তাহনবা লৈতে। ২ মবমদি খৃষ্ট যীশুদা লৈবা (হিংবগী) থবায় অদুগী ৱাবেপ য়াথং অদুনা ঐবু পাপকী অমসুং শিবগী ৱায়েল য়াথং অদুদগী ইনীং তন্দ্রাল্লে।

নৈনগদবা: খৃষ্ট্যানগী লুচিংবা হংনিংবা লৈব্রা।

## ১১শুবা পারা
# ষ্টেটেজি ওফ প্লান

### খৃষ্টান অমা ওইনা মায়পাকপগী থৌরাং

পাগদবা: লাইশোঙদ্দু ঈশৈ:৪০:৫ হে ইপুবোই লৈশেম্বা ইবুংঙো ননাই ঐখোয়গীদমক মপান নাইদনা অফবা কয়া তৌবিখ্রে। তাইবংসিদা নহাকুম্বা কনাসু লৈতে। ননাই ঐখোযগীদমক ইবুংঙোনা অঙকপা কয়া তৌবিখি। পূম্নমক্তু ননাইনা মশীং থিদুনা লোইবা নাইবোই ননাইনা ফোংদোকপসু লোইবা নাইবোই। লাইশোন ঈশৈ: ২০:৩- ৫ নহাক্কী ঈবাং থৌনিশিংদু উবদা অমসুং থৌনিজবদা ইবুংঙোনা লৎনবিদসনু। ইবুংঙো নহাক্কী নীংবা পূম্বা থুংহনবিসনু। ননাই ঐগীদমক ইবুংঙোনা থৌবাংলিবা পূম্নমকসু ইবুংঙোনা পাঙথোকপিসনু। নহাক্না লানঙম্বা মতমদা হবাওনা ঐখোযনা লৈগনি। নহাক্না লানঙম্বদু ঐখোযগী ইপুবোইনি খন্দুনা থাগৎগনি। লৈশেম্বা হে মপু ইবুংঙো নহাকপু থাজবা পূম্বা ঐখোয় কুবিসনু। লাইশোন ঈশৈ ৩৩:১১%১২ হে ঈশ্বব নহাক্কী থৌবাং অমদি ৱাখল্দু মীবোন মীবোন খূদিংদা হোংবা নাইদে। মপুনি হায়না নীংলিবা অমসুং খুকমজবিবা ইপুবোইববু খঙবা জাত্তু য়াইফবনি। ইবুংঙোনা মহাক্কী ওইনবা খন্দোকখ্রবা মীশিংদু নুংঙাইবনি । য়াসাইয়া ৪৬:১১ নোংপোকলোমদগী মচাক পুদুনা থিদুনা চাবা উচেক অমা কৌখি। অথাপ্পা মফম অমদগী ঐনা নীংখিবদু থুংননবা কৌখি, মসি খঙঙো ঐনা হায়বিখিবদু শোয়দনা থুংহনগনি। ঐনা হৌগদৌবা থবক অমা লৈ। মদু শোয়দনা তৌগনি অমসুং থুংহনগনি। য়াসাইয়া ৩২:৮দা পূকচেল চাউবশিংদুনা অচৌ অচৌবা থবক তৌদুনা লেপ্লোকপা ঙম্মী। সাথি ১৮:১৯-২০ অমুক্তা ঐনা নখোয়দা হাযবি। পৃথিবীদা নখোয়গী নবক্তগী অনীনা কবিগুম্বা অমা নিজগদবা অদুগী মবমদা

পূক্লিং তিন্নববদ ঐগী স্বগগী ইপানা নখোয়দা মদু ওইহনগনি। ২০ মবমদি ঐগী ইমিংদা অনী অহুম পূন্না তিন্নবা মফম অদুদ ঐনা নখোযগী। নবক্তা ঐ, লৈ। পাউরৌ ২০:১৮ পাউতাক অফবা তাশিল্লবাদি মায় পাক্কনি। লানফমদা থৌবাং য়াওদনা মাঙজিন থাকনু কান্নদে। পাউবৌ ৪:২৩ নখোয়না খনবা খূদিংমক চুমই চুমদে যেংউ। নখোয়গী পুন্সিদু ৱাখন্না ফহনবা নংত্রগা ফংহন্দবা ওমই। ইব্রীয় ১১:৩ ঈশ্ববগী ৱাহৈনা তাইবংপানববু শেম্লে, অদুনা উবিবা পোৎ অদু উবা ঙম্বা পোত্তগী ওইবকপা নম্ভে হায়বা থাজবনা ঐখোয়না খঙই।

**নৈনগদবা :** লানথেংনবদা মায় পাকপা।

*১২ শুবা পারা*

## মেনেজমেন্ট (শেম-শাবা) শিল লাংবা : মায়পাকপগী

**পাগদবা:** যিবমায়াহ্ ১২:৫ মীশিংনা লমজেল তান্নবা মতমদা মখোয়না মহাকপু ৱাহল্লবদি মতৌ কবম্না শগোলগা লমজেল তান্নগনি ? খুদোং থিনিংঙাই লৈত্রবা মফমদা খুদি থিববদি মতৌ কবম্না য়বদনগী অশুকপা উমংদা চাংগদৌবিবনো। ১ তীমোথিয ৩:৪-১২ ৪ শিংলুপকী থৌপুবীনবা লুচিংবা ওইগদবশিংগী লমচৎ ব্যবহাব :- মহাক্না মচৎ ফজনা মচাশিংবু লাক্তুনা মহাকমক্কী ইমুংবু নীংথিনা ঙাক্কদবনি, ৫ কনাগুম্বনা মহাকমক্কী ইমুংবু কবম্না ঙাক্কদগে খঙদ্রবদি, মহাক্না ঈশ্ববগী শীংলুপ্পু কবম্না ঙাকশেনগদগে? ৬ নৌনা ওল্লকপা মীনা ওইদসনু, মহাক্না নাৱাংলক্তুনা দিযাবোলগী ৱাৱেন্দা তাবা য়াই। ৭ অমুকসু মহাক্না মিংদা থীবদা অমসুং দিয়াবোলগী লাংদা তাদননবা মপান্দা লৈবশিংনা শোন্নবা মী ওইবা তাবে। ৮ অদুগুমদুনা শীংলুপকী ডীকনশিংনা চিঙ লেম্বা মী, মচিন অনী লোংদবা, দ্রক্ষা মহীদা থোইনা পূক্লিং চঙদবা,

শেন্দোং কাবামদবা মী ওইবা তাবে, ৯ অশেংবা অচুম অবান খঙনবা পুক্নিংনা মখোয়না থাজবগী অথুপ্পা অদু পায়গদবনি। ১০ অদুগা মখোয় অসিবু হান্ননা চাং য়েংসনু, মাদুদা মখোয়না পাউথোকপা লৈত্রবদি, ঊকনশিং ওইনা থৌগল তৌসনু। ১১ অদুগুম্বদুনা নুপীশিংনা চীংলেম্বী মী হুনগদবী, য়ু থক্তবী, থবক পুন্নমক্তা থাজবা য়াবী ওইবা তাবে। ১২ ঊকনশিংনা মচাশিংবু অমসুং মখোয়মক্কী ইমুংবু ফজনা ঙাক্লুনা নুপী অমগী মপুবোয়বা ওইসনু। মবম অদুনা নহা ওইবশিংনা য়ুম পানবদা ঈশ্বরনা খঙবিবা ইমুংনি খঙদনা অতোপ অতোপ্পা য়ুম-পানবা ওইহল্লোইদৌবনি অশেংবা ঐখোয়না পাম্মী।

নৈনগদবা : শেম-শাবা।

*১৩শুবা পারা*

# শেম শাবগী থেংনবদা (মায় পাকপনি)

**লিদয় (লুচিংবা) :** পাগদবা পাউ শন্দোকপা ৫:৬ নচিন্না নঙবু পাপ্তা তাহনগনু অদুগা মপু ইবুংঙোগী স্বর্গ দুৎশিংগী মমাঙদা শোয়খিগদবগী শব্দকপুদি কবিমত্তা হায়দনা তুমিন্না লৈবনা হেন্না ফৈ। য়োমীয় ১:১৮ মবমদি মখোয়গী ধর্ম্ম চেন্দবা অচুম্ববু থিংবা মীশিং অদুগী ঈশ্বর নীংদবা অমসুং ধর্ম্ম চেন্দবা পুন্নমক্কী মথক্তা ঈশ্বরগী অশাউবা স্বর্গদগী ফোংদোকই। ২০ মবমদি তাইবঙপাল শেমঙৈদগী ইবুংঙো মহাক্কী উবা ঙমদবা হায়বসি ইবুংঙো মহাক্কী লোম্বা নাইদবা পাঙ্গল অমসুং ঈশ্বব ওইবা অদু শেমত্রবা পোৎকী মপান্না খ্রাখল তানা তশেং- তশেংনা উরিবনি অদুনা মখোয়বু কাইবিফম লৈতে। ২১ মরমদি মখোয়না ঈশ্বববু খঙলবসু ইবুংঙো মহাকপু ঈশ্ববনি হায়না থাগৎতে। অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী তৌবিমলসু খঙদে। অদুবু মখোয়গী খাখল খনবা অদু অবেম্বা ওইবক্রে, অদুগা মখোয়গী অপঙবা পুক্নিং মমখ্রে। ২২ মখোয় মশানা অশিংবনি হায়দোকচদুনা অপঙবা ওইবক্রে। লাইশোন ঈশে : ২৭:১১ ইবুংঙোনা পাম্বদু ননাইদা তাকপিয়ু

হে শিনাইদবা ইবুংঙো য়েক্লবা য়াম্বা মরম্মা অশোয় অণ্ডাম লৈতবা মফমদা ননাইবু তত্তনা চিংবিয়ু। এফিসা:৫:৬ মী কনা অমত্তনা নখোয়বু কবিসু নত্তবা ৱানা মীনমদসনু মবমদি অসিগী মবম্মা হায়বা ইন্দবগী মচাশিংগী মথক্তা ঈশ্বরগী অশাউবা লাকই। খোঙশানবা ১৮:১৭- ১৮ মোসেহ্গী মকুবোক্লা হায়রমই। নহাক্লা তৌবিবসি চুমদে নহাক অমদি মখোযবু লোয়নবিবা মীশিংসি ফেমদুনা তেক্লেনি। মবমদি নহাক্লা তৌবিবা থবকসি য়ামমল্লি। মবমদি ঐনা হায়রিবা ৱাসি তাবো ঐনা নঙোন্দা পাউতাক খবা পীগে অদুগা মপু ইবুংঙো নহাক্কা লোয়নবিবা ওইসনু। নহাক্লা মীশিংসি মপু ইবুংঙোগী মাঙদা পুখৎলু অদুগা মখোয়গী মথক্তা ইবুংঙোনা ৱায়েলবিসনু।

এফিসা: ২:২ - ১০ মখোয়শিংগী মনুংদা তাইবঙপাল অসিগী লীচৎ মতুং ইন্না অতিয়াগী পাঙ্গনগী মপু, হায়বসি, হায়বা ইন্দবগী মচাশিংদা হৌজিক থবক তৌবিবা থৱাযগী মতুংইন্না, নখোযনা মমাঙৈদা চৎলম্মি। মখোয়গী মবক্তা ঐখোয পুম্নমকসু হকচাংগী অমসুং পুক্লিংগী অপাম অপাম্বা তৌদুনা হকচাংগী অপাইবদা মমাঙৈদা পাল্লম্মি, অদুগা অতৈশিংগা মান্ননা মহৌশানা অশাউবগী মচাশিং ওইবম্মি। তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরনদি মপান নাইদবা নুংশিহৈবা ওইদুনা, ইবুংঙো মহাক্লা ঐখোয়বু নুংশিবিবগী ইবুংঙো নহাক্কী অথোইবা মনুংশি অদুগী মবম্মা, ঐখোয়গী অযোল- অবানগী মপান্না শিদুনা লৈবম্বা মবমদা, ঐখোয়বুসু খৃষ্টগা লোয়ননা হিংহনবিবে (থৌজান্না নখোয়বু কনবিবে), অদুগা ইবুংঙো মহাক্লা খৃষ্ট যীশুদা ঐখোয়বোমদা চানবিবনা ইবুংঙো মহাক্কী থৌজালগী মপাল নাইদবা লল অদু লাকদবা যুগ যুগতা উৎপিননবা, ইবুংঙোগা লোয়ননা ঐখোযবু হিঙ্গৎপিবদুনা, খৃষ্ট যীশুদা স্বর্গগী মফম মফমদা ঐখোয়বু ইবুংঙোগা ফম্মিন্নহল্লে। মবমদি থৌজান্না নখোয়বু থাজবগী মপান্না কনবিবে, অদুগা অসি নখোয়দগী নত্তে, ঈশ্বরগী খুদোল্লি, মী কনা অমতনা চাউথোক্তননবা, থবক্তগী নত্তে। ঈশ্বরনা হান্না লাঙবিশ্রবা অফবা থবক্তা ঐখোয়না চৎননবা, খৃষ্ট যীশুদা শেম্বিশ্রবা ঐখোয় ইবুংঙো মহাক্কী খুৎফম ওইবে। মায়পাকপগী থৌবাং।

নৈনগদবা : লিদব ওইবগী থেংনবদা মাযপাকপগী থৌবাং।

*১৪শুবা পারা*

# লিদ (লমজিংবা)

**পাগদবা : ইব্রীয়া ১৩:৭-১৭**

নখোযগী নথক্তা পান্নবম্বা, ঈশ্বরগী ৱা তাকথোকপিবম্বা মীশিংবু নীংশিংউ, অদুগা মখোয়গী পুন্সিগী মহৈ অদু ৱাখল খন্দুনা, মখোয়গী থাজবগী মতৌ লৌ। যীশু খৃষ্টদি ঙবাংসু, ঙসিসু, লোম্বা নাইদবা মতম ফাওবসু ইমান মান্ননা লৈ। তোঙান তোঙানবা অমসুং ওহ্লোক ওহ্লোকপা তম্বিবনা নখোয়বু পুথোকহনখিগনু, মবমদি থম্মোয়বু অচাপোৎনা নত্তনা, থৌজান্না, চেৎহনবা ফবনি, অচাপোৎ অসিগী মতুং ইন্না চৎপনা মখোয়গী তোংজদে। ঐখোযগী লাৎনপুং অমা লৈ, ফিজঙবু থৌগন তৌবিবশিংনা মাদুদগী চাবা মতিক লৈতে। মবমদি পাপকীদমক কৎননবা পুবোহিৎলেন্না অশেংবা মফমগী মনুংদা পুশিনখিবা ঈ অদুগী হৈ, লৈ, মশা মখৈ অদু তেঙ্গোলগী মপান্দা মৈ থাদোকই। মবম অদুগীদমক যীশুনসু, ইবুংঙোমক্কী ঈগী মপান্না মীশিংবু শেংদোকপীননবা, পম্বোঙগী মপান্না অৱা খাওলে। মবম অদুনা ঐখোয়না ইবুংঙোগী মায়থিবা পুজদুনা তেঙ্গোলগী মপান্দা ইবুংঙোগী মফম তান্না চখোকসি। মবমদি অসিদা ঐখোয়গী লেঙদবা সহর লৈতে, অদুবু লাক্কদবা সহর অদু ঐখোয়না থিজবনি। ইবুংঙোগী পান্না ঈশ্বরগী মফমদা তত্তনা থাগৎচবগী বলি, হায়বদি ইবুংঙো মহাক্কী মিংদা হায়দোকচবা চিনবানগী মহৈ অদু, ঐখোয়না কৎচসি। তৌইগুম্বসুং অফবা তৌবা অমসুং পুমিন্নবা কাউবিগনু, মবমদি অসিগুম্বা বলি অসিনা ঈশ্বরবু পেলহল্লি। নখোয়গী নথক্তা পান্নবিবশিংগী হায়বা ইল্লু, অদুগা মখোয়গী মখা পোল্লু, মবমদি মবম শীগবদবশিংগুম্না, মখোয়না থৱায়গীদমক্তা মিংশেং খাঙবি, মবমদি মখোয়না থৱায় ৱাবধদি, নখোয়গীদমক তোংজদবনি। য়াসাইয়া ৫৭:১৯ ঈশ্বরনা য়সাইয়াদা ঐখোয়দা মতমদুদা থোকখিবা ৱাহৈশিংদনা ঐগী ঐচিন্দগী শীগনি ঈংথবা কপ্লিবা মহাক্কী মবমদা মীশিংদুদা,

অনকপা অমদি অথাপ্পদা লৈবিবা মীশিংগী মথক্তা তাহনগনি ঈংথবা। যো: ১০:৩ মহাক্কীদমক থোঙশংবনা থোঙ হাংবি। অদুগা মহাক্কী য়াউশিং অদুবু মাগী মাগী মমিং কৌদুনা চিংথোকপি। য়াহজকেল ৩:১৭ নুপা নহাকপু ইসবায়েলগী অমসুং মীতৈগী জাতিগী ওইনা থোঙঙাকপা অমা ওইনা খল্লবনি। নহাক্লা ঐগী ইফমদগী বা অমতং তাবদা ব্রাদু মখোয়গী মফমদা শুগাইনা তাক্কদবনি। মাথি ৯:১৩ ঐনা নুংশি হৈবশিংবু পাম্মী। অদুগা ঈবাংপোংপু পামদে, হায়বা অসি কবিনো খঙনবা নখোয়না চত্তুনা তমলুখো। মবমদি ঐনা ধর্ম্মচেনবশিংবু কৌবা লাকপা নত্তে অদুবু পাপ চেনবশিংবুনি।

**নৈনগদবা :** লমজিংবা ওইবগী মায়পাকপগী থৌবাং

*১৫শুবা পারা*

# প্রেপিয়ার শেম-শাবা : মায়পাকপগী থৌরাং

**পাগদবা:** ত্রাফিসা ৪:১২-১৩ নখোয় পূম্নমক্লা থাজবগী অমসুং ঈশ্বরগী মচা নিপাবু পুঙখঙ খঙবগী অমতা ওইবা, মপূং ফাববা মখোয় অদুনা অশেংবশিংবু চাংখোলহন্নবগীদমক থৌগলগী থবক্কীদমক, খৃষ্টগী হকচাং শাগৎনবগীদমক ওইবিবনি। ২:১০ মবমদি ঈশ্বরনা হান্না লাংবিস্ত্রবা অফবা থবক্তা ঐখোয়না চংননবা খৃষ্ট যীশুদা শেম্বিস্ত্রবা ঐখোয় ইবুংঙো মহাক্কী খূৎফম ওইবে। লুক ১:৯-১০ অসুম থোক্লরে মহাক্লা মহাক্কী কাংলুপকি লেঙ মতুংইন্না ঈশ্বরগী মাঙদা পুরোহিংকী থবক অদু তৌবিঙৈদা পুরোহিংকী ফমগী হৌনবী মতুংইন্না প্রভুগী অশেংবা মফমগী মনুংদা চঙদুনা ধূপ থাবা মহাক্কী লাইবক্তা তাবে। অমসুং ধূপ থাবগী পূং অদুদা মীশিং অদুগী মীয়াম পূম্নমক্লা মপান্দা হায়জদুনা লৈবম্মি। লুক ১০:১০-১৪।

১০ অদুবু নখোয়না ৰুবিগুম্বা সহ্বদা চঙবদা, মখোয়না নখোয়বু লৌশিনবিদ্রবদি, মাদুগী লম্বী লম্বীদা চথোক্ত্নু না হায়ৰউ, নখোয়গী সহ্বদগী ঐখোয়গী খোঙদা পকপা উফুল অদুমক নখোয়গী নথক্তা সাক্ষী ওইনা ঐখোয়না তৈথোকই, অদুম ওইনমক নখোয়না অসি খঙউ, ঈশ্বৰগী লৈবাক নকশিল্লক্লো। ঐনা নখোয়দা হায়বিবনি, নুমিৎ অদুদা সহ্ব অদুদগী সোদোমনা হেন্না শাফগনি। হে খোবাসিন, নঙোন্দা অৱাবনিদা ' হে বেৎসৈদা নঙোন্দা অৱাবনিদা। মবমদি নখোয়দা তৌখিবা তৌঙমদবা থবকশিং অদু তুব অমসুং সীদোন্দা তৌবল্লবদি, মখোয়না অদুঙৈদা থৌবী ফি শেত্তুনা অমসুং উত্তা ফমদুনা মপূক্লিং হোংলমগদবনি। তৌইগুম্বসুং ৱ ায়েল তৌবদা নখোয়দগীদি তুব অমসুং সীদোন্না হেন্না শাফগনি।

যোহান: ১৪:২ ঐগী ইপাগী য়ুমদা লৈফম যাম্না লৈ মদু নৎলমদ্রবদি ঐনা নখোয়দা হায়বমগদবনি মবমদি ঐনা নখোয়গীদমক মফম থৌবাং তৌনবা চৎলি।

**নৈনগদবা :** শেমশাবদা মায়পাকপগী থৌবাং।

*১৬শুবা পারা*

## মায় পাকপগী পন্থুং

**এফিসা ৪:২১-২৪**

২১ নখোয়না ইবুংঙোগী খোঞ্জেল তাববা অমসুং যীশুদা অচুম্বা লৈবগুম্না, ইবুংঙোদা তমজববা অওইবা ওইববদি, ২২ নখোয়না নখোয়গী হান্না পাল্লম্বা মীপানগী মবীদা মীনম্বগী অপাম্বগী মতুং ইন্না মাঙলিবা অবিবা মী অদু থাদোকউ, ২৩ অদুগা নখোয়গী পূক্লিংগী থৱায়না নৌহন্দুনা, ২৪ ঈশ্বৰগী মতুংইন্না অচুম্বগী ধৰ্ম্মচেনবা অমসুং অশেংবদা শেমল্লবা অনৌবা মী অদু নখোয়না শেৎলো। ১ তীমোথিযা ৪.৬-৮।

নহাক্না ৱাবমশিং অসি ইচিন ইনাওশিংগী পূক্নিংদা হাঞ্জিনবিববদি, নহাক্না থাজবগী ৱা মখৈনা অমসুং নহাক্না তুং ইঞ্জববা অফবা পাউতাক্না নশাবু য়োকচদুনা, নহাক খৃষ্ট যীশুগী অফবা থৌগন তৌবা মী ওইগনি। তৌগুম্বসুং অমাঙবা অমসুং হনুবীশিংগী অশেন্বা ৱাবী লৌগনু। অদুগা নহাক নথন্তা ঈশ্বববু নীংবা অদু হেন্না হৈননবা শাজেন তৌ, মবমদি হকচাংগী শাজেন্দি খজিক্তগীদমক তোংজে, অদুবু ঈশ্বব নীংবদি হৌজিক্কী অমসুং লাক্কদবগী হিংনবা ৱালেপ্পা লৈবগী মবম্মা মতম পুম্নমকীদমক তোংজবনি। পাউবৌ ১৫:২২ পাউতাক তাশিল্লিবমখৈ অমাঙবা লৈতে। অদুনা মাযপাকপগী লম্বী অমনি পাউতাকপু তাদ্রবদি মায়থিবা শোযদ্রবনি। পাউবৌ ১৬:১ - ৯

ঐখোযগী অপাম্বা মতুংইন্না থৌশিল তৌবা যাই অদুবু ইপুবোইগী অনিংবদুদি ঐখোয়দগী তোঙাল্লি।

নখোয়না তৌবিবা খৃদিং অচুম্বা ঙাক্তনি হায়না খনবা য়াই অদুবু ঈশ্বব ইবুংঙোনা নখোয়গী থম্মোয়বু চাং তৌবি।

নখোয়না তৌবা খৃদিংদা মপু ইবুংঙোনা কুবিনবা হায়জৌ অদু ওইববদি নখোয়না তৌকবদু মায়পাক্কনি।

ঈশ্ববনা শেম্বীগ্রবশিংদু মাগী মাগী মবাইবক লৈবনি। অদুবু ফত্তবশিংগী অবোইবদুদি অমাঙবা নত্তনা কবিসু লৈতে।

তমথিবা খৃদিংসু ঈশ্ববনা তুক্কচৈ, অৱাফমদুদগী মখোয়গী ইবুংঙোনা কৈদৌঙৈদসু কনবিবোই।

হায়বা ইল্লবা অমদি থাজববদি নখোয়ন তৌখিবা অবানবদু ইপুবোইনা ঙাকপিগনি। ঈশ্ববগী য়াথং ইল্লবদি অমাঙ অতা লৈবোই।

ঈশ্ববনা য়ানবা চৎলবদি যেক্রবা ফাওবা মব্দপ ওইবক্কনি।

পূকচেল শেঙনা খজিক্তং তানবদুনা পূকচেল শেঙদনা য়াম্না তানবদগী হেন্না ফৈ।

নখোয়না অপাম্বা মতুংইন্না থৌবাং তৌবা যাই অদুবু ইপুবোইনা নখোযনা তৌগদৌবা থবকশিংদু শিনবা ঙমই।

১০ নিংথৌনা বা ঙাঙলকপা মতমদা মপুগী মতিক য়াওনা ঙাঙবা মহাক্লা তাবা বায়েন্দু মতম লৈবদা অচুম্বনি।

১১ ঈশ্বরনা খন ওন্দুনা য়োল্লিবশিংদগী চুম্না ওনবদু পামই অদুগা য়োল্লিবা খৃদিং মীনমদনা য়োনবদুসু ইবুংঙোনা পামই।

নৈনগদবা : থৌবম মায় পাকপগী।

*১৭শুবা পারা*

## পারপোজ (থৌরাং করিগী)

পাগদবা: পাউ শন্দোকপা ৩:১- ১২: পোৎ খৃদিংমক মতম লৈ, কোইবৌ মখাদা থৌদোক খৃদিংমক্কী মতম অমা লৈ।

পোকপগী মতম অমা, শিবগী মতম অমা, থাবগী মতম অদুগা থাখিবদু লোক্লবগী মতম অমা।

হাৎনবগী মতম ফগৎলকপগী মতম, শীন্দোক্লবগী মতম শাগৎনবগী মতম।

কপ্লবা মতম, নোক্লবা মতম, তেংথানবা মতম, জগোই শানবা মতম। নুংশিনবগী মতম, নুংশিবগী মতম অদুগা পামদবগী মতম।

থিজনবগী মতম অদুগা মাঙখিবগী মতম, থমজন্নবা মতম, হন্দোকখিবগী মতম।

শেগাইনবগী মতম ফোৎচনবগী মতম, তুমিন লৈবগী মতম, বা ঙাঙবগী মতম।

নুংশিবগী মতম অদুগা তুক্কৎচনবা মতম, লানগী মতম ঈংথবগী মতম।

থবক কন্না নোম্লিবা নুপাদু মাগী অশূমল ওইনা করি ফংলবগে?

মীগী মচাশিংবু থবক চিন্নবা মপু ইবুংঙোনা তৌবিবা থবক পূম্নমক ঐহাক খঙলে। ১১ ইবুংঙোনা পোৎ খুদিংমক মতম নাইনা ফজনা শেমগ্রে, মীওইবগী ব্রাখলদা ইথিলসু মানা ফাওহনগ্রে। অদুবু মপু ইবুংঙোনা তৌখিবা অমদি তৌগদবগী অহৌবগা অবোইবদুগদি মহাক খঙবা ঙমদে।

পাউ শন্দোকপা ১০:২০ অবেম্বা মতমদা নিংথৌবু থিনা ঙাঙগনু নয়ূমদা ফম্লগা ইনাক খুনববু চৈকনু মবমদি নহাক্লা ঙাঙবা ব্রাশিংদু উচেক্লা তম্লবা য়াই মশা পানবা কবিগুম্বা জীবনা ব্রাশিংদু তমথোক্লম্বা য়াই। পাউ শন্দোকপা-১১:১ সমুদ্র বাংমা লান্না লম্লোন ইতিক্লবদি মতম অমদা মহৈ য়ানগনি অমসুং মহৈ লোক্কনি। বোম ১০:১৫ অদুগা মখোয়বু থাবিদনদি মখোয়না কবম্না পাউ শন্দোক্কনি। ইখিবা অসিগুম্বনি হবাওবা অফবা ব্রাপাউ পুবকপশিংগী মখোঙ অদু কয়া নীংথিজবিবা। মাথি ২৪:৪৫-৫১ অফবা অমসুং ফত্তবা মীনাইগী পান্দম।

অদুনদি অচাবা মতমদা মখোয়দা অচা অথক পীননবা মাগী মবুংঙোনা ইমুংগী মথক্তা শিন্নববা থাজবা য়াবা অমসুং অশিংবা মীনাই অদু কনানো ? মাগী মবুংঙোনা লেঙলকপদা-অদুগুম্না তৌবিবা ফংবা মীনাই অদু য়াইফবনি। ঐনা নখোয়দা থাঙ্গে শেংনা হায়বিবনি, নহাক্লা মহাক্কী লৈজবা পূম্নমক্কী মথক্তা মাবু শিন্নবিগনি। তৌইগুম্বসুং ঐগী ইবুংঙোনা থেংলক্কনি, হায়না ফত্তবা মীনাই অদুনা মপূক্লিংদা হায়দুনা অমসুং মাগী মমান্নবা মীনাইশিংবু য়ৈবা হৌদুনা য়ুঙাওবশিংগী চা-থকমিন্নববদি, মীনাই অদুনা নীংদবা নুমিৎ অমসুং খঙদবা পুংদা মবুংঙো অদুনা লেঙলক্কনি, মাবু মতুপ অনী থোক্লা ককথৎলগনি, অমসুং অফশাজনিংবশিংগা লোয়ননা মাগী শরূক ফংহনগনি, মফম অদুদা কপ্পা অমসুং ময়া ক্রক ক্রক চিকপা ওইগনি। য়োহান: ১:১৮ মবমদি নখোয়গী ধর্ম্মচেন্দবনা অচুম্ববু থিংবা মীশিং অদুগী ঈশ্বর-নীংদবা অমসুং ধর্ম্ম চেন্দবা পূম্নমক্কী মথক্তা ঈশ্বরগী অশাউবা স্বর্গদগী ফোংদোকই।

নৈনগদবা: মায়পাক্দবা থৌবাং কবিগী।

### ১৮শুবা পারা

## প্রোসিদিয়োর (তৌগদৌবা মওং) করম্না

পাগদবা: পাউ শন্দোকপা :১:৮ পোৎ খুদিংমক্কী অবেপ্পা লৈতে কনানসু মখোয়গী মবমদা খংবা অবেপ্পা হায়বা ঙমদে। য়েংবা ঙাক্তনসু মিৎসি পেনবা নাইদে। তাবা ঙাক্তনসু না-সি থানবা নাইদে অমসুং থানবা লৈতে। মৈহৌবোল ২৬:১৮ মপা অব্রাহমগী মতমদা তৌখিবা গুহাদু ঐহাক্লা অমুক হন্না তৌবশ্মী মবমদি অব্রাহম্না শিখিবা মতুংদা ফিলিসতিশিংনা চঙহনখিদে। মপানা থোল্লম্বা মমিংশিংদু মহাক্লা হোংদোকখিদে। ১ মীবোল ১৯:১৩ নবিন লৈয়ু অদুগা শামাই লৈদুনা চেপ্লোইদৌবনি। ঐখোয়গী মীযামগী অমদি মপু ইবুংঙোগী সহবসিগী যেংদুনা অবোইবা থাদুনা লানথেংনসি। লানফমসিদা লৈশেম্বা মপু ইবুংঙোগী অনীংবা পূম্নমক থুংবা ওইবসনু। লাইশোন ঈশৈ ৮১:৬- ১০ ঐগী মীনি হায়না লৈবিবা মীশিং তাবো নখোয়না লাইমাঙ অমসুং লাই মূর্ত্তি খুকমলোইদৌবনি। ইজিপ্তুগী নখোয়বু পুবিবকখিবা নপূবোই লৈশেম্বা ইবুংঙোদু ঐনি। নয়া কাথোকউ অমসুং চানবা ইনবিগনি।

নৈনগদবা : মায়পাক্কদবা তৌগদৌবা মওং (কবম্না)।

### ১৯শুবা পারা

## প্রোগ্রাম (করম্বা মতমদা)

থবায় অশেংবা য়াবিবা মতমদা। পাখোহচ;পা ১:৮ তৌইগুম্বসুং থবায় অশেংবনা নখোয়গী থাক্তা লেঙথবিবক্লবদা নখোয়না পাঙল ফংজগনি। পৃথিবীগী মফম পূম্নমক্তা ঐগী শাক্ষী ওইগনি।য়োহান ৪:৪৫- ৪২।

হৌজিক থা মরি লৈবগা লৌবোক থা লাক্কনি হায়না নখোয়না হায়নদব্রা? যেংউ, ঐনা নখোয়দা হায়বি, হৌজিক লৌ লোক্লনবা খোইঙাং শাবে হায়দুনা, নকোক থাঙ্গত্তু না লৌবুক য়েংউ। অহুনবা মহাক্কা অখাউবা মহাক্কা হবাওমিন্নবা অখাওবা মহাক অদুনা অশূমল ফংই, অদুগা লোম্বা নাইদনা হিংনবগীদমক মহৈ খোমজিল্লি। মবমদি মসিনা, অমনা মব্ধ হুল্লি অদুগা অতৈ অমনা খাওই, হায়বসি অচুম্বনি। নখোয়না নোমদবা অদুদা খাওননবা ঐনা নখোযবু থাবে অতৈশিংনা নোম্লে, অদুগা নখোয়নদি মখোয়গী নোম্বা অদুদা চঙলে।

অমহিকসুং, ঐনা তৌখি তৌখিবা পূম্নমক ঐঙোন্দা ইবুংঙোনা হায়বে, হায়দুনা সাক্ষী পীখিবা নুপী অদুগী ব্রাদগী খুল অদুদগী সমবিযাগী মী অয়াম্বনা ইবুংঙোবু থাজবে। অসুম তৌনা সমবিযা মীশিংনা ইবুংঙোগী নাক্তা লাক্লগা, মখোয়গা লৈমিন্ননবা ইবুংঙোদা হাযজৈ, অদুগা ইবুংঙোনা মফম অদুদা নুমিৎ নিনি ফাইবে। অমসুং ইবুংঙোনা হাযবা ব্রা অদুদগী অমুক হেন্না অয়াম্বনা থাজবে, অদুগা মখোয়না নুপী অদুদা হাযবম্মি, নহাক্লা তম্বগী মবম্লা ঐখোয়না হৌজিক থাজবা নত্তে, মবমদি ঐখোয ইশামক্লা তাবে, অদুগা অওইবমক অসি তাইবঙপানবগী কনবিবা মপু অদুনি হাযবা খঙই।

লুক ১০:২ ইবুংঙোনা মখোযদা হায। লৌ লোক্কদবা যাম্মী অদুবু লোকপিনবা মাদি যামদে। মবম অদুনা ইবুংঙো মহাক্কী লোক্কদবা লৌদা থবক শূবা মী থাবিবক্লবা লৌগী মপুদা নোঞ্জৌ।

**নৈনগদবা : মাযপাক্কদবা কবম্বা মতমদা।**

২০শুবা পারা

# কংক্লুজন (বারোইশিন)

লুক ১৯:১২-১৬- অদুদগী পীলাংনা ইবুংঙোবু থাদোক্লনবা হায়বন্মী তৌইগুম্বসুং যিহূদিশিংনা লাউবকই, নহাক্না মী অসিবু থাদোক্লবদি, নহাক্তি কৈসাবগী মরূপ নত্তে। মশা মথন্তবু নিংথৌ ওইহঞ্জবা মী খূদিংনা কৈসাবগী মথক্তা ৱা ৱাঙবনি। মবম অদুনা পীলাংনা ৱাশিং অসি তাববদা, মহাক্না যীশুবু মপান্দা পুথোক্লুনা নুং চনবা কৌবা (ইব্রীয় লোন্দা গববথা) মযমদা ৱাযেন- ফম্বৈ থক্তা ফমথবে। অদুগা মাদু অবান-চাকখাঙবগী থৌবাং লাঙবা নুমিৎ অমসুং চাউবাক্লা তককশুবা পূং তাবা মতম ওইবন্মি। অমসুং মহাক্না যিহূদিশিংদা হায, য়েংউ, নখোয়গী নিংথৌ । মবম অদু মখোয়না লাউবকই, পুথোকখ্রো, পুথোকখ্রো, মাবু ক্রোসতা হাংলু। পীলাংনা মখোয়দা হায, নখোয়গী নিংথৌবু ঐনা ক্রোসতা হাংকদ্রা ? অথোইবা পুবোহিংশিংনা খুন্লে, কৈসাব নত্তনা ঐখোয়গী নিংথৌ লৈতে। মবম অদুনা মহাক্না মতম অদুদা ইবুংঙোবু ক্রোসতা হাংননবা মখোয়দা পীথোকখ্রো। অরিবা জাতি ওইববসু কাংখোং চাইখিদুনা ইজবেল ১৯৪৯দা ইন্দিপেন্দেন্ট ফংখি। ২ পিতব ১:৬-৮

অদুগা মবম অসিমক্কীদমক নখোয়না যাম্না মবম ওকপা ওইদুনা, নখোয়গী থাজবদা অফবা মতৌ, নখোযগী অফবা মতৌদা খঙবা, নখোযগী খঙবদা নশা খুদুম চঞ্জবা, নখোযগী নশা খুদুম চঞ্জবদা খাঙহৈবা, নখোয়গী খাঙ হৈবদা ঈশ্বব নীংবা, নখোযগী ঈশ্বব- নীংবদা নচিন ননাওগুম্না চান্নবা অমসুং নখোযগী নচিন ননাওগুম্না চান্নবদা নুংশিবা হাপচিল্লু। মবমদি পূম্নমক অসি নখোয়গী ওইদুনা য়ামখংলবদি, ঐখোয়গী প্রভু যীশু খৃষ্টবু চংখোন্না খঙনবগীদমক মাসিশিংনা নখোযবু অত্তনবা অমসুং মহৈ যান্দবা ওইহল্লোই।

লুক ১২:৪১-৪৮ অমহিকসুং পিতবনা হায়, প্রভু, ইবুংঙোনা পান্দম অসি ঐখোয়দা নৎত্রগা পুম্নমক্তসু হায়বিবিব্রা? মাদুদা প্রভুনা হায়, অদুনদি অচাবা মতমদা মখোয়দা চাননবা শক্তক পীননবা মাগী মবুংঙোনা ইমুংগী মথক্তা পান্নহনগদবা থাজবা য়াবা অশিংবা দেৱান অদু কনানো? মাগী মবুংঙোনা লেঙলকপদা অদুগুম্না তৌবিবা ফংবা মীনাই অদু য়াইফবনি। চুম্না ঐনা নখোয়দা হায়বিবনি, মহাক্না মহাক্কী লৈজবা পুম্নমক্কী মথক্তা মাবু পান্নহনবিগনি। তৌইগুম্বসুং ঐগী ইবুংঙোনা লেঙলকপা থীল্লি হায়না মীনাই অদুনা মপুক্লিংদা হায়বগা, মীনাই নিপাশিং অমসুং মীনাই নুপীশিংবু য়েবা অদুগা চাবা, থকপা অমসুং য়ু ঙাওবা হৌববদি, মীনাই অদুনা নীংদবা নুমিৎ অমসুং খঙদবা পুং অদুদা মবুংঙো অদুনা লেঙলক্কনি, মাবু মতুপ অনী থোক্না ককথৎলগনি অমসুং থাজবা য়াদবশিংগা লোয়ননা মাগী শক্তক ফংহনগনি। অমসুং মবুংঙোগী নীংবা অদু খঙলগা, থৌবাং লাঙদবা অমসুং মবুংঙোগী পাম্বা মতুং ইন্না তৌদবা মীনাই অদুবু চৈফম য়াম্না নাইহন্না ফুগনি। তৌইগুম্বসুং মবুংঙোগী নীংবা অদু খঙদদুনা, ফুবা মতিক চাবা থবক তৌবা মীনাই অদুবু চৈফম খব নাইহন্না ফুগনি। অমসুং যাম্না পীখিবা মী খুদিংদগী য়াম্না লৌগে হায়গনি, অদুগা মীশিংনা য়াম্না শিন্নবিখিবা মী অদুদগী মখোযনা হেন্না পীগনি।

**নৈনগদবা :** মায়পাক্কদবা ব্রাবোইশিং।

*২১শুবা পারা*

# মেথোৎ (তৌগদবা মওং)

**পাগদবা:** ১ কোবিন্থীয়: ৩:৬ ঐনা মপাল থাবে, আপোলোনা ঈশিং চাইবে। অদুবু ঈশ্বরনা চাউহনবিবিবনি। ১ পিতর: ৪:১১ তৌইগুম্বসুং খৃষ্টগী মতিক মঙান ফোংদোকপা মতমদা নখোয়না থোইদোক হেন্দোক্না নুংঙাইবা হবাওননবা খৃষ্টগী অব্রা-অনং খাঙবগী শক্তক ফংমিন্নবা নখোয অদুক্কী মতিক মখৈ হবাওজৌ। ১ কোবিন্থীয়: ১:৩১-৩২ মবম

অদুনা নখোয়না চাবা ওইববসু, থকপা ওইরবসু কবিগুম্বা থবক তৌবা ওইববসু পূম্নমক ঈশ্বরগী মতিক মঙালগীদমক তৌ যিহূদিশিংবু গ্রীকশিংবু অমসুং শীংলুপ্পু খুদি থিহনগনু। রোম ১৪:১৩- ২০ মবম অদুনা ঐখোয়না অমনা অমবু অমুক হন্না রায়েল তৌনগনুসি, অদুগী শব্দকপুদি মহাক মহাক্কী মচিন মনাওগী লম্বীদা খুদি থীনবা তুনবা পোৎ থমদনবা, অসি পূক্লিং লেপউ। পোৎ মশামক্তা মাংবা কবিসু লৈতে হায়বা ঐনা খঙসু খঙই, প্রভু যীশুগী মপান্না থাসু থাজৈ, কবিগুম্বা পোৎ অমা মাঙই হায়না খঞ্জবা মী অদুতদা পোৎ অদু মাংবনি। মবমদি চানবা পোৎকী মবম্মা নঙগী নচিন ননাওবু পূক্লিং রাহল্লবদি, নঙনা নুংশিবগী মতুং ইন্না চৎত্রে। খৃষ্টনা মহাক্কী মহুত্তা শিবিখিবা মহাক অদুবু নঙগী চানবা পোৎনা মাঙহনগনু। অদুনদি নখোয়গী অফবা অদুবু থীনা ঙাঙনদসনু। মবমদি ঈশ্ববগী লৈবাক্তি চান-থক্নবা নত্তে, অদুবু থবায় অশেংবদা ধর্ম্মচেনবা, ঈংথবা অমসুং হবাওবনি। মবমদি খৃষ্টদা অসুম্না খঞ্জবিবা মহাক অদুদা ঈশ্ববনা পেনবনি, অমসুং মীশিংনা যাবনি। মবম অদুনা ঈংথবা ওইহনবা অমসুং ঐখোয় অমনা অমবু শেমগৎনবা থবক্কী মতুং ইন্না চৎসি। চানবা পোৎকীদমক ঈশ্ববগী থবক মাঙহনগনু। পোৎ পূম্নমক অশেংবনি, অদুবু মীবু খুদি থীহনবগা লোয়ননা চাবা মী অদুগীদমক ফত্তবনি।

১ কোবিন্থীয়: ৮:১৩ মবম অদুগীদমক চানবা পোৎনা ঐগী ইচিন ইনাওবু খুদি থীহল্লবদি ঐগী ইচিন ইনাওবু খুদী থীহন্দনবা ঐ অমুক হন্না শা চাবোই।

নৈনগদবা : মায়পাকপগী তৌগদবা মওং।

২২শুবা পারা

# দিভলমেন্ট (চাওখৎ থৌরাং)

পাগদবা: য়াহেজকেল ১০:১ করুবিমগী কোকতোন্দ অতিয়াদুদা মমল য়াম্লবা মণিগুম্না লংলবা সিংহাসনগী মওং মানবা অমা লৈবম্মী।

পাউ শন্দোকপা ৫:৭-১০- ফত্তবা থবক হেনগংলগা অবেন্বা রা য়াম্না ঙাঙবা হেনবনি। মপু ইবুংঙোবু কিয়ু। কবিগুম্বা মফম খবদা ওৎনৈদুনা অচুম্বা অমদি অশেঙবা উবা ফংদ্রবদি মদুদি নঙ ঙককনু মবমদি মফম চাউবশিংদু হেন্না চাউবা অমনা শেন্নদুনা লৈ। মখোয়দগী হেন্না চাউব লৈ। লৈপাক অমগী খ্বাইদগী ফবদি মালেমগী মহৈ ফজনা লোক্রবা হোৎনবা নিংথৌ অমা লৈবদুনি। লুক ৯:১৩। পৈশা পাম্বা মী কনাসু পৈশানা পেনবা ঙমদবনি। লনথুম পাম্বা কনাসু মদুনা ওকপা নাইদবনি। পূম্নমকসি অবেন্বনি।

তৌইগুম্বসুং ইবুংঙোনা মখোয়দা হায় নখোয়না মখোয়দা চানবা পীয়ু। মদুদা মখোয়না হায়। ঐখোয়না চাকতুনা মী পূম্নমক অসিগীদমক চানবা লৈকদ্রবদি ঐখোয়গীদা তাম্দুম মঙা অমসুং ঙা অনীদগী হেন্না লৈজদে। ২ কোরিন্থীয় ৯:১২-১৩ মবমদি থৌগল অসিগী খঞ্জনবা অশেংবশিংগী অৱাংপা শমজিনবতা নত্তে, অদুবু ঈশ্বর থাগৎপা য়ামবগী মপান্না চাওখৎলি। মবমদি খঞ্জবা অসিনা নখোয়গী চাং খঙহনবা মপান্না খৃষ্টগী অফবা ৱাপাউগী মবীদা নখোয়গী হাযদোকচববা ইনবা অদুগীদমক অমসুং মখোয়দসু পূম্নমক্তসু কৎচবগী পাম্মুবা লৈতবা অদুগীদমক নখোয়না ঈশ্বরনা থাগৎপনি।

যাকব ২:২৫-২৬ অদুগা অদুগুম্বদুনা ওক্রবী রাহাবনা পাউচৎপশিং অদুবু লৌশিনবিদুনা মখোযবু লমতোপ অমদা থাখিবা অদুদা, থবক্না মহাকপুসু চুম্মনবিবা নৎত্রা ? থবায় যাওদবা হকচাং অদুন শিবগুম্না, থবক য়াওদবা থাজবনসু অদুগুম্না শিবনি।

য়োশুৱা ১:১- লৈশেম্ব মপু ইবুংঙোগী মনাই মোসেহনা নোঙ্গাববা মতুংদা পাংখিবা নুনগী মচানুপা য়োশুৱাদা ৱা ঙাঙবিবমই। ২ ইবুংঙোনা

হায়খি, "ঐগী ইনাই মোসেহ নোঙ্গারে। নহাক্কা লোয়ননা ইসবায়েলগী মী পূম্নমক হৌজিক্তি শেম শাবো। ঐনা মখোয়দা পীবিবা লমদু যৌননবা যবদন তুবেন লান্দুনা চৎননবা শেম শাবো। ৩ ঐনা মোসেহদা হায়খিবদুগী মতুংইন্না নখোয়না হৌজিক খোঙনেৎকদৌবিবা লৈপাকসি নহাক অমদি ঐগী মীশিং ওইবিবা ইসবায়েলশিংদা লোইনা পীবগদবনি। ৪ নখোয়গী লমগী ঙমখৈদি খা মাইকৈদা লৈবিবা মরুভূমিদগী হৌবগা অৱাংলোমদা লেবাননগী চীংশাং য়ৌগনি। নোংপোকলোমদনা ইউফ্রেৎ তুরেন্দগী হৌবগা হিতিশিংগী লৈপাক ফাওদুনা লাক্লগা নোংচুপ্তা লৈবিবা মেদিতবনিয়ান ঈপাক য়ৌগনি। ৫ য়োশুৱা নহাক্না হিংলিঙৈগী মনুংদদি নহাকপু মায়থিবা পীবা ঙমগদৌবা কনাসু লৈতে। ঐনা মোসেহগা লোয়ননা মতম লৈবদা লৈখিবদুগুম্না নহাক্কসু লৈগনি। মতম লৈবদা ঐহাক নহাকপু শেন্নদুনা লৈগনি। ঐনা নহাকপু লংশেকপিবোই। ৬ নহাক ৱাখল চেৎপা মী অমা ওইবা তাই মবমদি ঐনা মীশিংসিগী মপা মপুশিংদা পীগনি হায়না ৱাশকখিবা লমদু পীবদুনা মখোয়না মফমদুদা লৈবা মতমদা নহাক্না মখোয়গী লুচিংবা ওইগদৌবিবনি। ৭ ৱাখল চেৎলু অমসুং নীংহনগনু। নহাক্না তৌগদৌবা হায়ববু ঐগী ইনাই মোসেহনা নখোয়দা পীখিবা পুযাদু কাইদনা চৎননবা হোৎনবসিনি। পুয়াসি কাইদনা চৎলবদি নহাক্না তৌরুবা খুদিং মায়পাক্কে হায়বসি খঙজৌ। ৮ নখোযনা পুনেমজবা মতমদা পুযা পাগদবনি হায়বসি কাউথোক্কনু। অহিং নুংথিন অনীমক্তা মসিবু পাদুনা মসিদা ইবিবা পূম্নমক অমতা কাইদনা ইনবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি। মসি তৌববতদা নখোয় চাওখৎপা অমদি মায়পাকপা হাযবদু ওইগনি। ৯ নহাক মতম লৈবদা ৱাখল চেৎপা অমদি নিংহন্নদবা নুপা অমা ওইননবা নঙোন্দা ঐনা হায়খিবদু নীংশিংউ। নহাক্কী নপুবোই ওইবিবা ঈশ্বব ঐনা মতম লৈবদা নহাক্কা লোযননা লৈবা মবম্না কবিগুম্বদসু নহাক নপূক্রিংদা কিবা পোক্কনু অদুগা থম্মোয় পীকশিনগনু।"

যোশুৱা ৪·১- ৭ মীযাম লোযনবনা যাবদনা লল্লমদাইদা লৈশেঙ্বা মপু ইবুংঙোনা য়োশুৱাদা হাযবমই, "শলাই খুদিংদগী মী অমমম খন্দোকউ।

পুরোহিৎশিংনা লেপ্লম্বা য়বদনগী ময়াইসিদগী নুঙ তবানিথোই লৌবক্লবা য়াথং তৌখো। মখোয়না হায়রিবা নুঙসি পুদুনা লাক্লবা ঙসি অহিং পোৎথাগদৌবা মফমদা শাগদৌরিবা শঙদুদা থমগদবনি।”

য়েশুবানা খন্দোক্লবা নুপা তবানিথোইদু কৌবদুনা হায়রকই, “নপুবোই লৈশেম্বা ইবুংঙোগী অবেপ্পা রাশক্কী উবোংসিগী মাঙ থানা চত্তুনা নবেংবান্দা হাইগত্তু না ইসবায়েলগী শলাই মশীং শুনা নুঙ তবানিথোই পুবক্কদবনি। নুঙশিংসিনা লৈশেম্বা ইবুংঙোনা মখোয়গীদমক কবি তৌখিবগে হায়বদু নীংশিংহনগনি। তুংদা নখোয়গী নচাশিংনা নুঙশিংসিগী মবমদা হংলকপা মতমদা সিনাইদবা ইবুংঙোগী অবেপ্পা রাশক্কী উবোংসিনা যবদন তুবেন লানথোবকপা মতমদা চেল্লম্বা ঈশিং লেপখিবা খঙননবনি হায়না রাবিনগদবনি। নুঙশিংসিনা ইসবায়েলগী মীশিংদা মফমসিদা কবি থোকখিবগে হায়বদু খঙহনগনি।”

রোম ৮:১৪ - ১৫ মবমদি ঈশ্বরগী থৱায়না চিংবিরিবা মখৈ তাসিদি ঈশ্বরগী মচা নিপাশিংনি মবমদি নখোয়না অমুক কিননবা মীনাই ওইবগী থৱায় ফংবা নত্তে। অদুবু য়োকচবা মচা নিপা ওইবগী থৱায় নখোয়না ফংলে। মবম অদুনা লৈশেম্বা মপু ঈশ্বর ইবুংঙোদা ইপা হায়না কৌজে। ঈশ্বরগী নুংশিবা প্রভু যীশু খৃষ্টগী থৌজাল্লা থাজবশিংবু য়োকচবা মচা ওইনবা নোংদম্লীবনি।

নৈনগদবা : মায়পাক্কদৌবা চাওখৎ থৌবাং হংনিংবা লৈত্রা।

*২৩শুবা পারা*

# থৌগল্লোইশিংগী দরকার ওইবশিং

**পাগদবা:** গলা ৫:২২, ২৩, ১ পিতব ২:৯

থৌগল্লোইশিংগী মবক্তা মপুংফাবা অমসুং মতিক চাবা কনা অমতা লৈতে । অব্রাৎ অপা লৈবা ঙাক্তেনি। ঐখোয়গী অব্রাৎ অপাশিংদু কবি কবিনো য়েংমিন্নসি:-

**থব্রায় অশেংবনা চিংবিবা দবকার ওই:** থৌগল্লোই অয়াম্বনা কয়া থৌশাদবদি থব্রায অশেংবনা চিংবিবা অসিনি। ইশাবু মক ওইনা খনবসি যাম্না লাই । হান্না তৌগদবসু তৌদবদগী থৌফম খঙদবসু লৈবনি। মবম অদুনা ঐখোয়গী অহানবা মবমওইবদি থব্রায অশেংবনা চিংবিবা অসিনি।

**ঈশ্বরদা হায়জবা:** থৌগল্লোযশিংগী অহানবা থবক অমসুং মকওইবা খুৎলাইদি ঈশ্বরদা হাযজবা অসিনি । মথক্তা ঈশ্বরদা হায়জদবা থৌগল্লোই অদুদি কান্নত্রবা থৌগল্লোইনি । থৌগল্লোয় অমনদি হাযজব্দা মতম তত্তনা লেনজগদবনি । মহে য়ানবা থৌগল্লোয় অমা ওইনবগীদমক ঈশ্বরদা হাযজদুনা ঈশ্বরদা তত্তনা হংগৎচবা মীওইবা ওইগদবনি।

**নুংশিবিবা:** থৌগল্লোইশিংনদি থৌগল তৌমিন্নবিবশিং অমসুং মখোয়না থৌগল তৌববশিংবু নুংশিবা ঙম্বগী ঈশ্বরনা পীবিবা পূক্নিং অদু লৈবা মক ওই । অতোপ্পা মীশিংবু নুংশিবা ঙমদবা থৌগল্লোয়দি লায়বক থিববা মীশক্তি। ঈশ্বরগী নুংশিবা তত্তনা ফোংদোকপা মক ওইবনি ।

তৌইশুম্বসুং নখোয়বু অমম্বদগী ইবুংঙো মহাক্কী অঙকপা মশক ওইবা মঙাল্দা কৌবিববা ইবুংঙো মহাক্কী থোইহেনবা খিবিক নখোয়না হমথোক্লবা, খনগৎপা শাগে, নিংথৌগী ওইবা পুবোহিৎশিং, অশেংবা জাৎ, ইবুংঙো মহাকমক্কী মবন্নাইগীদমক ওইবা মী নখোয়নি।

**হব্রাওবা:** মীওইবগী খ্বাইদগী মক ওইবশিংগী মবক্তা হবাওবা নুংঙাইবা অসিসু অমনি । ইমুং মনুং, সমাজ অমসুং শিংলুপ অসিনা মকা

লাম্লবদি মীওইবগী পুন্সিসু নুংঙাই । মতৌ অসিগুম থৌগল্লোয়শিংগী পূক্লিং মকা লাম্বা মী ওইবা মথৌ তাই । পূক্লিং মকা লাম্বা, হবাও নুংঙাইবা মীগী মনাক্তা লৈবদি পোৎলুম হৈ্ছে, নুং অমসুং পান অনীমক্তা চুংশিন্না ওমদবা লৈহন্দে, খোইখা - লিখা খাবা লৈতনা হাবাওমীন্নে।

তাইনবা: থৌগল্লোযশিং ঐখোযনা য়াম্না দবকাব ওইবা অমদি অতৈ মীশিংগা চান্না চিন্নবা অসিনি। তাইশিন্নবা য়াদবগী মওংদি সৈতানগী মওংনি, য়াম্না বাইচিনবা অমনি । থৌগল্লোয়শিংগী মবক্তা সৈতানগী খুৎলাই ওইনা শীজিন্নবদি তাইশিন্নবা য়াদবা অসিনি । বাইবলনা তপথবা পিবশিং (তাইনবিবশিং) অদু যাইফবনি হাযনা তাকপি । থৌগল্লোয় ঐখোয়দি ঐখোয়গা থৌগল তৌমিন্নবিবা অমসুং ঐখোয়না থৌগব তৌবিবশিংগা তত্তনা তাইশিন্নদুনা চান্না চিন্ননা লৈবা মক ওই । চয়োল অমগী মনুং প্ৰাৰ্থন তৌমিন্নবা য়াম্না মক ওইবনি ।

খাংহৈবা: মীওইবগী মচত্তা চাউথোকপা হায়বসি মীওইবা পুন্নমক্তা য়াওই। নোম্থবা য়াওদ্রবদি তাইশিন্নবা য়াদে, খাংহৈবগা লোয়ননা অতোপপশিংগা থৌগল তৌমিন্নবা মক ওইবা মতমসু য়াওই । খাংহৈবা য়াওদনদি থাগৎনফম ওইববা থৌগল্লোই ওইবা য়াদে। ঐগী থৌগনসি ঈশ্বব পেনবিবিব্রা ঈশ্ববনা লোইনবিনসু পনত্রবশিং অসিগী মথক্তা হায়নিঙাই লৈবশিং লৈববদি হায়দোকমিন্নসি।

নৈনগদবা : থৌগল্লোই ?

*২৪শুবা পারা*

# লুহোংবা

লুহোংবা হায়বসি বব অমসুং কন্যাগী য়েক- শলাই লৈবসিবু মীতৈগী চৎনা-লোনচত্তা পাবি-পুবিবু লু, তোং হায়নৈ । কন্যাগী শাগৈদু ববগী শাগৈদা পুন্সি লৈপুল শেম্বা শাগৈদা তিনবদুবু লু+হোংবা=লুহোংবা কৌই। পুন্সি লৈপুন অসি ঈশ্ববনা য়াম্না ইকাইখুম্নে লুহোংবা।

**পাগদবা:** মৈহৌ ২:২৩,এফি ৫:২২-২৯, মাথি ১৯:৬

**ঈশ্বরনা** মীওইবসি মথন্তা লৈনবা শেম্বা নত্তে, নুপা নুপী ওইনা শেম্বী ( মৈহৌ ২: ২০ ) পুন্না লৈমিন্ননবা শেম্বনি। নুপা নুপী অনিদু অনি নত্তনা মশা অমতনি হায়না ঐখোয়না উবা ফংই। অদুগা প্রভু যীশুনা লুহোংবসি য়াবি হায়বসু ঐখোয়না উবা ফংই, মবম অদুনা ঈশ্বরনা তিন্নহনব্রবা অদু মী অমতনা খাইদোক্তসনু (মাথি১৯:৬)হায়না তাকপি। শীংলুপ মনুংদা, শীংলুপকী মীশিং অসিদা লুহোংবগী ব্রাহম্বোক অমসুং অথুপ্পা অমসুং ঈশ্বরনা শিনবিবগী মওংদু তত্তনা তম্বী তাকপিবা মক ওই। পুন্সি লৈপুন হায়বসি ঈশ্বরনা নোংদম্বীবনি ।

**লুহোংবগী ব্রাহম্বোক:** লুহোংবা অসি অথুপ্পা ব্রানি, পোলনদি অথুপ্পা অকবা ব্রা (এফি ৫:৩২) হায়না তাকপি। লুহোংবা অসিনা পোৎ মবিবু হায়বদি নুপা, নুপি, শিংলুপ অমসুং ঈশ্বরদা, পুনশিনবনি। যীহুদিশিংনা থাজনবদি মীওইনা পোক্লকুবগীদমক নুপা নুপী অমসুং থব্রায় অশেংবসি চঙই হায়না থাজে। মবম অদুনা খৃষ্টানগী লুহোংবা অসি অথুপ্পা অকবা অমনি, মসিগী মমল অসি তত্তনা নিংশিংবসি তঙাই ফদে। অতোপ্পা ধর্ম্মাগুম্না হৈ,- লৈগুম্না পৎ-পৎ থত্তুনা, লোঞ্জা হৈজানবা, লোঞ্জা নহুই লোনব য়াদে।

**লুহোংবগী পান্দম:** খৃষ্টান লুহোংবগী মরু ওইবা পান্দম অমদি খৃষ্টান ইমুং লিংখৎপা অসিনি। লুহোংদুনা খৃষ্টান ইমুংগী য়ুম্বী ূ বনি, পুহন্সনবা মহিংদগী খৃষ্টান ইমুংগী মশক উৎপনি। ঈশ্বরগী অপাম্বগুম হিংলবদি খৃষ্টান ইমুংদি মথং মথং চাওখৎলক্কনি। চুমদনা অমসুং শেংদনা লুহোংবদগীদি অফবা ইমুংগী অশা তৌনিংঙাই কয়া লৈতে। ইচাশিংদি লৈনিংবা খৃষ্টান ইমুংদি লিংখৎনিংদবশিংনদি লুহোংবগী পান্দমদুদগী থৈদোক্লবনি।

লুহোংবদি অশেংবা ওইনা অমসুং ইকাই খুম্না পাঙথোক্কদবনি:

প্রভু যীশুনা "ঈশ্বরনা তিন্নহনব্রবা" অদু হায়না হায়, অদুগা " মী ওইবনা খাইদোক্তসনু" হায়না মখা অমুক শমথৈ। শিংলুপকী লুহোংবগী

আইন লাইবিক্তদি, খন্থদনা অমসুং ময়েক শেংদনা লুহোংবদু পাঙথোক্কদবা নত্তে হায়না ইদুনা লৈ। লুহোংবা খবদদি মসিবু মরু ওইনা খন্দে। লুহোংবা অসি ইকাইখুম্নবগা লোয়ননা খন্থদুনা, ঈশ্বরদা হংগৎচবগা লোয়ননা লুহোংবা ওইববদি মহৈ য়ানবা লুহোংবা ওই। জাতিগী চৎনবী হেন্দোক্লা পাঙথোকপা নত্তবা অদুগা বাইবলগী মতুং ইন্না পাঙথোকপা ওইরবদি মহৈ যানবা ঙমই। বব কন্যা মখোয অনি অসি ঈশ্বরনা খঙবিবা লুহোংবনি হায়বসি নখোয় অনিনা খঙবদু ঈশ্বরগী অপাম্বনি । শীংলুপকী তন্বীবশিংদু ঐখোয়না লুনা খনবা মওংসি মতিক চাবে হায়না খনমিন্নসি। হংনিংবা লৈব্রা ?

**নৈনগদবা :** লুহোংবা।

*২৫শুবা পারা*

## ইমুংগী নুপা নুপীগী পুন্সি

**পাগদবা : ইব্রিয় ১৩:৪**

**কোলোসীয় ৩:১৪,১৮,১৮-২২**

*ইমুংগী নুপা নুপীগী পুন্সি মহিং অসি ইমুং অদুগী মরু ওইবা যুমফমনি। ইমুং মনুং ফবা ফত্তবদি নুপা নুপী অদুগী পুন্সি মহিং চুম্বা চুমদবগী মখা পোল্লি। মবম অদুনা ইশাগী লোযনবা লোযনবিবু ঈশ্বরনা পীবিবনি হাযবদি মযেক শেংনা খঙবা মরু ওই । নুপা নুপী অসিগী মরু ওইবা যেংমিন্নসি।*

**থাজবা য়াবা :** ইমুংগী নুপা নুপীগীদমক খ্বাইদগী মরু ওইবদি থাজবা য়াবা অসিনি। মসি যাওদনদি মতৈ মনাওগী পুন্সিদা অশোয অঙাম থোক্তবা ঙমদে। মখোয অনিমক্লা মিৎযেং কাবন চনবা যাদ্রে। মতৈ মনাওদি অশোনবশিং কৃপশিনবিদুনা অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা অমসুং অমনা অমগীদমক থাজবা য়ানা লৈগদবনি ।

**নুপাগী নুপীগী ইমুং মনুংগী খনবা:** ইশা ইশাগী নুপাগী নৎত্রগা নুপীগী ইমুং মনুংবু ঐগী ইমা ইপা ইচিন ইনাওগুম লুম্না লৌগদবনি মখোযগীদমক খনগদবনি। অসিগুম্না তৌবা অসিনা ঐখোয়বু অমত্তা ওইবগী রাখল লৈহল্লি। মসিনা নুপা নুপী অমসুং মখোয়গী ইমুং মনুংশিংদা হবাও নুংঙাইহন্দুনা মবি ফহল্লি।

**অমনা অমবু ঙাক্লবা:** মমিং চৎলবা থৌগল্লোই ফাওবা মখোয়গী নুপা নুপীগী মবক্তা নুংঙাইতবা থৌদোক থোক্তবা নত্তে। মার্তিন লুথবনদি, "ঈশ্বরনা ঐবু ঙাকপিবগুম ঐগী নুপী অসি ঙাকপীবা মথৌ তাই" হায়না হায়। বিলি গ্রহামগী নুপীনসু "মী অমনা অমবু ঙাকপিবসিবুনি মতৌ মনাওগী পুন্সি হাযবসি" হাযনা হায়। মখোয় নত্তবা অতৈসু নুপা নুপীগী মরক্তা নুংঙাইতবা থৌদোক থোকপা মীওই কয়ামুক লৈবমগনি । অদুবু অমনা অমবু ঙাকপিনবগী মবম্না চোম্না নংদনা নুংঙাইনা পানমিন্নবা য়াবিবনি।

**অমনা অমগীদমক খনবিবা:** নুপা নুপীগীদমক খ্বাইদগী মরু ওইবদি অমনা অমগীদমক খনবিবা অসিনি । অনা অয়েক থেংনবা অমসুং হকচাং শোনবা মতমদা হেন্না অমনা অমদা পূক্নিং চঙগদবা মতমনি । অদুম ওইনমক লুনা তৌবিবা অসিসু চাং অমা খঙবা মরু ওই ।

**অমনা অমবু থাগৎপিবা:** ইশাগী লোয়নবা লোযনবীবু তত্তনা থাগৎপিবা অসি মরু ওইবা থবক অমনি। বাইবলদসু মপুবোইবনা মাবু থাগৎপদি কয়া দবকাব ওইদবসু য়াই। মী খঙনা মমাঙ মক্তদা থাগৎপদি কযা দবকাব ওইদবসু যাই। অদুবু লোয়নবা লোয়নবীদুগী মনাক্তদি তত্তনা থাগৎপিগদবনি । মশাগী লোয়নবা লোয়নবিদা পূক্নিং পেঞ্জে হায়না মীশিংনা খঙনবা মবক্তা মীমাঙদা থাগৎপিবদি অকায়বা লৈতে ।

অঙাংশা, থবক পূম্নমক্তা নপা নমানা হায়বা ইল্লু , মবমদি অসি প্রভুগী মফমদা পেনবনি । মপাশা, নখোয়গী নচাশিংনা পূক্নিং হন্থবা থোক্তননবা, নখোয়বু লঙনগনু। মীনাইশা, মীবু পেলহনবশিংগুম্না মিৎযেংগী থৌগন নত্তনা, পুকচেল তিংনা, প্রভুবু কিদুনা থবক পূম্নমক্তা

হকচাংগী মতুং ইন্না নখোয়গী মপু ওইবশিংগী হায়বা ইল্লু। ঐখোয়না হায়দোকখ্রবশিং অসিদগী মথক্তা হাযনিংঙাই লৈবশিং লৈববদি হায়দোকমিন্নসি ।

হংনিংলিবা লৈব্রা?

## ২৬শুবা পারা

## ইমুংগী মপাগী ফিভম

**পাঠনবা: ১ কো১১:৩-১৫:২৫-২৯, এফি৬:৪-৬**

মপা অসি ইমুংগী মকোক ওইনা ঈশ্বরনা খনদোকপিবনি, অদুগা মমা অসিদি মপাগী মপাং ওইনবা শেম্বী ( মৈহৌ২: ১৮) । মপানা মকোক ওইবা অসিদা মতিক অমসুং দাইত্ত্বসু য়াওই। ইংগ্রেজিদা "হজবেন" হায়বসি "হাউস বেন" হায়বনি হায়না হায়নৈ, বাহল্লোক্তি ইমুং মনুংবু পুলপ কোমজিনবা মী হায়বনি হায় । মবম অদুনা মপা হায়বসি ইমুং মনুংবু পূন্না খোমজিনবা মীনি ।

**মপাগী মতিক :** বাইবলনা মপাগী মতিক অসি য়াংনা থম্মী । অব্রাহাম্না মচা নুপা কৎখোক্লবা তৌবদুদা মাগী নুপী সাবগা তানখিদে অদুগা জেপথানা মচা নুপী কৎলমদাই অদুদসু মাগী নুপীগা তানখিদে । অনৌবা বাবেপ্লবদসু মপাগী ফিভমসি অমসুং মতিক্কী মতাংদা পনবদা, মচাশিংনা মমা মপাগী হায়বা ইনগদবনি অদুগা মাগী মাগী নুপীনা মপুবোইবগী মখা পোনগদবনি অদুগা মপানা মাগী মকোক খৃষ্টবু ইকাই খুম্নগদবনি হায়বসি নীংশিংদুনা নুপী অঙাংশিংবু য়েংশিনবিগদবনি। মপানদি মাগী ইমুংবু অচুম্বদা চিংবিগদবনি । থাজবগী পুল্সিদা অমসুং থবক শূ -নোম্বগী মতাংদা মাঙজিন থানা চিংবিগদবনি মপা ওইবদুনা ঈশ্বরবু ইকাইখুম্নজববদি মাগী ইমুং মনুং

অদুনসু মতুং ইনগনি, অদুগা ইকাইখুম্নদ্রবদি মাগী ইমুংদা অফবা ওইবোই। নুপী অঙাংশিংগী থবায়গী ফিভম খঙদবা মপাদি মতিক চাবা ৰাৎপা মপা হায়না কৌবা য়াই। ইমুং মনুংগী পথাপ চুমহনগে হায়ববদি অহৌবদা ঈশ্বরবু ইকাই খুম্নবা তাই।

মপাদি ইমুং মনুংগী ওজা অমসুং পুবোহিৎনি: ইমুং মনুংগী চৎথিগদবা অফবা লম্বী তাকপি তম্বীবগী থবক্তি মপাগী দাইত্বনি। নোহা অমসুং অব্রহাম্না খ্বাইদগী মকওইনা খনবদি ইমুং মনুংগী ইবাৎ পুংনি। থাজবগী লম্বীদা তাকপি তম্বীবা হায়বসিসু মপাগী মক ওইবা দাইত্ব অমনি। মহে মশিং তম্বদা, যূমকৈ পানবদা অমসুং শেন থুম তানবগী লম্বীদা ইচাশিংবু মাইপাকপা ওইহনবনিংদুনা তাকপি তম্বী। অদুবু থাজবা পুম্নিদা অচেৎপা খৃষ্টান ওইনবা তম্বীদবা খৃষ্টান ইমুংগী মপা ওইবা মসি কয়াদা য়ামলমগবা।

**মপা হায়বসি মপু মরোইবা অমসুং মপানি:** মপা হায়বসি ইমুং মনুংদা নিংথৌগুম লৈনবা খক নত্তে, নুপী অঙাংশিংবু নীংথিনা অমসুং লুনা চানা য়োক থাকপিনবনি। ৰাবক ৰাতেমগদবা মতাং অমসুং লুনা চানা তৌগদবা মতাং হায়বসি অবায়বা অমা নত্তে। নুপী অঙাংশিংগী ঙস্বগী চাং য়েংদনা নমদুনা তৌহন্নবা হোৎনবসু অচুম্বা নত্তে, মখোয়না তৌবা তৌবদা তুমিন পেনথোকপসু ফত্তে। ইমুং মনুংবু চিংবিবা হৈবা, তাকপি তম্বীবা হৈবা মপা কয়া খৃষ্টান ইমুংশিংনা মক ওই।

নখোয় মপাশা, শাওনবা নখোয়গী নচাশিংবু লঙনগনু, অদুবু প্রভুগী মহে মশিং তম্বদা অমসুং মিৎ- না শিংহনবদা মখোয়বু য়োকখৎপিয়ু।

মীনাইশা, কিবা অমসুং নিকপগা লোয়ননা, খৃষ্টদা তৌবগুম্না পুকচেল তিংনা হকচাংগী মতুং ইন্না নখোয় নখোয়গী মপুশিংগী হায়বা ইল্লু, মীবু পেলহনবশিংগুম্না মিৎয়েংগী থৌগনগী মতৌ তৌদনুা, খৃষ্টগী মনাইশিংগুম্না থম্মোইদগী ঈশ্বরবগী নীংবা অদু নুপী অঙাংশিংবু হবাওহনবগা লোযননা চিংবিবা য়াবা মওং লৈববদি হায়দোকমিন্নসি।

**নৈনগদবা :** লৈব্রা ?

## ২৭শুবা পারা

# ইমুংগী মমাগী থিভম

পাগদবা: পাউবৌ ৩১:১০-১৮, ১পিটব ৩:৪-৭

মমা ওইবীদি মপুবোইববু পাংবিনবা শেম্বনি হায়না ঐখোয়না বাইবলদা উবা ফংই । যীহূদিশিংগী লাইবিক্তদি," ঈশ্বরবদি মফম খূদিংদা লৈবা য়াদবগী মবম্না মমা ওইবীসি শেম্বনি হায়না হায় । ঈশ্বরবদি মফম খূদিংদা লৈবা য়াদে হায়বসি চুমদবা ওইববসু মমাগী মক ওইবগী মতাংদা হায়বিবসিদি যাববা হায়না খল্লি। মমাগী দাইত্ব খবদং য়েংমিন্নসি-

**ইমুং মনুং লোইশিং খোমজিনবা অমসুং য়েংশিনবা:** মপানা ইমুং মনুং দবকাব ওইবশিং ফংনবা নোমই, অদুগা ইমুং মনুং শিন্দোক খাইদোকপা অমসুং য়েংশিনবগী থবক্তি মমাগী দাইত্বনি । চানা থক্লবা শেম শাবা, ইমুং মনুংগী পোৎ চৈ লুনা নান্না থমদুনা লোইশিন খোমজিনবা অমসুং ইমুংগী লৈতেংবসি মমাগী থবক্লি। মবম ওক্তবা নুপীনা কোইবা য়ূমদি ইকাইখুম্নফম ওইগন্দে, ইমুং মনুং পানবসু নুংঙাইতে । অফবা অমসুং মবম ওকপী মমা ওইবীনা য়েংশিনজবা ইমুংদি নুংঙাই যাইফনা পাল্লি, মদুনা হকচাং ফনা পূক্লিং মকা লামহল্লি।

**য়ূমদা কোয়রকপশিং অমসুং য়ূমদা থুংলরবশিংবু তরাম্না তৌবা:** অফবা অমসুং মবম ওকপী মমা লৈবা ইমুংদি অতোপ্পা মীশিং কোয়বক্লিংই অমসুং থুংনিংই, ইমুংদুদা থুংলবদা পূক্লিংসু লুমজে । মখোয়বু তবাম তবাম তৌবসি মমাগী মথৌনি । অচাবা মফম মতমদা নখোয়গী লৈতেং পূক্লিংগী অবোৎপী মী অদু তপ্পা অমসুং ঈংবা মিৎয়েংদা মমল লুবনি। মবমদি মতৌ অসিগী মতুং ইন্না, মমাঙৈদা ঈশ্বরবদা খৌবাংনা নীংবা লেপচবী অশেংবী নুপীশিংনসু মখোয় মখোয়মক্কী মপুবোয়বশিংগী মথা পোঞ্জদুনা, মখোয় মশেনবু লৈতেংনবম্মি । অসিগুম্না সাবানা আব্রাহাম্বু মবুংঙো কৌজদুনা হায়বা ইল্লম্মি। নখোয়না অফবা তৌদুনা কবিগুম্বা অকিবা কিদ্রবদি, নখোয়না মহাক্কী মচাশিং ওইবক্লে । মতৌ অদুগুম্না নখোয়

মপুবোযবশা, নখোযগী নুপীশিংবু হেন্না শোনবা পোৎকুম্না অমসুং হিংবগী থৌজান ফংমিন্নবসু ওইনা ইকাইখুম্নবিদুনা, খঙবগী মতুং ইন্না পানমিন্নৌ, অদুনা নখোয়গী হাযজবা থিংদননবনি । অমসুং মক ওইবদা মমানা মপাবু দাইত্ব পুহনবা হৈবসু মক ওই । কোইবক্লিবা মীশিং অদুগী মতুং ইন্না লাযব অনং অচৌ অশাং পুম্নমক হৈশিংনা তবাম তবাম তৌবিবা হৈবসু মক ওই।

**মচাশিংবু চিংবিবা অমসুং তাকপি তম্বীবা:** পোকচবী মমানি, পোকপীবা খক্তা নত্তনা য়োকপি থাকপিবা, য়েংশিনবিবা, মখোযগী হকচাংগী মথৌ তাবশিং অবসুং থব্রায়বোমগী পুক্সিবু ঈশ্বরগী ব্রাহৈদা যেংশিনবিদুনা চিংবিবসি মমাগী দাইত্বনি । ফজবা ব্রাহৈ ব্রাতা ঙাংনবা অমসুং ফজবা পুন্সি মহিংদা হিংনবা তাকপি তম্বীবসি মমাগী খুত্তা লৈবনি হায়বা যাই । মমাগী মক ওইবগী মতাংদা দি: এল: মুদি না অসুম্না হায, "মমা পুম্নমকসিনা ঐগী ইমাগুম্না ঙাক্তা ওইববদি কৈশুমশঙ লৈবগী মথৌ তাবমলোই"। ইমুং মনুংদা মমাগী দাইত্ব অসি যাম্না চাউই অমসুং মক ওই।

**মপুবোইববু ইকাইখুম্নবা অমসুং হায়বা ইনবা:** মমা ওইবীশিংগী অচৌবা অমসুং মক ওইবা দাইত্ব অমদি মপুবোইববু ইকাইখুম্নবগা লোয়ননা হাযবা ইন্দুনা মখোযবু পাংবিবা অমসুং থাগৎপিবা অসিনি। মপাগী মকোক্তি খৃষ্টনাওইবগুম নুপীগী মকোক্তি মপুবোইবনি। মপুবোইবগী হায়বা ইন্দবা অমসুং ইকাই খুম্নদ্রবদি ঈশ্বরগী আইন থুগাযবা, তৌবোইদবা অদু ওইবনি। মমানা মপুবোইনী হায়বা ইল্লবা অমসুং ইকাই খুম্নববদি, মচাশিংনসু মপাবু ইকাইখুম্নে অমসুং হায়বা ইল্লি। মমাশিংনা ঈশ্বরগী য়াথং অদুগুম মপুবোইববু মতিক চানা ইকাইখুম্নবা উৎপ্রা ? হায়বসি য়েংজবা মশৌ তাই।

**নৈনগদবা:** অসিগী মথক্তা অতৈ হায়নিংঙাই লৈববদি হায়দোকমিন্নসি।

## ২৮শুবা পারা
# ইমুং মনুং মচাশিংগী ফিভম

**পাগদবা: খোঙশনবা ২০:১২ কোলোসীয় ৩:১৮-২৫**

ইমুং মনুংদা মচাশিংগী ফিভমগী মতাংদা হায়নিংঙাই য়াম্লা মক ওইবশিংদু চাউবাক্লা নৈনমিন্নসি:

**মপা মমাবু ইকাই খুম্নবা অমসুং ঝাংনা থাংগৎপা:**

লায়ববা, অপঙবা অমসুং লাইবিক লাইশু হৈতবা ওইববসু মমা মপাদি মচাশিংনা শোয়দনা ইকাই খুম্নগদবনি। পাউবৌনদি "নপানা মানা হায়বা ইল্লু, মহাক লৈবমদ্রবদি নহাক পোক্লমলোই। নমানা অহন ওইবক্লবা মতমদা মহাকপু লুনা তৌবিয়ু (পাউবৌ ২৩:২২) হায়। ইমা ইপানা অহল ওইবক্লবা মতমদা মখোয়বু উশিং থৌওইদবা নত্তনা লুনা চানা য়েংশিনবিগদবনি। ঝাযেল য়াথং তাবা অদুদদি "নমা নপাবু ইকাই খুম্নৌ" হায়না হায়বনি, মবমদি অসি ঈশ্বরনা মক ওইনা খনবননি। মমা মপাবু ইকাইখুম্নবা অমসুং লুনা চানা তৌবা হায়বসি মচাশিংগী তৌদ্রবা য়াদয়বা মকওইবা দাইত্ব অমনি।

**মমা মপাবু নুংশিবা অমসুং মতেং পাংবা:**

ইমা ইপাবু ঐখোযনা নুংশিজৈ উংনবা মক ওইবা থবক অমদি মখোযগী হাযবা ইনবা অমসুং মখোযগী মতেং পাংবা অসিনি। মমা মপাবু নুংশিজবা, মথৌ তাবকপা মতমদা লুনা চানা তৌবিবা অমসুং মখোয়দা ঝাখল থম্বীবা, মখোয়বু হবাওহনবা অমসুং মখোযগী য়ূমনাইববীশা, প্রভুদা মতিক চাবা ওইবগুম্ন া, নখোয়গী নপুবোযবশিংগী মখা পোন্না লৈয়ু। মপুবোয়বশা, নখোয়গী নুশীশিংবু নুংশিয়ু, অমসুং মখোয়গী মথক্তা অখাবা ওইবিগনু। অঙাংশা, থবক পূম্নমক্তা নপা নমাগী হায়বা ইল্লু, মবমদি অসি প্রভুগী মফমদা পেনবনি। নপাশা, নখোয়গী নচাশিংনা পূক্লিং হন্থবা থোক্তননবা, মখোযবু লঙনগনু। মীনাইশা, মীবু পেলহনবশিংগুম্না মিৎযেংগী থৌগন নত্তনা, পুকচেল তিংনা, প্রভুবু কিদুনা, থবক পূম্নমক্তাহকচাংগী মতুং ইন্না নখোয়গী মপু ওইবশিংগী হাযবা ইল্লু। মীশিংগী

মফমদা নত্তদুনা, প্রভুগী মফমদা তৌবগুম্না নখোয়না তৌবা মখৈ থব্রায যাওনা তৌ, ফংফম থোকপা অদু প্রভুদগী নখোয়না মহে ওইনা ফংজগনি হায়বা খঙই, নখোয়না প্রভু খৃষ্টবু খঙ্ববনি । মবমদি অবানবা তৌবা মহাক অদুনা মহাক্কী তৌখিবা অবানবা অদু অমুক ফংজগনি, অমসুং মীশক মীমায় য়েংবা ৱাদা পূক্রিং চঙবা অসি মখোয়বু নুংশিবা অমসুং মতেং পাংবগী মক ওইবা থৌওং অমনি ।

**মশানা লেপচবা:**

মমা মপাগী মবন মথুমদা অদুম তাংজবা নত্তনা মশাগী দবকাব ওইবশিং মশানা ফংনবা হোৎনজবা হায়বসি মচাশিংগী মক ওইবা দাইত্ব অমনি। মহে তমলিবশিংগী ওইনসু অশংবা মবমদা থবক শূদুনা মশাগী দবকাব ওইবশিং অমসুং ইমুংগী দবকাব ওইবসি ফংনবা হোৎনগদবনি । মশানা লেপচবা খক্তা নত্তনা মমা মপাবু পোত্থাহন্দুনা মখোয়বু যোকপি থাকপিবা হাযবসি মচাশিংগী শোয়দ্রবা দাইত্বনি হায়বসি তত্তনা নীংশিংবা মক ওই । মচাশিংগী দাইত্বশিং লৈববদি হায়দোকমিন্নসি।

ৱাহং লৈব্রা?

*২৯শুবা পারা*

## অঙাংশিং য়েংশিনবীবা

**পাগদবা:- পাউরৌ ১৩:১, ২২:৬,**

**লাইশোন ঈশৈ ১২৭:৩-৫ একিসা ৬:১-৪**

ইচাশিং য়েংশিনবগী মতাং অসিদদি মমা মপা অমতনা ঐখোযনা য়েংশিনবা মওংসি ফবে মসিগুম্না তৌবো হায়না হায়বা ঙমগদবা অমতা লৈবোই। ইমুংদা অঙাং পোক্লকপসি য়েংশিনবা দবকাব ওইনা অদুম পোক্লকবনি। শাশিংদি মমা মপানা কুইনা য়েংশিনবা কযা দবকাব ওইদে অদুবু মীওইবদি মমা মপানা কুইনা য়েংশিনবা দবকাব ওই । মপূং ফাবা মী ওইননবা চহি কয়া তাকপি তম্নবসু মথৌ তাই ।

মচাশিংবু নুংশিয়ু হায়না তম্বীবা মথৌ তাবা কনা অমতা লৈতে অদুবু নুংশিগদবা য়েংশিনগদবা মওং তাকপি তম্বীবা দবকাব লৈতবা মী কনা লৈতে। মীওইবদি হকচাং খক্তা নত্তনা পূক্নিং অমসুং থব্রাযবু য়েংশিনবা মথৌ তাই।

**দাইত্ব:** শিঙলুপকী চৎনবীদা অশেংবা লুহোংবা পাঙথোকপা মতম খুদিংদা তত্তনা খঙহনবা ৱাফম অমদি, "খৃষ্টবু খঙবগী লম্বীদা মচাশিংবু মপূং ফানা চিংবীনবগীদমক লুহোংবসি ঈশ্বরনা শেম্বীবনি" হায়বা অসিনি। বাপ্তাইস তৌবগী ৱাশকপদসু মমা মপানা মচাশিংবু খৃষ্টবু খঙবগী লম্বীদা মখোয়না মপূং মবৈ ফাদ্রিবা ফাওবা তাকপি তম্বীগনি হাযনা ৱাশকহনগনি। মসিগী লুহোংবা অমসুং বাপ্তাইস তৌবগী ৱাশক অসিতং ঙাকপা ওইববসু মচাশিংবু য়েংশিনবগী লম্বীদা কান্নবা ওইগনি।

**ওজা:** মমা মপাশিংনা মচাশিংবু অফবা ৱাহৈ অমসুং অচুম্বা পুন্সি মহিংদা হিংনবা তাকপি তম্বীগদবনি। মমা মপাশিংনা নীংশিংবা যাবদি-

অঙাংশা, প্রভুদা নখোয়গী নপা নমাগী হাযবা ইল্লু মবমদি কুইনা পান্নবা, নপা নমাবু ইকাইখুম্নৌ (মসি ৱাবেপ্পগা লোয়নবা অহানবা যাথংনি) অমসুং নখোয মপাশা, শাউনবা নখোযগী নচাশিংবু লঙনগনু, অদুবু প্রভুগী মহৈ তম্বদা অমসুং মিৎনা শিংহনবদা মখোয়বু য়োকখৎপিযু।

১। পোক্লিবা অঙাংশিং অসি ঈশ্বরবগী খুদোলনি, অশেংবমক মখোযসি কুবিবা মখল অমনি (লাইশোন ঈশৈ ১২৭:৩)।

২। অঙাং ওইবিঙৈদা কবম্না হিংগনি হায়বসি তাকপিববদি চাউবক্লগা কাউবোই (পাউবৌ ২২:৬)।

৩। নচাশিংনা পীক্লিঙৈ ৱাবকহৌ, কবিগুম্বা মতম চানা ৱাবকহৌদ্রবদি মখোযবু মাঙনবা নখোয়না মতেং পাংলবনি (পাউবৌ ১৯:১৮)

৪। ৱাবক ৱাতেম তৌবদি মখোযবু ফনবনি হাযবা খঙদুনা ৱাবকপা কাউবোইদবনি (পাউবৌ ২৮:১৩,১৪)

মচাশিংবু য়েংশিংনবদা মখাগীশিংদি মমা মপানা খঙসি:-

**তৌবোইদবশিং ।**

১। য়াম্না কেথোক মৌথোকহল্লোইদবনি।

২। ওইদবা ব্রা তাকপিবোইদবনি।

৩। মখোয়গী মনাক্তা ফত্তবা ঙাংনবোইদবনি।

৪। মখোয়গী মনাক্তা ফত্তবা বাহে শীজিন্নবোইদবনি।

৫। ঙমলোয়দবদা মখোয়দা ব্রাশকলোইদবনি।

৬। নমদুনা ফাজিন্দুনা থমলোইদবনি।

**তৌগদবশিং :**

১। অচুম্বা ব্রা ঙাক্তা তাকপিগদবনি।

২। নুংশিনা য়েংশিনবিগদবনি।

৩। অফবা শূবা তম্বীগদবনি।

৪। ঈশ্বরবু খুকুম্বা তম্বীগদবনি ।

৫। মখোয়গী কান্নগদবা অফবা চিঞ্জাক পীজবিগদবনি।

৬। ব্রাবক ব্রাতেম্বীবগা লোয়ননা মনিং তৌহনগদবনি।

**নৈনগদবা :** মমা মপা ওইবা ঐখোয়না তৌগদবশিংদু তৌই হায়না খনবিব্রা ?

*৩০শুবা পারা*

# খৃষ্টান ইমুং অমসুং মরম ওকপা

**পাগদবা :** পাউবৌ ১০:৩-৫

মবম ওকপা হায়বসি জাতি পুম্নমক্তা ব্রাংনা খল্লি অদুগা তনববুদি কনা অমতনা ফৈ হায়না লৌদে। নোম্বা কনবা হাযবসি ঈশ্বরগী মওংনি, খৃষ্টানশিংগী ওইগদবা মওংমকসুনি । অদুগা মবম ওকপা হাযবসি ঈশ্বরগী হাযবা ইনবা মওংনি । মবম ওকপগী মওং খঙগদবসি মমা অমসুং মপানা

লুনা তৌবদা মবম ওকই। তনবা অমসুং থৌশাদবা হায়বসি খৃষ্টান ইমুংগদি পক্লদে। পোলনদি, "কনাগুম্বনা থবক শূনিংদ্রবদি মহাক্না চাসু চাদসনু (২) হথেসলোনিকীয় ৩·৬- ১২হায়বনি। মবম ওকপা হায়বসি তম্বা য়াবনি। অদুগুমদুনা তনবা হায়বসি লৌথোকপা যাবনি। মবম ওকপা ইমুংদগী মবম ওকপা মী থোকই। স্বৰ্গগী বব ফংগে হায়ববদি মবম ওকপা তাই।

ইমুং অমতনা ৱাহৈনা তনবা ওইযু হাযনা তম্বীবদি লৈবোই হাযনা থাজে। অদুবু মসিগী হৌবকফমদি শেংনা তম্বীবা লৈতবা অফবা মতৌ তম্নবা লৈতবদগীনি। মমা মপানা অতনবা মী ওইববদি মবম ওকপা মচাশিং লৈগন্দে। অদুগা মবম ওকপা মমা মপানদি মবম ওকপা মচাশিং পোক্লল্লি।

খৃষ্টান ইমুংদি মশাগী ইমুং লেপচনবা নোম্বা খক্তা নত্তনা অতৈ মীশিংবু পাংবিনবগীসু যাওনা ঈশ্বরগী মওং লৌগদবনি। অতনবা হায়বসি পাপনি, খৃষ্টান ইমুং মনুং পুম্নমক্না ঐখোযগী ইচা ইশু পূম্নমক মবম ওকপা মী ওইনবা তাকপি তম্বীবা মক ওই।

অমহিকসুং, ইচিন ইনাওশা, ঐখোয়না নখোয়বু প্রভু যীশু খৃষ্টগী মিংদা য়াথং পীবি, হায়বদি অতনবা অমসুং নখোয়না ঐখোয়দগী ফংখিবা চৎনবক্লিবা-অদুগী মতুং ইন্দবা নচিন ননাও খুদিংদগী নখোয় নশানা খাইদোকচৌ। মবমদি নখোয়না ঐখোযগী ইতৌ কবম্না লৌগদবা নখোয নশানা খঙজে, মবমদি ঐখোযনা নখোয়গী নবক্তা অতনবা ওইজদে, অদুগা ঐখোয়না কনাগুম্নদগী লেম্না চাজবমদে অদুবু ঐখোয়না নখোয কনাগুম্বু অকন্বা পুহন্দননবা, নোম্নগা অমসুং অৱা খাঙবগা লোয়ননা অহিং নুংথিল থবক শূবনি, মবমদি ঐখোয়গী ইতিক লৈতবদগী নত্তে, অদুবু নখোয়না ঐখোযগী ইতৌ লৌনবা, ঐখোয ইশাবু পান্দম ওইনা নখোয়দা পীননবনি। মবমদি ঐখোযনা নখোযগা লৈমিন্নবিঙৈদা, ঐখোয়না নখোয়দা য়াথং অসি পীবম্মি, হাযবদি, কনাগুম্বনা থবক শূনিঙদ্রবদি মহাক্না চাসু চাদসনু। মবমদি নখোযগী নবক্তা কনা কনাগুম্বনা তম্না লেন্দুনা, থবক ইশূ শূদনা, চোইবঙননা চৎলি হাযবা ঐখোয়না তায়। অসিগুম্বা মীশিংনা ঈংনা থবক শূদুনা মবম্নাইগী চাজননবা, ঐখোযনা মখোয়বু প্রভু যীশু খৃষ্টগী মিংদা যাথং পীদুনা থৌজিঞ্জবি।

পাউবৌ ২৮:২০লুক ১৯:১৭

থাজবা য়াবা ওইবসি ঈশ্বরগী মতৌনি। ঈশ্বরদি মওং মতৌদা অমসুং ৱাহৈদা থাজবা যাবনি, মাবু থাজবশিংনা মাগী মতৌ লৌই। লমচৎতা থাজবা যাবা ওইববদি ৱাহৈ ৱাতাদসু থাজবা যাই।

ইমুং মনুংদা থাজবা য়াবসি মরু ওই অদুগা মমলসু যামই। খৃষ্টান ইমুংনিদি হাযবা অদুবু খৃষ্টা লৈবা যাদবা ইমুং ওইবমগনি হায়বসি কিনিংঙাই ওই। মরু ওইনা মসিগী মতাংদা মমা মপা ওইবা ঐখোয়না চেকশিনফম থোকই। ইচাশিংনা ঐখোয়সি থাজবা যাদবনি হায়না খঙখিবা ওইববদি ইচাশিংগীদমক কিনিংঙাই ওই। মদুতা নত্তনা থাজবা যাদবশিংগী মচাশিংদু থাজবিবোই হাযবসু কিফম থোকপনি।

থাজবা য়াবা হাযবসি ইমুং মনুংদগী য়াম্না হকচিন্না তন্নক্লবনি। মদুদা মমা মপাসি যাম্না মরু ওই। হাযজিন্নবা অমসুং হায়খিবা ৱা ঙাক্তবসিনা অঙাংশিংগী পূক্লিংদা থাজবা যাদনবগী অচৌবা ইথিল অমা পীবা যাবনি।

খৃষ্টান ইমুংদদি মমা মপাশিংনা মচাশিংবু থাজবা যানবা তাকপি তম্বীবা হায়বসি মখোয়গী শোযদ্রবা মথৌনি। মরু ওইনা শেল থুমগী মতাংদদি মচাশিংনা খঙবা হেক যাবা মওংদা মখোয়গী পুক্সি মহিংনা তাকপি তম্বী হন্নিংই। অদুগা মসিশিং অসিগী মথক্তা অতোপ্পা মীশিংদা, সমাজদা অমসুং শীংলুপকী থৌগলদা থাজবা য়াবা ওইগদবনি হাযনা তম্বীবা অসি অফবা খৃষ্টান ইমুং মনুংগী মমা মপাশিংনা শোযদনা তৌগদবা মরু ওইবা থবক্নি।

তাকপি তম্বীনবা পাযখৎবা যাবা মওংশিংদু নৈনমিন্নসি।

## ৩১শুবা পারা
# ঈশ্বরদা কৎপগী মতাং

**পাগদবা: বোমীয় ১২:১৩ য়মাইয়া ৬৭:১৯**

ঐখোয় যীশু খৃষ্ট থাজবা মী খুদিংমক্না ঈশ্বরগী মচা ওইদুনা লোম্ব নাইদবা পুন্সি ফংদুনা হবাও নুংঙাইনা অমসুং ঈংথনা লৈবা ঙম্বগী মরমদি ঈশ্বরনা মহাক্কী অমত্তা ওাযববা মচা নুপা যীশুবু ঐখোযগীদমক পীবিবগী মরম্মনি। খৃষ্টগী শীংলূপ লিংখৎখ্রবা মফম খুদিংমক্তা ব্রাপাউনা মীওইবশিংদা তৌহন্নীংবা থবক লৈবি অদুগা শীংলুপ অসি ঈশ্বরনা লিংখৎপা ওইবনী মরম্মা শীংলুপ অসিমক্না তৌগদবা মথৌ হায়বদি ঈশ্বরগী লৈবাক লিংখৎননবা, চেৎহন্ননবা অমসুং মপূং ফাহন্ননবগীদমক ঈশ্বরদা কৎপা হায়বসি যাম্না মক ওইবনি। ঈশ্বরদা কৎতুনা ঈশ্বরগী থৌগল তৌবা হায়বসি ঈশ্বরনা মহাক্কী শীংলুপপু লমজিংবিবা মওঙ অমসুং ওইবনি। শীংলুপ্না ঈশ্বরদা কৎপগী থবক অসিদা মিকপ থোক্নবদি ফজনা ভাব তাবা মতুং ইন্না শীংলুপ্না অচৌ-অচৌবা থবক থৌবম কযা পাঙথোকপা ঙমগনি।

### ঈশ্বরদা কৎপগী মরম

**ঈশ্বরগী য়াথংনি:** বাইবলনা অসুম্ন তাকপি মদুদি, "তৌইগুম্বসু অফবা তৌবা অমসুং পুমিন্নবা কাউবিগনু অসিগুম্ব বলি অসিনা ঈশ্বরবু পেলহল্লী"( ইব্রীয ১৩: ১৬)১ মীবোন ১৯: ১৪- ১৮.

হে শিনাইদবা লৈশম্বা মপু ননাইনা ইবুংঙোগী খুযাখাদা অথোইবা কবিসু কৎচনিংঙাই লৈজদে। মরমদি খুদোনশিংসি ইবুংঙোনা পীনবিবনি। ইবুংঙোনা পীনবিবদু ননাইশিংনা অমুক হন্না ইবুংঙোদা কৎচবতনি। হে শিনাইদবা ইবুংঙোনা হেন্না খঙবিবিবনি। মদুদি ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংগুম্না ননাইশিংগী পুন্সিসু লম্নানবা অমদি কোযনা চৎলিবা মীশিংগা পানখক্লি। ননাই ঐখোযগী পুন্সিদ্দি নুমিৎ লৈথখ্রগা মাঙখিবা উকমগুম্বনি। ননাই তাইবঙ মী ওইবিবা ঐখোয়না শিবা হায়বসি জয় তৌবা ঙমদে। হে ইপুবোই

লৈশেন্না মপু ইবুংঙোংগী শেঙলবা মিংলেন্দু ইকায় খুম্নজবা ওইনা ননাই ঐখোয়না পুন্নমকসি ইবুংঙোদা কৎচবিবনি। অদুবু পুন্নমকসি ইবুংঙোগীনি।

ননাইনা খঙজৈ মদুদি ইবুংঙোনা তাইবঙ খুদিংগী পুক্লিংবু চাং তৌবি অদুগা অশেঙবা মীদুবু ইবুংঙোনা পেনবি। ননাইনা থস্মোযশেংনা মফমসিদা লৈবিবা পোৎশিংসি ইবুংঙোগী খুয়াখাদা অথেনপোৎ চৎচবিবা। অব্রাহাম্না, ইসহাক, অমদি যাকোবকী মপু ইবুংঙো নহাক্কী ননাইশিংগী থস্মোযসি ঙসিগী মতৌসিগুম্না চাউহনবিযু অদুগা মতম লৈবদা ইবুংঙোবু থাদোকহনবিগনু।

**৩। দরকাব ওইবগী মবম্না ঐখোয়না ঈশ্বরদা কৎপনি :**

শীংলুপ্না ঈশ্ববগী থৌগন তৌননবগীদমক, থৌগন তৌবিবা মীশিংবু মতেং পাংবিননবা অমসুং অরাবা তাবিবা মীশিংবু মতেং পাংবিননবা, অতৈ অতৈগীদমক ঈশ্ববদা কৎকদবনি। পাখোন ১১:২৯,১ কোবি ১৬:৩ পাবিযু।

**৪। ঈশ্ববদি ইঙম ঙম্বা ঈশ্বব ওইবগী মবম্না ঐখোয়না কৎকদবনি :**

ডাবীদ নিংথৌনা হায, "মবমদি খুদোলশিংসি ইবুংঙোনা পীনবিবনি। ইবুংঙোনা পীনবিবদুনা ননাইশিংনা অমুক হন্না ইবুংঙোনা কৎচবতনি। (হিব্রীয ১৩:১৬-১৭)

**৫। ঈশ্ববগী মফমদা কয়া য়াম্না পীগদবনো ?**

ঈশ্বববু থাজব্রবা মীশিং পুন্নমক্কী ফিভম অমসুং মাগী মাগী থাজবগী চাং অদু লোয়না চপমান্নবা ওইদবগী মবম্না ঈশ্ববদা কৎকদবা তম্বীবা অমদি মী খুদিংনা ঈশ্ববদগী ফংবা বোব মতুং ইন্না অঙম অঙম্বা অদু ঈশ্ববদা কৎকদবনি। মসিদা য়াম্না ফংবশিংনা যাম্না কৎলগা, খজিক্তা ফংবশিংনা খজিক্তা ফংবগী মবম্না কৎলোইদবনি হাযবা লৈতে। ঐখোয়না ফংবা চাংগী মতুং ইন্না ঈশ্ববদা শোয়দনা কৎকদবনি। ঈশ্ববদা কৎপা ইযা য়াই। কবি কবি ওইববসু ঐখোয় থাজবা মী খুদিংনা হবাও হবাওনা পুন্নমক পীনবিবা ঈশ্ববগী মফমদা অমুক হন্না কৎকদবনি হায়বসি ফজনা খঙবা ফৈ।

**৬। তবাগী মনুংদা অমা কৎপগী মতাং :**

ঈশ্বরদা কৎপগী মতাংদা অতোপ্পা শেনখায তোঙান তোঙানবদি ঐখোযনা ঙম্বগী মতুং ইন্না পীগদবনি হাযনা ঐখোযনা খঙজে। অদুবু ঈশ্বরনা মহাক্কী মফমদা শোযদবা শরুক অমা অসিনি মসিদি শোযদনা চুম্না পীগদবনি। ঈশ্বরনা হায় " শেনখায থুমখাযদগী কাবকপা, লৈপাক্কী থোকপা মহৈ- মবোং নৎত্রগা মকশিংদু লৈশেম্বা মপু ইবুংঙোগী খুযাদা থোযদোক্লা অশেঙবা পোৎনি" ( লিচৎ ২৭:৩০)

মাইচৌ মালখিযাবু ঈশ্বরনা শিজিন্নদুনা অসুম্না লাউথোকখি, তবাগী মনুংদা অমদি ঈশ্বরগীনি, তবা থোকপগী শরুক অমা ঈশ্বরদা পীদবশিংনা ঈশ্বরগী শরুক অদু হুবনি হাযনা শেংনা তাকপনি।( মালাখি ৩:৮.১০)।

অনৌবা ব্রালেপ্লবা লাইবিক্তা উবা তবাগী মনুংদা অমগী মতাং লুক ৬:৩৮,খফি ৪:২৪ লুক ৬:৩৮

অনৌবা ব্রালেপ্লবা লাইবিক্তসু তবাগী মনুংদা শরুক অমদি ঈশ্বরদা কৎকদবনি হায়বগী মতাং যীশুনা ফজনা তাকপি। মদুদি যীশুনা ফবিবশিংবু চৈবা ব্রাহৈদগী উবা ফংই।

**নৈনগদবা : কৎচবগী ফানবা।**

## ৩২ শুবা পারা
# খৃষ্টান ইমুং অমসুং শেল থুম

**পাগদবা : মাখি ৬:১৯- ২১**

শেল থুম হাযবসি য়াম্না কান্নববা অমসুং মমল তাংবা, মসি য়াওদনা ইমুং মনুং চঙদবা যাদবা পোৎ অমনি। মসি ফংনবা ঐখোযনা কন্নসু হোৎনৈ। শেল থুম অসি মথক্তগী ওইনদি ফত্তবা (পাপ) নত্তে অদুবু পাযবিবা মী অদুনা ফংনবা হোৎনবা অমসুং শীজিন্নবা মওং অদুগী মতুং ইন্না অফবা ফত্তবা

ওইবা যাবনি। খৃষ্টান ইমুংশিংগীদমক্তি শেল থুম তানবা অমসুং শীজিন্নবা মওং অসিনা ঐখোযগী থব্রাযগী ফিভম ফাওবা শোকহনবা য়াবগী মবম্লা চেকশিনবা মক ওই। বাইবলনসু শেল থুম লৈববদি পুম্নমক থোকই (পাউ শন্দোকপা ১০:১৯) হায়না হায়। শেল থুমগী তৌবা ওন্বদু তাকপি মদুদি, শেল থুম মফম পুম্নমক্তা চৎপা ওমহল্লি অমসুং অশিবগী থোঙ নত্তনা অতৈ পুম্নমক্তি হাংদোকপা ওন্মী। হাযনা হায। তাইবঙপান অসিদা মসিনা তৌবা ওমদবা লৈতে।

শেল থুমগী মতাংদা খৃষ্টান ইমুং মনুংশিংনা খঙজিনগদবা খবা যেংমিন্নসি :

(১) **শেল থুম তানবা মওং :** শেল থুম হাযবসি ঐখোয়না হায়খ্রবগুম মশামক অসিনা ফত্তবা নত্তে, ঐখোযনা তানবা অমসুং শীজিন্নবগী মতুং ইন্না অফবা অমসুং ফত্তবা ওইবা যাই। চুমদনা শেল তানবা মওংদি :- হকানবা, মবম চাদনা শেন্দোং চাবা, শেল চাবা নুপানা থাজবা নুপী, নুপানা মাগী নুপীদা লুপা ৫০০০ পীখিদুনা নুপাদুনা নহান ঐনা পীখিবা পুথোবকউ হাযকব্দা নুপীদুনা লুপা লিশিং মবিখক্তা ওাইবে হায়বকপদা নুপাদুনা শাউবা যাই মবম অদুনা নঙনা নঙগী দবকাব ওইবদু নঙনা নঙগী নুপাদুনা হান্না হাযগদবনি। যাববদি শীজিন্নগদবনি। নঙনা খুলং চৎত্তুনা শেন ফংলক্লবসু নুপাদা পীশিনগদবনি অমসুং লৈতা লাযববশিং অমসুং অতৈগী শব্দক শীনমদুনা লৌবশিং অসিনি। সমাজ, সবকাব অমসুং শিঙলুপনা থাদবা নিশাশিং যোন্দুনা শেল তানবা হাযবসি খৃষ্টান ইমুংশিংনা খক তৌবোইদবা থমক অমনি। অদুগা অমোৎপা লম্বীদা শেল তানগে হায়নসু খক হোৎনবোইদবনি।

হুমাং তানা নত্তনা লোটবি তৌদুনা, শেল থানদুনা অমসুং জুব্রাব শানদুনা শেল তানবসি শীংলুপনদি পামদে। অসিগুম্বদগী খৃষ্টান ঐখোয়দি লাপথোক্কদবনি। লল্লোনবদসু কা হেন্না শেন্দোং লৌবোইদবনি, বাইবলনদি মবম ওক্লা থাজবা য়ানা অমসুং চুম্না তৌনবা তম্বী, শেল তানবগী অচুম্বা মওং অদু ইন্না তম্বীগদবনি।

**(২) শেল থুম শীজিন্নবদা চেকশিনগদবা :** শেল থুম হায়বসিনা পূম্নমক লৈবা যাববসু পূম্নমক হেক্তা লৈবা হায়বসিদি অফবা নত্তে। ঐখোয়না শীজিন্নদ্রিঙৈদা শীজিন্নগদবা মওংদু ফজনা হান্না থৌবাং তৌহৌবা ফে। খৃষ্টান ইমুং ওইবিবা ঐখোয়না শোযদনা তৌগদবনি ঐখোয়না ফংজবা খূদিং মদুবু পীবিবা ঈশ্বরগী মফমদা হন্না পীগদবা অসিনি। ঐখোয়গী শেল থুম অসি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংনবা লম্বীনি। পোলনদি, ফংবদগী পীবনা হেন্না ফৈ হায়না তাকপি।

মী অযাম্বনা চাক চাবমদাইদা ইমুংগী ওইনা প্রার্থনা তৌদুনা ঈশ্বর খুকুম্বগী মতম শেম্বী। মসিমক শেমদ্রবসু, ইশা ইশানা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌনবা মী ঙাক্তনি ঐখোয খৃষ্টানশিংসি। শক্তক কাউদদুনা 'চেঙখাই' ওইনা ফজনা থমদুনা ঈশ্বরদা মীগীদমক চাক চাবমদাইদা প্রার্থনা তৌবা হাযবসি তৌবা যাই। ঈশ্বরগী শক্তক্তি অমত্তা কৎনিংদবা নৎত্রগা "হে ঈশ্বর, ঐখোযবু বব পীবিযু ঐখোযগী নুমিৎ খূদিংগী চাননবা চীঞাক পীবিযু" হাযনা প্রার্থনা তৌবা হাযবসি যাম্না ইকাযনিংঙাইগী মশক্লি। মবম অদুনা ঐখোযনা চাক থোংবা খূদিংদা চেঙ মুৎ অমমম ওইববসু ঈশ্বরগী শক্তক ওইনা থম্বা অসিদগী হেন্না চাউবা থবকসু পাঙথোকপা যাই। পীক্লবা ঈশিং মবিক মবিক্লা চাউববা সমুদ্র শেম্মী হাযবসি কাউগুমসি।

*নৈনগদবা : শেল থুম।*

*৩৩শুবা পারা*

# খৃষ্টান ইমুং অমসুং অশেংবা

**পাগদবা : ১ পিটর ১:১৫-১৬**

খৃষ্টান ইমুংদি ঈশ্বরগী লৈফম ওইবগী মবম্না ঈশ্বরনা লৈবা যাবা ফিভমদা অশেংবা ওইগনি। বাইবলনদি " নখোযবু কৌবিবা ইবুংঙো মহাক্না শেংবগুম্না নখোয় নশাসু নচৎ নতৌ পূম্নমক্তা অশেংবা ওইযু, মবমদি অসুম্না

ইগ্রে, নখোয় অশেংবা ওইয়ু মবমদি ঐ অশেংবনি (১পিটর ১:১৫-১৬) হায়না হায। ঐখোযবু কৌবিবা ইবুংঙো মহাক্কী অশেংবদুগুম শেংগদবা ওইববদি ঐখোযগী লমচৎ শাজৎ পূম্নমক্তা শেংবা মরু ওই কল্লক্রবা, যানদবা অমসুং মীগা যেক্রবগী মওংদগী খৃষ্টান ইমুংশিংদি লাপথোকপা মরু ওই। অদু নৎত্রবদি ঈশ্বরগী অশেংবদা শরূক ফংমিন্নবা যাবোই। ঈশ্বরগী অশেংবদা শরূক ফংমিন্নবা যানবা ঐখোযদা লৈবিবা ফত্তবা (পাক) পূম্নমক অসি থাদোক্কদবনি। নৌনা পোকপা মী ওইগদবনি।

মীওইবগী পুন্সিগী অথুপ্পা ফিভমসি মীওইবনা মপান্থোংদা উৎথোকলিবা অসিনি। খৃষ্টান ইমুংদি হাযবিবা ঐখোয অসি ঈশ্বরগী অশেংবা অদুদা তিনজবা যাবা মওংদা হিংলমগদ্র ? হকচাংবু লু নান্না থম্বা অসি ঈশ্বরগা মান্নবা মওংনি। ঐখোযগী হকচাং অসিসু নীংথিনা থম্বা ঙন্লিব্রা ? হকচাংবু লু নান্না থম্বা অসি ঈশ্বরগা মান্নবা মওংনি। ঐখোযগী ফিবোনবু ফত্তবা ওইববসু লু নান্না শেং চাবা মরু ওই ঈশ্বর খুরুম ফমদদি লৈজবশিংদু নীংথিনা চেকশিন্না শেং ইনগদবনি। ঈশ্বরবু খঙদবা অতোপ্পা জাৎশিংগুম্না অপাইবদা থব্রায লুপ্পা ওইদদুনা, নখোয মী খূদিংদা নশা নশাগী নুপীবু শেংনা অমসুং ইকাযখুম্নবা লৌবা নখোযনা খঙনবা, মী কনা অমতনা মচিন মনাওদা মবম অসিদা লমহেন্দুনা লৌনম তৌদনবনি, মবমদি ঐখোযনা নখোযদা হান্না মিৎ-না শিংহনখিবা অমসুং সাক্ষী পীখিবা অদুগুম্না পূম্নমক অসিগী মতমদা লমন খুম্বদি প্রভুনি। মবমদি ঈশ্বরনা ঐখোয়বু শেংদবা ওইনবা কৌবিবা নত্তে অদুবু অশেংবা ওইনবা কৌবিবনি। হাযবসি ঈশ্বরবু ইকাইখুম্নদবনি। চুরুপ, বিবি অমসুং খৈনি অসিনা পুন্সিবু মোৎহল্লি। ঐখোযদি অশেংবা ওইনবা কৌবিবনি। মবম অদুনা খৃষ্টান ঐখোযনদি মসি তৌদবনা ফৈ। খোইখা লিনখা থদনা নুংশিবা চংখোনবা ওইগদবনি।

খৃষ্টান ইমুংদি ঐখোয়গী লমচৎ শাজত্তা অশেংবা ওইনবা কৌবিবা ওইবগী মবম্না হিবম অমতদা নত্তনা লমচৎ শাজৎ পূম্নমক্তা অশেংবা ওইগদবনি। খৃষ্টান ইমুংদি অশেংবা পুন্সিগা শম্নবিবনি। ঐখোযগী যূমকৈ

শুমাঙ থেলোং, য়েনখা- যেনখুন পুম্নমক লু- নান্না থম্নবা লোযননা চিঞ্জাকসু লুনা নান্না চা থক্কদবনি। খৃষ্টান ইমুংদা ঈশ্বরবগা মান্নবা মওংদা অমদি লু- হেনবা হায়বা অসিনি হাযবা খঙদুনা অদুমক্তুম হিনবা হোৎনবসি মক ওই।

খৃষ্টান ইমুংগী ৱাহে ৱাতাদি নীংথিনা অমসুং অশেংবা ওইগদবনি। কান্নদবা ৱা পংঙাং ঙাংগদবা নত্তে, ঐখোযগী ৱাহে ৱাতাসি ঈশ্বরগী অপান্বা ওইগদবনি।

*খৃষ্টান ইমুং মনুংশিং অসিনা অশেংবসি কদায ফাওবা শেংলবগে, হাযবগী মতাংদা নৈনমিন্নসি।*

## *৩৪শুবা পারা*

# খৃষ্টান ইমুংদি নীংনশঙদা ঈশ্বরবু তত্তনা খুরুমই

*পাগদবা : লাইশোল ঈশৈ ২৭:৪, ৮৪:১০, ১২২,১*

খৃষ্টান ইমুংদি শীংলুপনি হাযনা হাযনৈ। অফবা শিঙলুপ ওইনবগী দমক্তদি খৃষ্টান খূদিংমক্কী অচৌবা দাইত্ব লৈ হাযবসি মযাম্না যানবা ৱাফমনি। অফবা ইমুংশিংনা অফবা শীংলুপ ওইহনবা ওইববদি ইমুং অমতনা শীংলুপ্তগী তোঙাম্না লৈবা য়াদে হায়বসি মপেক শেংলবনি ।

ঐখোযনা বাইবল পাববদি মাগী মীশিংনা নীংনশঙদা ইবুংঙো মাবু খুরুমজবসি কয়াদা মরু ওইবনো হাযবগী মতাংসি উবা ফংখি মবমদি কবিগীনো হায়ববদি নীংনশঙ হায়বসি ঈশ্বরনা লুনা খনবগী মবম্নি (খোঙশান ২৫-২৯)। লিচৎলোন্দা ঈশ্বর নীংজবশিংগী পুন্সি মহিং অমসুং খুরুমজগদবা মওংদু য়াম্না কুপ্না তাকপি তম্বী। ইমুং মনুংবু তাকপি তম্বীবদা য়াম্না চেকশিনবগা লোযননা (অনি ৱা৬: ৪-৮) নীংনশঙদসু শোযদনা চৎকদবনি হায়না খন্নবনি । অনৌবা ৱালেপ্পুবা মতমদসু ঈশ্বর খুরুজ্নবগীদমক তেমপলদা সিনাগোগতা পোৎ থাবা নুমিৎ খূদিংদা হেক

হেক চৎপনি। হৌজিক ফাওবদা খৃষ্টান্না য়ৌক য়ৌকবা মফমদা নীংনশঙ লিংখত্তুনা ঈশ্বরবু তত্তনা খুকমজবনি। অহিংবা অমসুং অকনবা শিঙলুপনি নত্তে হায়বসি ঈশ্বর খুকম্নবা নীংনশঙদা চৎপগী মওং অসিদগী ইলায় লায়না খঙবা য়াই। অমবু ওইবসু অমবু ওইবসু ঐখোয়গী ফংজবিবা মতম অমসুং লমদমসিগী মওং মতৌ (লৈবাক্কী ইবাং মতা) গী মতুং ইন্না তত্তনা নীংনশঙদা ঈশ্বর খুকম্নিন্নবসিনা খ্বাইদগী অফবা অমসুং অচুম্বনি।

নীংনশঙদা ঈশ্বর খুকমলিবসি ময়াম পুন্না ঈশ্বরগা তিন্নজবিবনি লোয়ননা ঐখোয় ময়ামসু য়ীশুগী মিংদা তিন্নজবনি। মী অমনা য়ীশু থাজদুনা অবান-খুভম ফংজে। মদুমক শিঙলুপকী হোৎনজমন্নি। মী অমতনা শিঙলুপ লিংখৎপা য়াদে, মী ময়ামগা অমতা ওইদুনা থৱায় অশেংবগী মপান্দগী শিঙলুপ লিংখৎপা ওইববদি নীংনশঙদা ঈশ্বর খুকম্বসিনা অমগা অমগা থৌগৎনদুনা থাজবা কনখৎহনবনি। নীংনশঙ অদুম চৎলবসু অফবা ওইবক্তে হায়না হায়বসি অচুম্বা নত্তে, মসিদি মশানা মশাবু মীনমজদুনা থাজবগী পুক্সিদা খুবৌ থাংহঞ্জবনি। মীশিংনা ঈশ্বর থাজদুনা ঈশ্বরনা কৌবিবা অদুদা খুবমজবা য়ানবগীদমক নীংনশঙদা ঈশ্বরবু খুকমজনবা তত্তনা চৎচবা মীওইবা তঙাই ফদে।

নৈনগদবা: ঈশ্বর থাজবশিংবু খুবৌ চেনবা ?

*৩৫শুবা পাবা*

## নঙগী অশোনবদা ঈশ্বরগী পাঙ্গল

ঐখোয় শোল্লি... অদুবু ঈশ্ববগী সেবা তৌননবা ইবুংঙোগা হিংমিন্নগনি।

পাগদবা : ২ কোবিন্থিয ১৩:৪, ১২:৯

ঐহাক নহাক্কা লোয়নবিৎ "নহাক্লা ব্লাৎলিবা পূম্নমক মসিনি। নঙগীদমক ঐগী থৌজাল অওকপনি মবমদি ঐগী পাঙ্গলনা অশোনবদা চঙখোনহনবি।"

ঈশ্ববনা অশোনবা মীশিংবু শীজিন্নবা পামই। মী খূদিংমক্কী অশোনবা মতৌ লৈ। তশেংনমক, নখোযগী অসোনবা অমসুং মতিক চাদবা চবল অমা লৈ: হকচাং তোংশাগী, পূক্লিং ঈহলগী, বুদ্ধি লৌশিংগী অমসুং থৱায়গী লম্বীগী। নহাকপু শোম্মহনবা লাকওম ফাওমদবা ফি বমশিংসু লৈবম্বা যাই. হায়বদি শেল থুম নৎত্রগা মবী লৈনবগী অকক্লবশিং মতাংদা। খ্বাইদগী মক ওইবিবগী হ্বাফ মদি মখোয়শিং অসিগী মতাওদা নহাক্লা কবি তৌবিবগে হাযবগী মতাওসিনি। মহৌশানা ঐখোযনা ঐখোয়গী অশোনবশিং লৈ হায়নিংদে, লৈতনবা হোৎনৈ, কূপশিল্লগা থমই, লোৎশিল্লি অমসুং মসিগীদমক নুংঙাইতে। মসিনা ঈশ্বববু মহাক্লা পাম্বা মওংদা শীজিন্নবা ওমহন্দে। কনাগুম্বনা উবা ওম্বা, খঙবা ওম্বা, থৱায়গী খূদোল লৈ কনাগুম্বদা লৈতে। ঐগী অশোনবদু ঐ শোল্লি হায়গদবনি। পাঙ্গল কন্দনা অকনবা শাবা যাদে। ঐগী অশোনবদু হাযদোক্লবদি ঈশ্ববনা পাঙ্গল পীবিগনি ১ যোন ৩:২৪, ৪:১৩। থৱায়গী, পাঙ্গল, যীশুনা পিতাবগী মখোং হাম্বী, থৱায় তোনবশিংদু য়াইফ বনি মবমদি স্বগ লৈবাক অদু মখোয়গীনি হায়।

নহাক্কী অশোনবশিংদা ঈশ্ববগী তোঙানবা আশা অমা লৈজে। মহাক্লা হায়, "ঐহাক্কী ব্লাখল অমসুং ঐহাক্কী লম্বী নহাক্কী লৈবিবা অদুদগী হেন্না ব্লাংই।" অদুনা মহাক্লা ঐখোয়না থাজবিবসি চপ চান ওন্ন তৈনবা

মাযকৈদা নৈবা লম্বীশিংদা তোযনা থবক পাঙথোকই। ঐখোযনা খল্লি মদুদি ঈশ্বরবখক্তংনা ঐখোয়গী পাঙ্গল শীজিন্নবা পামই, অদুবু মহাক্কী থৌজালগীদমক ঐখোযগী অশোনবশিংসু মহাক্না শীজিন্নবা পামই।

বাইবল হায, "ঈশ্বরনা মবম চানা খনখি... মালেমসিনা শোল্লি লৌনবশিং পাঙ্গল্লবা অদুবু ইকায়বা পীনবা মবমগীদমক।" মহাক্কী অশোনবশিং থৌদোক অমা নত্তে। ঈশ্বরনা নঙোন্দা মহাক্কী শক্তি মশক তাকথোকনিংদুনা মখোযবু চপ যুংনা নীংবগা লোযননা পীখি। ঐনা কবি তৌবা তাই খঙবদা পাঙ্গল লাক্কনি। অম্বাবদা পাংবা লৈতবদা পীবা।

ঈশ্বরবু কৈদৌঙৈদসু পাঙ্গল নৎত্রগা ইশা মবাং কাযনা মপূক ওলহনবা ঙমদে তশেংনমক, মহাকপু অশোনবা অমসুং মশানা শোল্লে যাজববা মীওইশিংদা চিংশিল্লি। যীশুনা ঐখোযগী অরাৎপা খঙজিনবীবা অসিবু "থরাযদা লায়ববা" হাযনা খঙনখি। মসি মহাক্না যাইফ হনবা অহানবা পূক্লিং মতৌ অদুনি।

ঈশ্বরনা কবম্না মতিক চাদবা, মীচমশিংবু মখোয়গী অশোনবা কযা লৈজদুনসু অথোযবা থবক তৌহনবগে হাযবসিগী খূদমশিং বাইবলদা থন্না য়াওবি। ঈশ্বরনা মতিক চাববা মীওইখক্তবু-শীজিন্নবা তাববদি, কবিমক্তা পাঙথোকপা ঙমলোই, মবমদি ঐখোযগী কনামক্তা অশোযবা য়াওদবা লৈতে। হায়বদি ঈশ্বরনা মতিক চাদবা মী ওই শীজিন্নবা অসিমক ঐখোয পম্বগী যেংলগা পূক্লিং থৌগৎফম থোকপা পাউজেলনি।

পোলনা মসিবু অশোনবা নৎত্রগা "তিংখঙ" হায়না কৌবম্বনা, "মসি পাপ নৎত্রগা ফত্তবা অমা নৎত্রগা নহাক্না হোংবা ঙম্বা লমচৎ অশোয়বা অমা নত্তে, হাযবদি হেঞ্জিন্না চাংশিনবা নৎত্রগা ঙাইঙমদবা অসিগুম্বনি। অশোনবা অমা হায়বসি নহাক্না হেক্তমক ওইবা যাই। মসি হকচাংগী অকক্লবা, শোইনাইববা অমগুম্বা অবিবা অনাবা, মহৌশানা ইনর্জি যামগন্দবা, নংত্রগা লেঙ ওৎপা ঙমজদবা অমগুম্বা অসিনা ওইবা যাই। মসি পূক্লিংগী অকক্লবা নীংশিংবা ঙমহন্দবা, মীমান্নদবা মতিক নীকগুম্বা নৎত্রগা মমা পুক্লুংদগী শোযনাইবকপগুম্বা অমা হেক্রা ওইবা

কাণ্ডলুপতা কনাগুম্বা অমনা অবানবা তৌববদি, নহাক্না ঈশ্বর থাজব ওইববদি, মীশক অদু তন্না চৎলগা চুম্বদা অমুক হন্না লাকনবা হায়য়ু ।

অয়াম্বা শীংলুপকী যে লোশিপ অমসুং অপীকপা কাণ্ডলুপশিং মীতিক মীক্ন খঙবা ব্রাৎলি মবমদি মখোযনা চযেৎনবা পামদে । ব্রাথোক অমা ইথা থাজদনা থোকলকপগা মদুনা তেনশন নৎত্রগা নুংঙাইতবা পুবক্কদবা ওইববদি, মদু খুদক্তা তাৎকি শাস্তি অমা থমনবা মদু খুদক্তা শেমজিন শাজিন্দুনা তোকথোকই । মিষ্টব, হি অদু থুগাইনু মনুংদা চোঙশিন্দুনা মী খুদিংমক্কী চাযখাইদুনা লৈবিবা মফি মবোলশিং নানথদুনা হোৎনৈ, ব্রাথোক অদুদি তাইশিন্নবা তৌদে, অসুম্না মী খুদিংমক কুপশিন্দুনা থম্বা নীংবা কাযবা ওই । মী খুদিংমক সমস্যা (প্রোব্লেম) খঙনবা ঙাকনি, অদুবু কনামত্তনা হাযদোকপা তৌদে । মসিনা মীব্রা ঙাংফ ম ওইবা অবোনবা শিক্নম নাক্নমবা ফীভম (ইনভাইবন) অমা শেমই । পোলগী সোলুসন পুকচেল তিংবা ওইবমই: অমুক হন্না মীনম্বা ঙাংগনু, অমুক হন্না তৌশিন্নগনু । নহাক্কী যূমলোন্নবদা অচুম্বা ঙাংউ নখোযনা মীনম্বা থাদোক্কুনা, নখোয মী খুদিংনা মাগী কৈবোয লৈকাগা অচুম্বা ঙাংনৌৎ মবমদি ঐখোয অমগা অমগা ইশা অমতনি"

৩। তশেংবা যে লোশিপ, লুহোংবা মকপ শান্নবা নৎত্রগা শীংলুপ অমদা ওইবা যাই, পুকচেল তিংবগী মখা পোল্লি, তশেংনমক, চযেৎনবগী খোংলম অসি মবী থম্নবগী, চান্নশিনবা অমদা লাকনবগী শমনবা লম্বীনি। নহাকনা চপ চানা মাযোক যাদ্রবা ফ ।ওবদি অমদি খাদুনা লৈবিবা শম্বলশিং লৌথোক্ক্রিবা ফ ।ওবদি, নখোয কনামত্তা অমগা অমগা কৈদৌঙৈদসু নকশিন্নবা ঙম্লোই। বাইবলনা হায, "অবোযবদদি মীশিংনা মীনম্বা ঙাংবদগীদি পুকচেল তিংবনা হেন্না মমল লৈগনি।"

পুকচেল তিংবা হাযবসি নহাক্না হাযনিংবতা হাযবা লাইসেন্স অমদি নত্তে, মফ ম মতম যেংদনা নীংলকপগা হাযগদবা নত্তে। মচোঙ মপাক

নাইদনা ঙাংবসু নত্তে। বাইবলনা ঐখোযদা হায় মদুদি থবক খুদিংমক তৌনবগী অচুম্বা মতম অমসুং লপ্পী লৈ। খন্থুদবা ৱাহৈশিং অসিনা মতম শাংনা নুংঙাইহনদে। ঈশ্বরনা ঐখোয়দা নুংশিনবা ইমুং মনুংগী মেম্বরশিংগুমনা শীংলুপ অমনা অমদা ৱা ঙাংনবা তাকই: " অহলবু ৱ াবক্নুৎ অদুবু মহাকপু নপাগুম্না , নহা ওইবশিংবু নচিল ননাওগুম্না, নুপী অহলশিংবু নমাগুম্না, নহা ওইবীশিংবু নচে নচনগুম্না পূক্নিং ইশেং শেংনা থৌজানবিযু।"

অৱাবদি, ফে লোশিপ মশীং কয়ামকম পুকচেল শেংবা ৱাৎপদগী মাঙহন্নবে। পোলনা কোবিন্থিযগী শীংলূপ্পু মখোয়গী ফে লোশিপতা ওক্তবা লমচৎ যাওবকপদা তুমিন্না লৈর্শিন্নদুনা য়াইনবগীদমক মৈ থাবা তাখি। কনামত্তনা মদুগী মাযোক্তা তুমিন্না লৈশিন্দুনা যাহনবগীদমক চৈ থাংবা তাখি। কনামত্তনা মদুগী মাযোক্তা লেপ্পবগী পাঙ্গল লৈনদবদগী, মহাক্না হায়খি "নহাক্না অতোপ্পা অমবোমদা নৈশিন্নদুনা লৈগদবা নত্তে হায়বদি মসি মশানা থন্তা তোকচখিনি হাযদুনা ফ না খন্দোকলোইদবনি। মদু মযাম খঙনবা পুথোবক্কদবনি লোযননা তাইশিন্নবা হোৎনগদবনি... থিনা ঙাঙবগী মহুত্তা মুথ্থৎপা অমদি মখা তাহন্দবা থবক পাযখৎপনা হেন্না ফৈ.. নহাক্না মদুবু মচানি হাযদুনা অদুম চত্থহনবা য়াই, অদুবু মসি খূদিংমক্নি হাযবদি মদুনা .. নহাক্না থবক খূদিংমক খৃষ্টানগী মক্পশিংনা মফ ম মবাং খঙদবা নৎত্রগা পুকচেল খোযববা মতমদা ফ বি খন্দুনা লৈথোকলোইদবনি, মদু ঈশ্বরবু শাজৈনা ফূ থবা নৎত্রগা মক্পশিংদা হৌনা খঙদবা, য়ু ঙাওবা নৎত্রগা কবাম্বা অমদি শাদানবা শা ওইবকপগা মান্নে। মখোযনা অদুমক চত্থবদা নহাক্না তুমিন্না লৈথোকপা যাদে, অদুম তৌববদি চত্থবিবদু যানিংই তাকপনি। ঐহাক্না মপানগী মীওইশিংনা তৌবা ফ ত্তবা থবক্কীদমক দাযিত্ব লৌফ ম থোক্তে, অদুবু থাজবশিংগী ওইবা ঐখোযগী খুন্নাই মনুংদা অদুম চত্থবা ওইববদি ঐখোযগী দাযিত্ব খবদি লৌফ ম থোক্তব্রা?"

কম্মিতমেন্ত লৈবিব্রা? মসি চাংয়েং অমনি। ঈশ্বরনা নহাক্কী হায়বা ইনবব
চাং যেংলি। নহাক্কা চাংযেং অসিদা মায় পাক্লবদি, নহাক লোয়নবদা
ফ ববনিঃ আব্রাহম, মোসেহ, সমুএল, দাবিদ, দানিএল, তিমোথি, অমসুং
পোল মখোয় পূম্নমক ঈশ্বরগী হায়বা ইনবা মনাইশিং হায়না কৌখি। খ
হেন্না ফ বদা ঈশ্বরনা নহাক্কী হায়বা ইনববু লোমনাইদবদা মনা পীননবা ব
শকখ্রবনি। অদোমদা কবি ফাওগনি ব্রাখল তৌ হায়বদি নোংমগী নুমিত্তা
ঈশ্বরনা অদোমদা অসুম্না হায়ববদি, "য়াম্না ফ বে, ঐগী ফ ববা হায়বা ইল্লবা
ইনাই। নহাক্না অপীকপা শেনফ ম অসি শেন্নবদা হায়বা ইন্দুনা লাক্লি, অদুন
হৌজিক ঐহাক্না নঙোন্দা অহেনবা দায়িত্ব লৈবা থবক যাম্না হেন্না শিন্নবগনি
ঐখোয় পুন্না হবাওমিন্নবসি।"

অসুম্না, হায়বা ইনবা মনাইশিং কৈদৌঙৈদসু থবক্তগী পোত্থাদে।
মখোয়না হেক হিংলিবমখৈ থবক থাজনা তৌই। অদোমগী থবক্তগী অদো
পোত্থাবা য়াই অদুবু ঈশ্বরগী সেবাদগীদি নহাক্না কৈদৌঙৈদসু তোকপ
লৈবোই।

২। অশেঙবা মীনাইশিংনা মোং হাদনা থবক তৌই। মীনাইশিংন
থবক থাংগৎতে নত্রগা মখোযদা পূক্লিং চঙবীনবা হাযবক্তে। পূক্লিং
চিঙশিন্নবা নোম্বা অমসুং মায পাক্লবা খ্বাঙজেৎ শেৎপশিং অসিগী মহুত্তা,
মখোযনা "তোম্বনা চৎপগী খ্বাঙজেৎ মচি লাঙই, অমনা অমবু সেবা তৌন
ঙম্নবা।" মখোযগী থবক শক খঙবীববদি, মখোযনা তোম্বনা লৌশিঙে
অদুবু মখোয়গী থবক্তগী পুক্লিং চিংথোক্লবা ফ ত্তবদা মীব্রা ঙাঙবা যাদে।

পোলনা শেংনা উবা থবক মখল অমা হৌদোক্লমই অদুবু তশেংনমক্কী
পুখৎলম্বখক্তনি, উৎথোকপা অমা, পূক্লিং চঙবীনবা থবক অমা অসিনি।
মহাক্না মসিবু " মিৎকী থবক" কৌবমই - ঐখোয কযা যাম্না শেংলবনো
হায়বসিদা মীয়ামগী পূক্লিং চিংশিন্নবা মবমগী থবক তৌবা। মসি
ফ বাশীশিংদগী মফ মদদি পাপ অমা ওইবমই। মখোযনা অতোপ্পগী মতেং

পাংববোমদা ওহ্লোকখি, পীদুনা অমদি হায়জবা ফাওবা অতোপ্পগীদমক্তা পাঙথোকপীদুনা। যীশুনা মতৌ অসিবু তুক্কচখি অদুনা কন্না হায়খি, "নখোয়না অফবা থবক তৌবা মতমদা, উৎথোক্লবা তৌগনু। নখোয়না তৌববদি, ঙগয়ক্দা লৈবিবা নখোয়গী ইপাদগী মনা অমত্তা নখোয়না ফংলোই।"

ইশাবু ইশানা কাখৎহনবগা মীনাই ওইবা মতৌগা যানশিন্নবা য়াদে। অশেংবা মীনাইশিংনা অতোপ্পনা যাবীনবা নৎত্রগা ব্রাংনা থাগৎপীনবা থবক তৌদে। পোলনা হায়বমই, " ঐহাক্লা মীশিংবু পেলহন্নবতা খন্দুনা হোৎনদুন লৈববদি, ঐহাক খৃষ্টগী মনাই অমা ওইবা ঙম্লোই।" হায়না খনবা য়াই থৌজান্না খনগৎপীববা নখোয়না অখন্নবা মৈঙালদা অশেংবা মীনাই উবা ফংলোইৎতশেংনমক, মখোয়না ঙম্লিবমখৈ মসি থাদোকই। মখোয়না মমিশিংদা চিক্লা নোম্বনা পেঙৌ য়োসেফনা অবাবা খুদম অমনি। মহাক্লা মশামক্তদা পূক্লিং চংবীনবা তৌখিদে, অদুবু মতমদুগী জেলব ওইখিবা মতুংদা ফবওগী তল হৌবা অমসুং যুতংবা ওইখি, পোটিফাবগী সেবা চিক্লা তৌখি, অমসুং ঈশ্বরনা মহাক্কী বব পীনবীখি। ফবওনা মহাকপু প্রোমিনেন্স ওইনা ফমথোল কাহনখিব' মতমদা, য়োসেফ অদুফাওবদা মীনাই অমগী থম্মোয় পানখি, মহাকপু হুন্দোক্লুনা চৎখিবা মচিন মনাওশিং ফাওবদা কৌস্ক্লুনা উহনখি।

নৈনগদবা : অশেংবা , অফবা মীনাই?

*৩৮শুবা পারা*

# ঈশ্বরদা ঐখোয়না কৎকদবা অদু ইমুং- মনুং ওইনা খণ্ডমিন্নবা :

পাগদবা : মলাখি ৩:৫-৬, পাউ : ১০:৩৪-৩৬

১। মসিগী থবক অসি নুপাখক্তগী মথৌ নত্তে; নুপীগী থৌদাংসু লৈ। ঐখোয়গী ইমুং-মনুংনা শুবদগী, ঈশ্ববগী বরনা ফংলকপা অদুদগী ঐখোয়না ঈশ্ববদা কৎকদবা অদু শেল ওইনা ওইববসু, পোৎ ওইনা ওইববসু অণাংশিং যাওনা ইমুংগী প্রার্থনাদা হাযদোক্লগা মেম্বব খৃদিংমক্লা খণ্ডবগা লোয়নননা ঈশ্ববদা হবাউবা ফোঙদোকপা অমদি কখোকপা, মদুগী মতুংদা শীংলুপ্তা পীশিনবা ফৈ। অদুম তৌববদি পূম্নমক্কী বব হৌবকফমদি ঈশ্ববনি।

২। মতম ফজনা শীজিন্নবা ঙম্নবা তম্বিবা :

ইংলিসশিংগী ব্রাহৈদা, "মতম হাগবসি শেলনি" হায়নৈ। চাওখৎপা মীশিংনা মতম হাযবসি অবেম্বদা পঙমাঙ মাঙহন্দে। অযুক হেক হৌগৎপা মতমদগী তূম্বা মতম ফাওবা, মখোযগী শীজিন্নগদবা মতমগী মওংদু ফজনা শেম্মী। থবকশিং তৌগদবগী মওং মতৌ, পোখাবা মতম, শান্নবা মতম, লাইরিক তম্বা মতম, বাইবল পাবা মতম, প্রার্থনা তৌবা মতম অমদি অতৈ অতৈ কয়া কটিন নাগনা ফজনা শেম্মী।

মখোযগী মতম অদু মবম লৈতনা পঙমাঙ মাঙহন্দে। নোংমগী মনুংদা ইশাগী থবক খক্তা তৌদুনা বাইবল পাবগী মতম অমসুং প্রার্থনা তৌবগী মতম শংদে হায়ববদি অণাংশিং অমসুং নঙগী লৈমিন্নবা মীশিংনা খৃষ্টান ওইবদা নঙোন্দগী তমজনিংঙাই অমত্তা ফংলবোই। মবম অদুনা মতম হায়বসি ফজনা শীজিন্নবা হৈনবা ইশামক্লা থবক ওইনা তৌদুনা অতৈদসু তম্বীবা মক ওই।

৩। পূল্লপ পূন্না চাক চামিন্নবা :

ইমুং হায়বসি শীংলুপ মচানি (মেম্বর য়ামদবা) হায়নৈ। ইমুং-মনুংদা লৈমিন্নরিবা মী পূন্নমক পূকচেল লিংজেল তিন্নদা থোং মান্ননা নুংশি চান্ননা অথুম-অহাউ চামিন্নদুনা লৈমিন্নগদবনি। অদুগুম্মদুনা অব্রাবা মতমদা ব্রামিন্নবা নুংঙাইবা মতমদসু নুংঙাইমিন্নবা হায়বসি ইমুং-মনুংগী ওইবা য়াম্না মরুওইবা অদুনি। খৃষ্টান ইমুং অমদা হাওব্রবসু অফং-অফংবা নোংমগী তম্বা অদু পূল্লপ পূন্না চামিন-থকমিন্নগদবনি। কবিগুম্বদসু তঙাই ফদবা লৈরবদি পুল্লপ পূন্না চামিন-থকমিন্নবা হায়বসি য়াম্না ফৈ, মসিনা নুংশিবসু হেনগৎহল্লি। চাক চাবমদাইদা প্রার্থনা তৌদবসু হেন্না খুদোং চাহল্লি। চাওখৎলবা মীশিংনা তৌবা মওংসু য়াম্না ফৈ। মখোয়না ফংবা অবৈ-অরৈবা অদু মতম অমত্তদা পুল্লপ পূন্না চামিন্নদুনা, হরাউ-নুংঙাইনা নোকমিন্নদুনা চাক চানা চানা ব্রারী-ব্রাতাই শামিন্নদুনা নুংঙাইনা চামিন থকমিন্নৈ। মতম অয়াম্বদা মখোয় তোঙান- তোঙানবা থবক তৌবা চথোকউবনিনা চাক চাবা মতমদদি ইমুং-মনুংগী মমা মপা, মচিন মনাওশিং মী শুন্না তিন্নবা মতম ওইনা শীজিন্নবা অসিসু য়াম্না ফবা থবক্নি। ইমুং-মনুং ওইনা পূন্না খাঙমিন্নবা য়াবা পুন্নমক খাঙমিন্নবগী মতম ওইনসু অয়াম্বনা লৌনৈ।

নৈনগদবা : খঙমিন্নবা

*৩৯শুবা পারা*

## মতম চানা থবক পাঙথোকপা হোৎনবদা নুপীগী দায়ত্ব :

পাগদবা : পাউ শন্দোকপা :৩:১-৫ মমি ৫:১০

১। চাক-ইঙ্খাং থোংবা, ইমুং-মনুংগী থবক ইনখাং শূবা হায়বসি নুপীগী খুত্তা অয়াম্বা লৈ। মাগী নুপানা ঈশ্বরগী থৌগল তৌবা মী ওইবা য়াই, অতোপ্পা থবক তৌবা মীসু ওইবা য়াই নৎত্রগা করিগুম্বা হান্না মতম

কক্তুনা তৌগদবা থবকসু ওইবা য়াই, পুন্নমকসি থেঙদনা, মতম চানা তৌননবগীদমক নুপীশিংনা য়ুমদা হোৎনবা য়াবা, শূবা য়াবা মখে অদু মতম চানা লোইশিন্নবা হোৎনগদবনি। থবক্তা অপনবা পীরোইদবনি। এভাঞ্জেলিষ্ট অমনা থবক থৌরম থূদিংমক্তা হেক্তা থেংবা থেংনৈ। মদুগী মরম মুন্না থিজিল্লুবা মতমদা মাগী নুপীনা নংননবা হোৎনবিদবগী মরম ওইরম্মী। অদুগুমদুনা অঙাংশিংনা হোৎনবদসু মতম চানা থবক লোইশিন্ননবা থব্রায় য়াওবা মী ওইবা দরকার ওই। মাগী মাগী নুপাশিংনা, ঐগী নুপীনা য়াদে, ঐগী নুপীনা তৌবিদবগী মরম্মনি, ঐগী নুপীনা কয়া পামদবগী মরম্মনি অমদি অতৈ অতৈ মরম কয়া অসিনচিংবা পুথোক্তনবগীদমক ফজনা থবক তৌবা নুপী ওইবা দরকার ওই।

২। ইমুং-মনুংগী মীশিংবু পুকচেল শেংবা মী ওইননবা হোৎনবা:

মী খুদিংমক্কী শাউনিংবা মতম লৈ, শুকশাউ শাউদবা মী সংসাব অসিদা তাংই। অদুবু শাউবা মতমদা নংত্রগা পেন্দবা মতমদা অশাউবা ব্রাহে ঙাক্তা শীজিন্নদুনা মুরুম মুরুম শোনবা তৌদবনা ফৈ। নুপা নংত্রগা অঙাংশিংনা, শাউরংননা মুরুম মুরুম শোনবগী ব্রাহে ঙাক্তা তাববদা মখোয়গী পূক্নিং ব্রাখল অদুদা অচুম্বা অফবা মী ওইবা য়ারোই। অদুগা মতম পুন্নমক্তা মীগী মরমদা অথীবা ব্রাবী পঙশা শাবা মী ওইববদি মাগা লৈমিন্নবিবা মীশিংগী পুকচেল ফাথবা ঙম্বা মী ওইবা য়াবোই। অঙাংশিংনা তারগা অথীবা ব্রাহে ওইবা য়াবা মীগী মরমদা ফত্তবা ব্রাবী শুকশা শাদবনা ফৈ। অদু নংত্রবদি ফত্তবা মীব্রা ঙাংননবগী মক অদু পিক্লিবা অঙাংশিংদা ঐখোয়না হুনবনি হাযবসি কাউগুমসি। অঙাংশিংগী মমাঙদদি মীশিংবু থাগৎপগী ব্রাহে থক্তা শীজিন্নবা অসি য়াম্না ফৈ। অদু নংত্রবদি মখোয়বু ফত্তবা ব্রাখল খনবা মী অমা ওইহনখিবা য়াই।

নৈনগদবা : নুপীগী দায়ত্ব

*৪০শুবা পারা*

# সমাজদা শীংলুপ নুপীশিংগী দায়ত্ব

## পাগদবা : তীতা ২:১-১২

১। শিংলুপ নুপীশিং অসি সমাজদা য়াম্না মরু ওই। অফবা সমাজ অমা পুরক্নবা হোৎনবদা শিংলুপ নুপীশিংনা অচৌবা দায়ত্ব লৌগদবনি। মদুদি:- লমচৎ শাজৎকী মতাং :

২। ইহান হাম্না ঐখোয়না চেকশিনগদবদি লমচৎ-শাজৎ অসিনি। ঐখোয়না লমচৎ শাজৎ অসি ফজদ্রবদি ঐখোয়না সমাজদা খৃষ্টগী সাক্ষী পীথোকপা মতমদা অপনবা ওই। মীশিংনা খৃষ্টদা হাম্না য়েংদে, ঐগী লমচৎ শাজত্তা হাম্না য়েংই। মরম অদুনা লমচৎ শাজৎ ফজদবা ঐনা শন্দেকপগী মবম্না মীশিংনা প্রভু নহাক্না অচুম্বা পাউতাক্কী অচাবা ব্রা অদু ঙাংউ। হনুবশিংনা য়ু থক্তবা, চিংলেম্বা, পূক্নিং ফাজিনবা অমসুং থাজবদা, নুংশিবদা, খঙহৈবদা অচুম্বা ওইসনু। ৩ অদুগুমদুনা হনুবীশিংনা মবমচত্তা ঈশ্বর কিনা নীংবী, হুল্লানগন্দবী, অদুগা দ্রাক্ষা মহীদা মীনাই ওইদবী, অফবা তম্বীহৈবা ওইসনু। ৪ ঈশ্বরগী ব্রাবু থীনা হায়দননবা, নহা ওইবী নুপীশিংবু মখোয় মখোয়গী মপুরোইবশিংবু নুংশিবী, মচাশিংবু নুংশিবী, ৫ পূক্নিং ফাজিনবী, অশেংবা য়ুম্বান হৈবী, অফবী, মখোয় মখোয়মক্কী মনুবোইবশিংগী মখা পোনবী ওইনবা মখোয়না তম্বিগদবনি। ৬ অদুগুমদুনা নহা ওইবা নিপাশিংবু পূক্নিং ফাজিন্নবা ঈনশিনবিয়ু। ৭ মবম পূম্নমক্তা নশা নথন্তবু অফবা থবক্কী পান্দম ওইনা উৎলু; ৮ মীগী মীচং ওইবিবা মহাক অদুনা ঐখোয়গী মরমদা ফত্তবা হায়নিংঙাই কবি অমতা ফংদদুনা ইকায়ননবা, নহাক্কী তম্বিবদা অতিংবা, চিংলেম্বা অমসুং লালহনবা ঙমদবা অচুম্বা ব্রাঙাং উৎলু । ৯ মীনাইশিংনা মবম পূম্নমক্তা মখোয়গী কনবিবা মপু ঈশ্বরগী পাউতাক অদু ফজহন্নবা মখোয় পেলহন্নবা; ব্রা খেৎতদুনা, ১০ লোম্না পোৎ খাইদদুনা, চংখোম্না মপু নীংবা উৎনবা, ঈনশিনবিয়ু।

১১ মবমদি ঈশ্বরগী থৌজাল, মী পূন্নমক্তা অরান খুবম পুবিবকপা অদু উহনবিরে; ১২ ঐখোয়না ঈশ্বর নীংদবা অমসুং তাইবঙপানগী ওইবা অপাম্বা অদু য়াদদুনা, পূক্লিং ফাজিন্ন, ধর্ম্মচেন্না অমসুং ঈশ্বর নীংনা হৌজিক্কী তাইবঙপানবা অসিদা পাননবা থৌজাল অসিনা ঐখোয়বু তম্বীয়ু।

১০ মতিক চাবি নুপী ফংবদা কয়াগী মতিক ব্রাবা। লিক কোন্দগী মহাক্না মমল য়াম্না হেল্লি।

১১ মপুরোইবদুনা মহাকপু পূক্লিং তাজে অদুগা কৈতৌঙৈদসু লায়রবা মী ওইরক্তে।

১২ মহাক্না মপুল্লি লৈরিঙৈ মতমদা অফবতা তৌদুনা লৈ।

১৩ শামতুগী অমদি অমোনবা ফি শাদুনা মতম লৈবদা মথৌ চিল্লি।

১৪ ললোনবশিংগী হিগী মতৌগুম্না মহাক্না অথাপ্পা মপামদগী চিঙ্গাক পুদুনা লাকই।

১৫ নুমিৎ থোক্লিঙৈদা ভম্না হৌগত্তুনা ইমুংগী মীশিংগী চানবা থোংদুনা থমই অদুগা মীনাই নুপীদুদা করি করি তৌগনি হায়বদু থৌদদুনা মথৌ পী।

খৃষ্টগী থৌগন্দা শন্দোক্লিবা অফবা পাউতাক্না য়োকখত্তুনা লমচংনা অফবা মতৌ অদুনা নুপা নুপী অনীগী মরীদা অমকপা লৈতবা মী ওইবসি য়াম্না মরু ওই। থৌগল্লোন ব্যবহার খঙবী, ঈং তম্বী, মোং হাদবী, হৌনলোনচং খঙবী নুপী ওইগদবনি। মখোয়গী লমচং শাজংনা সমাজদা লৈরিবা মীশিংবু ঈশ্বরগী মনাক্তা পুশনবদ চাউরবা মতেং ওই।

নৈনগদবা: লমচং শাজংকী নুপীগী দায়ত্ব।

## ৪১ শুবা পারা

# ব্রাঙাং শঙাং

সমাজদা ঐখোয় থাজবা য়াবা নুপী ওইগদবনি। ঐনা ঙাংথোকখ্রবা ব্রাদু অমুক হন্না হোংদোকপা নৎত্রবা ঙাকপা ঙমদবা, থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমদবা অদুনা ঐখোগী ঈশ্বর থাজবগী পুন্সি অসি অয়ম্বা ওইগল্লি। খুদম ওইনা, ঐনা মরূপ (শেলতিম্নবা) অমগী সেক্রেটরী ওইরগা, তোঙান-তোঙানবা মীওই কয়াদগী পৈশা খোমজিল্লগা, নৎত্রগা ব্রারেপশিং অদু ইশানা থুগাযববদি মদুগী মবম্না মীশিংনা ঐবু থাজবা য়াদবী নুপীনি হায়না খনখিগনি। ঐনা থাজবা যাদবী নুপী অমা ওইববদি সমাজদা মতৌ কবম্না ঐনা তিনগনি? মবম অদুনা বাইবল শাস্ত্রদা ঐখোযনা থেংনবগুম্না "লৈ খুদুম চনবী নুপী" ওইসি। মীমাঙদা কবম্বা ব্রা ঙাংগদগে হায়বসি যাম্না মুল্লা খন্তবা দবকাব ওই। ঐখোয়গী ব্রাঙাং-শাঙাং চেকশিন্দবদগী শীংলুপ্তা নৌনা চঙলকপা কৈবোই লৈকাইগী মীশিংসু চঙনিংলক্কবা মতম লৈবকপা য়াই।

১ পি ৩:১-৩

মতৌ অদুগুম্না, নখোয় নুপীশা, নখোয়মক্কী নপুবোয়বশিংগী মখা পোন্না লৈয়ু, হাযবদি, কনা কনাগুম্বনা ব্রা অদু ইন্দ্রবদি, মখোয়না নখোযগী কিবগা লোয়নবা অশেংবা নচৎ মতৌ অদু য়েংদুনা, ব্রাহৈ যাওদনা মখোয়গী নুপীশিংগী মচৎ মতৌনা মখোয়বু ফংজননবনি। নখোযগী লৈতেংদি শম-লোনবা, সনা শিবা অমসুং ফিজেৎ লৈতেংবা, মপাম্মোংগী লৈতেং অসি ওইদসনু;

নুপীশিংনা চিংলেম্বী, মী হুন্দবী, য়ু থক্কবী, থবক পূম্নমক্তা থাজবা য়াবী ওইবা তারে।

ফিজেৎ চাকচাগী মতাং :

খৃষ্টান নুপী অমা ওইনা মীয়াম তিন্নবদা ফিজেৎ চাকচা অসিসু য়াম্না মরু ওইনা চেকশিনগদবা থবক অমনি। য়ারিবা মখে ঐখোয়গী চৎনবী মতুং ইন্না ফিরোল শেৎ-চাবা ফে। মী শিবা মতমদা, লুহোংবা মতমদা, তোঙান- তোঙানবা থৌরম কয়াদা ঐখোয়গী চৎনবী ওইবা ফিজেৎ-চাকচা শীজিন্নবসিনা খৃষ্টগী সাক্ষী পীথোকপা মতমদা য়াম্না কান্নবা খুৎলাই অমা ওই। ঐখোয়গী সমাজদা থৌগলগী মরম্না চীঙাক্কী মতাংসু য়াম্না চেকশিনবা মরু ওই। পাউখোন চৎপা পোললনা, 'ইচিন-ইনাওশিংদা খুদি থীগদবা লৈরবদি পুন্নমক ঐনা থাদোকচরে' হায়বগুম্না ঐখোয়নসু থরা চেকশিন্না চৎলবদি মীয়াম (সমাজ) তিন্নবদা থোইদোক্না কান্নগনি হায়না খল্লি। খৃষ্টান ওইবসি ধর্ম্ম খক্তা লৌবা নত্তনা জাৎ উনবগুম্নসু খনবা মীসু লৈ। অদুগুম্বা ব্রাথলদু অবানবনি। ঐখোয়গী লমচৎ শাজৎ, ব্রাঙাং-শাঙাং, অমসুং ফিজেৎ-চাকচানা মদু অরানবনি হায়বা উৎকদবনি। ঐখোয়গী মওং মতৌ অসিদা কৈরোই লৈকাইনা পান্নদুনা মী খুদিংমক্না যীশু খৃষ্টবু থাজরক্রবদি ঐখোয়গী সমাজ অসিসু য়াম্না চাওখৎপা নুংঙাইবা, ঙংথবা সমাজ, শান্তি লৈবা সমাজ মণিপুর ওইরক্কনি।

নৈনগদবা : ব্রাঙাং-শাঙাং।

*৪২শুবা পারা*

## যীশু খৃষ্টগী ব্রাপাউ শন্দোক্নুনা শাক্ষী ওইবা

পাগদবা পাখোন চৎপা ৪:১২ মাথিথও : ১৭-১৮ পা:১৮

মথক্তা পনগ্রিবশিং অসিগী মথক্তা যীশু খৃষ্টবু থাজগ্রবা মীশিংনা অকিবা অমসুং ইকায়বা লৈতবা মহাক্না থাজরিবা খৃষ্টগী অকবা ব্রা-পাউ অসি অতোপ্পা মীশিংগী মফমদা তাকপি-তম্বীবা হায়বসি খৃষ্টান খুদিংমক্কী

দায়ত্বনি। ঐখোয়গী লমচৎ-শাজৎ, ৱাঙাং-শাঙাং, ফিজেৎ-চাকচাগী মতাংদা য়াম্না চেকশিন্না খৃষ্টগী সাক্ষী ওইবসি য়াম্না মক ওইবনি, মতৌ অসিগুম্না ঐখোয়গী হৌন- লোনচৎ অসিদগী থোকপা-ৱাহৈনা যীশু খৃষ্টগী ৱাহৈশিং অসি শোয়দনা হায়দোক্কদবনি। শন্দোকপা মী লৈত্ৰবদি মীশিংনা ৱা-পাউ তাবা ফংলোই, মখোয়না তাবা ফংদ্ৰবদি 'যীশু খৃষ্ট' কনানো হাযবদুসু খঙবা ঙম্লবোই। মবম অদুনা যীশু খৃষ্টগী অফবা ৱা-পাউ অসি শন্দোক্নুনা সাক্ষী ওইবা হায়বসি তঙাইফদবা ঐখোয়গী থবক্নি। খৃষ্টানশিংনা তুমিন্না লৈববদি ঈশ্বরগী লৈবাক চাওখৎপা ঙম্লোই।

১ কো ১:১৮ মরমদি ক্রোসকী ৱা অসি মাঙলিবশিংদি অপঙবনি, অদুবু কনবিবিবা ঐখোয়দদি ঈশ্বরগী পাঙ্গল্নি। মবমদি মাসি ইগ্রবনি,

ঐনা অশিংবশিংগী লৌশিং অদু মাঙহনগনি,

অদুগা খনবা হৈবশিংগী ৱাখল অদু

ঐনা কবিসু নত্তবা ওইহনগনি।

অশিংবা মী কদায়দা লৈবগে ? শাস্ত্রগী ওঝা কদায়দা লৈবগে? তাইবঙপানবা অসিগী মবৈ য়েৎনবা হৈবা মী কদায়দা লৈবগে ? তাইবঙপানবগী লৌশিংদা তাইবঙপানবনা মখোয়গী লৌশিংগী মপান্না ঈশ্বরবু খঙলমদবা মরম্না অফবা ৱাপাউ শন্দোকপগী অপঙবা থবক অদুগী মপান্না থাগবশিংবু কনবিনবা ঈশ্বরনা ফৈ হায়না নীংলে। মবমদি যিহূদিশিংনা খুদম থি অদুগা গ্রীকশিংনা লৌশিং থি; তৌইগুম্বসুং ঐখোয়দি ক্রোসতা হাৎপ্রবা খৃষ্টবু শন্দোকই; ক্রোসতা হাৎপ্রবা খৃষ্ট অসি যিহূদিশিংদা খুদি থীনফম অমসুং অতোপ্পা জাৎশিংদা অপঙবা ওই; অদুবু কৌবিলবা যিহূদিশিংদসু গ্রীকশিংদসু খৃষ্ট অসি ঈশ্বরগী পাঙ্গল অমসুং ঈশ্বরগী লৌশিং ওই। মরমদি ঈশ্বরগী অপঙবা অদুনা মীশিংদগী হেন্না শিংই, অদুগা ঈশ্বরগী অশোনবা অদুনা মীশিংদগী হেন্না কল্লি।

অদুদা মহাকপু মীশিংনা পূক্নিং ৱাখল অদুনা মখোয়গী চাউথোকচবসু লৈ। ধৰ্ম্ম অদুবু লিংখৎপিরিবা মীদুগী তাকপী তম্বীবা

পাউতাক অদুবুসু য়াম্না পাম্না মতুং ইন্নি, অদুবু ধর্ম্মগী লুচিংবা মীশক অদুদগী মখোয়গী থাজবা থমসে। ধর্ম্ম অদুবু লিংখৎপিরিবা মী অদুগী লমচৎ-শাজৎ, মহাক্কী তম্বীরিবা পাউজেল অদু চান্নদ্রবসু মদুনা মখোয়গী তুং ইনবা মীশিংদা অপনবা ওইহনদে। অদুগা মহাক মশাগী লমচৎ-শাজৎ, ব্রাঙাং-শাঙাং অদু কয়া ফৎত্রবসু ওইদবা ব্রা ঙাংলবসু মহাক্কী তুং ইনবশিংনা করিসু থৌওইবিদে।

৩. মখোয়না পূক্নিং শেংবা অমসুং অচুম্বদগী ব্রাহৈনা হেন্না ফরবদি হেক্তা পেম্নোকপগুম তৌই। অদুগুম্বা ধর্ম্মগী লুচিংবা মী অদুনা শিবা মতমদা মহাকপু কায়নবগী ব্রাহৈ অদু মহাক্কী তুংইনবশিংনা হায়দোকই। মহাক্না শিবা নুমিৎ অদুদা অচৌ-অচৌবা থৌরম শেমদুনা পাঙথোকই। হায়রিবা ধর্ম্ম লিংখৎপিরম্রিবা লুচিংবা অদুরগী মফমদা অসুম্না ইদুনা থম্মী। মদুদি—"মহাক মফম অদুদা ফুমথ্রে, নংত্রগা মফম অদুদা মৈ থারে", হায়না ফোঙদোকই। ধর্ম্ম অদুবু লিংখৎপা মপুমক অদুনা শিবদুদা তুংদা লাক্কদবা মতমগীদমক অতৈ অতোপ্পা আশা কয়া লৈতে। মখোয়না মখোয়গী ধর্ম্মগী মিংদা তৌবা থবক থৃদিংমক মখোয়গী হিংলিঙৈ মতম অদুখক্কীদমক্তনি।

খৃষ্টান ওইত্রবা ঐখোয় পুম্নমক্না খৃষ্টান ধর্ম্ম হৌদোকপিরম্বা মপু যীশু খৃষ্টগী শিবা অমসুং অমুক হন্না হিঙৎপিবগা লোয়ননা ইবুংঙো মহাক্না লোইবা নাইদবা হিংবসিদা থাজবা থম্মী।

নৈনগদবা : অফবা ব্রা-পাউদা শাক্ষী।

## মৈতৈগী পাউরৌ

গর্ভগী অঙাংদু নিপা নুপী খণ্ডনবা পোকপা

পূক্লুংগী অঙাংদু নুপারা হায়বা য়েংগে হায়রবদি মথল অহুমথোক্লা য়েংবা য়াই।

অহানবা খুদম : নুপীগী মিংগী খোম্লোক্কী মশীংগা গর্ভ পুবা থাশিংগা তিমবগা তিমবা ফলদুনা ৮না য়েনবদা ১, ৩, ৫, লেম্বা নিপানি খণ্ডনগনি। ২,৪,৬ লেম্বা নুপীনি ৭, ০ লেম্বা হিংগন্দে।

নুপীগী মিং : ইবেচা খোম্লোক ই+বে+চা ; থা মশীং ৩ য়েনবদা ১ লেমই নিপানি।

অনিশুবা খুদম :- নুপীদুগী মমিংগী খোম্লোক মশীংগা গর্ভপুবা থাশিংগা তিনশিমবগা ৩ য়েনবদা ১ লেম্বা নিপানি। ২ লেম্বা নুপীনি ০ লেম্বা হিংগন্দে।

নূপীগী মিং : মধুমতি - (ম+ধু+ম+তি) ৪+৮ – ৩ য়েনবদা ২ লেমই নুপীনি।

অহুমশুবা খুদম :- নুপীদুগী মমিংগী খোম্লোক মশিংগা গর্ভ পুবা থাশিংগী পুবিরগা ফলদুগা অমুক ৭না পুবিরগা ফলদুদা ৮না য়েনবদা ১,৩,৫,৭ লেম্বা নুপীনি ২, ৪, ৫, ০ লেম্বা নিপানি।

নুপীগী মমিং : মধুমতি- (ম+ধু+ম+তি) ৪× থাশিং ৩=৪ ×৩=১২×৭ - ৮ ৪ - ৮ য়েনবদা ৮ লেমই নিপানি।

## মৈতৈগী চৎনবীদা পক্লবা পক্লদবা য়েংবিয়ু

নিপাগী মপোক নুমিত্তগী নুপীগী মপোক নুমিৎ ফত্তবদা খিদুনা য়েংবদা ২,৪,৫, ইপান তাই। নিপাগী পোকপা চহিদু চান্নগনি নুপীগী উয়ান। নিপাগা, নুপীগা থাদোক্লবা য়াদে। চফু, উয়ান ফৈ। খাবৈ ফত্তে।

চেগপ ফৈ শুমজিৎ তাবা ফৈ, ইপান তাবা ফৈ। নহা ওইবা,মীওইশিংনা পুন্সি লৈপুন খোঙদাদ্রিঙৈদা পক্লবা পক্লদবা হান্না য়েংবা-শালাই তিন্নবা তুমন লৌবা, নুপী লোনবা, মিৎয়েং নাহুইরক্তুনা লৈখা তাবা জাতি ওইবকখি।

ঐখোয়না লেঙলি, পাল্লিবা, অচৎ-চত্তা, জীবশিংগা ঐখোয় মী ওইবগা কয়া। কনাগুম্বা চাওখৎলবা জাতিশিংনা অতিয়াগী গ্রহশিংদা খুন্দানবা হোৎনবি। ঐখোয়না অসুক্কী মতিক চাওখৎ লবা মতমসিদা ঐখোয় করি ওইবিবগে হায়বদু পৃথিবীশিংদা লৈনা লৈনা য়েংবিনবা ইজবনি।

নুপীগী মথল :-

নুপী য়ুমলৈমা, নুপী ক্নাক, নুপীশামু, নুপীমমা, নুপী শগোল, নুপী নুংহন্নবী, নুপী য়ুমগাইবী, নুপী শা অমসুং নুপী য়াওইবীনচিংবা।

মৈতৈগী চৎনবী ওইনা অহল-লমনগী মতমদা হায়নবম্ব' মিৎয়েংদা:-

১। নুপী মমা : নুপী অফবা, ফত্তববু জ্ঞান তানা চুমথোকপিবা হৈবা, নুপী খুদিংমকপু তিন্নাহৈবা মীতাসু ওই।

২। নুপী য়ুমলৈমা : নুপীসিগী জাৎনা থোইদোক হেন্দোক্লা ফবীনি, মচা মশু ব্রারক ব্রাতেম্বা হৈ, মীনুংশি খঙই, থৌজাল হৈ, মী য়োকই, মীবু শেমই, লন চেনবীনি । য়ুম পানবদা কুপ্না নাক-যেক খঙবীনি। মী পূম্নমক্লা নুংশি।

৩। নুপী চবোই : নুপীসিগী জাৎনা চবোইগুম তুং মাঙ যেংদনা, অচুমঅবান থিদনা হান্না মীগী লব্রাইলুতোন্দা লাকপগুম্বী নুপীনি। মীবু উশিৎতে, চুমগে চুম্মু লানগে লাল্লু মানা তৌবনা চুমই কাওথেক্লগা, ফুদংলগা লোইবে হাযবী নুপী পীদানি। কনা অমত্তগা মত চান্নন৷ তিন্নবা হৈতে।

৪। নুপী ক্নাক : নুপীসিগী কাঙবুনা ক্নাকুম মবোল শেংনসু খঙফাত্তিঙৈনা হান্না যা-যা লাউবী পাউ চেনবী হৈবী নুপী পীদানি।

মীগী মীব্রা অচেৎ অকোম তাগল্লি। অচুম অয়ান খঙদনা পাউ শন্দোকপা হৈনৈ। ইকায়বা খঙদে, মচিন য়াংই মচিন থিগল্লি। মানা থোকপা অমা খুব্বা হে। অমগা অমগা কক-কাক তৌবা খৎনহল্লগা নুংঙাইবা মীতানি।

৫। নুপী শামু : নুপীসিগী কাঙবুদি শামুগুম মশাসু লুমথাই, শামুগুম নোমহৌ নোমহৌ চৎপীনি। মশাগী শোইদনবা থিবা হৈবীনি। ব্রাঙাং চাওনা ঙাংবীনি, মবিল লৈ, মথৌনা ফৈ, মী লাই কিদে মীনা লাকচবা য়াদে। অহিংগী ইরাংদা থব্রাই তাজবী নুপী জাৎনি।

৬। নুপী শগোল : নুপীসিগী কাঙবুদি শগোলগুম শাজৎসু ফিংই, তথক-তথক লাউবী অখৎপী কাঙবুনি। মশা য়াংই, খিংই, মপাঙ্গল ফৈ, চেন্ন-চেন্না থবক তৌবীনি। মাংশোক ফম্মেন খঙদে, কাল-কাল্লা চৎপী নুপীদানি। চাবোক ফৈ মচা যামই।

৭। নুপী নুংহন্নবী : নুপীসিগী জাৎতি য়েংবদা য়াম্না লীরি খোইরি তৌই, চিং লেমই, ব্রা ভোইনা ঙাংদে, য়েংবদা মিৎতা লুই উই। ঙাংথোবকপা ব্রাঙাংদা কোচি লৈনা ঙাংবা হে। মঙক হায়গৎতে লুবাক্লে। মী তিন্নবা হৈত্রবদি লুই, মানা থাজবা মীদা মবুক তেংথোকই। মীনা অবানবা তৌবা ঙমদে, শীংদুনা লৈবা মীতানি। থম্মোই কল্লি, মবুক চেৎলি। অচুব্বা চৎপী নুপীমক্লি।

৮। নুপী য়ূমগাইবী : নুপীসিগী জাৎতি মহৌশানা মশক মতৌ ফজগল্লি মতৌ লৈ। মানা মহেল্লে হাযবীনি, মীনা তৌবা থানদে, অমগা অমগা কক্-কাক্ তৌদুনা খৎনগনবা জাৎনি। অহল-লমন থকশি খাসি খঙদে। চীনফেন ফৈ, মীব্রা য়াম্না লৌবনা মবম ওইদুনা খৎনগনবী য়ূমগাইবী হায়বদুমক ওই।

৯। নুপী শা : নুপীসিগী জাৎতি য়ূম পানবদা মথোং চাদে, য়ূম্বাল হোবৎলি, ময়ূমগী চেকশিন খমজিন তৌদে। পোৎ অমত্তা

পোৎথমফম নাইদে, ময়ূমদা ঙহাক্তা লৈনিংদে। মীব্রা তাবা, ব্রাবেম ঙাংবা, লৈকাই কোয়বা পামই। মানা পোকপা মচা মথোং চাগন্দে। মীব্রা ঙাংনগনবী নুপী ওই। ইথক ইরাংদা চৎকল্লি।

১০। নুপী য়াইওইবী : নুপীসিগী জাৎতি মহৌশানা চিনফেন ফৈ, ঙাইহাক্কী মীবু থাজহনবা হৈ, মীবু শুক্ষৎলি। ব্রারেম ঙাংবা পামই, য়ূমগী চেকশিন থৌরাং তৌদে, তুংগী য়েংদে লৈরিবমখৈ চাথোক শেঙ্গোকপীনি, ঐগী মীগী নাইদে। ময়ূমগী মচা মব্রাগী য়েংদে চাবা থকপদা হালেংদবী ইরাংদা তাউবা পাম্বী ওইবনা য়ূম ইংখোল মাল-চাং কায়রফাওবা ইকাইবা খঙদ্রবী লনশোৎপী হাযবদুনি।

(মথক্কী অসি নঙবা অহল লমন্না হায়নরম্বা কয়ামুক্কী মনুংদা নুপী লাইশমঙ, নুপী হৌদোং, নুপী শেন্দাং চোংঙা নুপী হব্রাইমাননচিংবা থরসু লৈ। মথোয়সি মথক্কী কাংবুগসু মান্নৈ।)

নুপা, নুপী থায়না পোকপগী লীচৎ লোন :-

- নুপীগী অহানবা ঋতু চৎপা নুমিত্তগী নুমিৎ ১৬ নিগী মনুংদা নুপীগী গর্ভ লৈবা মতমনি। মসিগী মনুংদা অহানবা নুমিৎ ৩ নিদি শয়া শোক্লফদে।

নুপীনা ঋতু চৎপা নুমিত্তগী ৪ নি শুবদা গর্ভ লৈপ্রবদি নিপা পোকই, অঙাংদু পূক্লিংদ মগুণ লৈতে, মুখ ওইগল্লি ফত্তে। ৫ নি শুবদা গর্ভ ওইপ্রবদি নুপী পোকই। ৬ নি শুবদা গর্ভ লৈপ্রবদি নিপা পোকই অঙাংদু মগুণ লৈরোই, ৭ নি শুবদা গর্ভ লৈপ্রবদি নুপী পোকই অঙাংদু মরাইবক থিগল্লি। ৮ নি শুবদা গর্ভ ওইপ্রবদি নিপা পোকই অঙাংদু মীনুংশি য়াওগন্দে। ৯ নি শুবদা গর্ভ ওইপ্রবদি নুপী পোকই অঙাংদু মপুক্সি শাংবী লন চেনবী ওই।

১০ নি শুবদা গর্ভ ওইপ্রবদি নিপা পোকই পোকলিবা অঙাংদু লন চেল্লি হৈ শিংদুনা মবৈবাক নুংশিবা লৈবাক্লা মশক খঙবা মীতা ওই।

১১ নি শুবদা গর্ভ ওইবগা নুপী পোকই, পোকলিবা অঙাং অদু ধর্ম্ম চেল্লি অসুম্বা চৎপী, শাগৈ, চাউখৎহল্লি, সতি ওইবগী গুণ চেল্লি মচানিপা পোকই। ১২ নি শুবদা গর্ভ ওইরগা নিপা পোকই, পোকলিবা অঙাংদু মহে মশিং হৈগল্লি লৈবাক্তা মশক খঙবা মতৌ ওই। ১৩ নি শুবদা গর্ভ ওইগ্রবদি নুপী পোকই, পোকলিবা অঙাংদু অফবনি শাগৈবু শেমগৎপী ধর্ম্ম লৈবী মীনা শোয়বা মীতাসু ওই। ১৪ নি শুবদা গর্ভ ওইখ্রবদি নিপা পোকই, অঙাংদু লন চেল্লী মীনা মশক খঙবা মীতা ওই। ১৫ নি শুবদা গর্ভ ওইবদি অঙাংদু অচৌ- অশাং লৈবাক্তা মশক খঙবা মীতা ওই। ১৬ নি শুবদা গর্ভ ওইগ্রবদি নুপা পোকই অঙাংদু ধর্ম্ম লৈ, মীনুংশি চেল্লি অচুম্বা চৎপা ব্রাহে ব্রাতা খংবা মীতা ওই। সাইন্টিফিক ওইবা লিচৎলোননি।

*৪৩ শুবা পারা*

# নুংশিবগী খুদোল

ব্রাহৌদোক

অহানবদা ঐগী যীশু খৃষ্টগী অফবা ব্রাপাউদা থুক্সৎচরিবা খৃষ্টীয়ান অমনি

ক) মরমদি ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা লোম্বা নাইদবা খুদোল অহুম খঙহনবীবদু খুদোল ফোঙদোকচগে

১) ঈশ্বরনা ঐখোয়দা লেম্না পীবীরিবা ঈশিং, ২) ঈশ্বরনা লেম্না পীবীরিবা নুংশিৎ অমদি ৩) মঙাল। অহুম অসি ঈশ্বরনা মীওইবদা লেম্না পীবীরিবা খুদোলশিংসি ঐনা থম্মোয় শোক্লা পামজদে হায়দুনা ঈশিং থকচরোই হায়রবদি শিবা নত্তনা তোংজবা লৈতে। নুংশিৎ লৈতবা মফমদা লৈজগে হায়দুনা উপু মনুংদা লৈববদি শিবা নত্তনা তোংজবা লৈতে। মঙাল লৈতবা মফমদা লৈরোম্নুংদা লৈজগে হারবদি নহাক্কী শিজবা

নত্তনা নহাক্কী তোংজবা লৈরোই। ঈশ্বরনা লেম্না পীবীরিবা খুদোল অহুমসি শেল তিংদুনা পৈশা পীবগী দরকারসু লৈতে। অদুগা হায়রিবা অহুমসিগীদমক মতম মাঙনা শেল তাল্লুবগীদরকারসু ওইদ্রে। ঈশ্বরনা মালেম শেম্বীদুনা মখল-মথা, তুরেল, সমুদ্রা, মঙাল, নুংশিৎ লেম্না পীরবা ঈশ্বরগী খুদোলনি।

খ) মীওইবা লৌশিং লৈববা সাকোলোজিশিংনা অসুম্না হায়, মীওইবদা ব্রাখল য়ামদ্রবদা ১০০ দগীনা ২০০০ ফাওবা খল্লি হায়নৈ। মদুগী মনুংদগী ফত্তবা অমখক্তি ওইববদি চহি অমদা ৩৬৫ ফত্তবা খল্লি। মীওইবা অসিনা চহি ৭০ পুন্সিবা ওইববদি ফত্তবদু ২৫,৫৫০ খল্লি। ফত্তবা হায়বসি পাপনি হায়নৈ, পাপ কবম্না কোক্কনি অমসুং কনানা কোকপীগনি হায়বসি অচুম্বা? অশেংবা বাইবলনা অসুম্না হায়, রোমিও ৩:২৩ দা মী পুম্নমক পাপ চেল্লে, ঐগী নুংশিববা মকপ, মী পুম্নমক পাপ চেল্লে হায়বসি নহাক য়ানিংব্রা? রোমিও ৩:২০ দা ব্রায়েল যাথংগী থবক্না ইবুংঙো নহাক্কী মীৎযেংদা চুমহনবীরোই, মরমদি ব্রায়েল যাথংগী মপান্না পাপ খঙলকই। ঈশ্বরগী ব্রাহৈ ঈব্রী ১১:৩ দা ঈশ্বরগী ব্রাহৈনা তাইবঙপানববু শেম্লে। অদুনা উবিবা পোৎ অদু উবা ঙম্বা পোৎতগী ওইবকপা নত্তে হায়বা থাজবনা ঐখোয়না খঙই। মরম অদুনা ঈশ্বরনা নুংদি নুংশি পাপ্তি তুক্কচৈ হায়। মৈহৌবোন ১:২৭ দা মীওইববু ইবুংঙোদী মীতম লৌবদুনা শেম্বীখি। ঈশ্বরগী অশেংবদা, অচুম্বদা ধর্ম্ম চেনবদা, অফবদা, পাঙ্গলদা, তৌবা ঙম্বদা, খঙবা ঙম্বদা, ঈশ্বরগী হায়বা ইন্দবদগী পাপ চেনখি, হায়বা ইন্দবগী পাপ্তা তাখি হায়বনি। ঈশ্বরনা তাইবং মী ঐখোয়দা লেংলি-পাল্লিবা জীব, অচৎ-চৎত, থা-থব্রানমীচাক পুম্নমক্কী মথক্তা তাইবঙ নখোয়না পানবা ওইয়ু হায়না বোর পীবীখিবদু হায়বা ইন্দবদগী শিরাপ্তা ওন্থোকখিবদগী লৈখা তাখিবনি। ঈশ্বরগী মতীক মঙান্দগী মখোয় শোখে। মী অমত্তনা নোংমদা অফবা কয়ামরক্কম তৌরগসু নোংমদা পাপ অমা তৌরবদি চহি ৭০ দা পাপ ২৫,৫৫০ তৌই। পাপ কোক্লবা লাই খুরুম্মী, চেন-চোংদুনা তির্থ-লাইশঙ কৎচদুনা অফবা থবক

কয়া তৌরগা পাপ কোক্নবা হৈকৎ-লৈকৎ তমদুনা, অফবা ওঝা ওইরগা, অফবা পাউতাক পীরগা, লৌশিং দান তৌজরগা ফত্তবা পাপ কোক্নবা হোৎনৈ। অদুবু মীওইবনা অসুম্না হায়নৈ, ককচেংনা মীওইবদা অফবা থবক উৎপা ওইথোক্তে হায়নৈ। মীওইবনসু ঈশ্বরবু অফবা থবক্না পেলহনবা ওইথোক্তে। মীওইবনা অফবা থবক তৌবা ঙমদবসি পাপ চেনবগী মরম্নি। রোমিও ৬:২৩ দা পাপকী অতৌমলদি শিবনি হায়, হিব্রীও ৯:২৭ দা তাইবঙ মীনাং অমুক শিবা, শিরবা মতুংদা ব্রায়েনগদবা থোক্কদবা অবেপ্পনি হায়। ব্রায়েনবা হায়বসি ঈশ্বরগী ব্রাহৈদগী ওইসনু হায়দুনা শেগ্গীখিবা অতিয়া অমসুং মালেম, জীব, লেংলি পাল্লিবা জীবশিং শীজিন্নদুনা স্বর্গ অমসুং নবক, ঈশ্বরগী লীক্রম খঙদুনা ঈশ্বর নীংলবদি স্বর্গদা চৎকনি। লাইনীংবা অমদি ঈশ্বব থাজদবা মীদা ব্রায়েনবা শোয়দবনি হায়বসি অবেপ্পনি। য়াসাইয়াগী লাইবিক ৬৬:২৪ দা ঈশ্বরগী মায়োক্তা লেপ্লিবশিংনা শিদুনা তাবিবদু মখোয়না থোক্নকলগা য়েংগনি, মৈগী পাৎ মনুংদা মখোয়গী মশা অদু চাবিবা তিনশিংদু শিরোই। তাইবংসিদা লৈরিবা মীশিংনা মখোয়বু য়েংদুনা য়াম্না তুক্কচগনি। শিরবা মতুংদা ব্রায়েনবা থোক্কদবা অনিশুবা শিবা লোম্বা নাইদবা শিবা থোক্কদবা অরেপ্পনি। লোম্বা নাইদবা শিবা থোক্কদবা হায়বসি লাইবিক অসিনা ময়েক শেংনা তাক্লি। পাপ হায়বসি কদায়দগী লোইনবকপনো? ঈশ্বরগী হায়বা ইন্দবা(ক) হাইবা ইন্দবা মতম হাযবদো মরাল লৈবা মতম হায়নৈ, (খ) মবাল লৈ[illegible] মতম হায়বসি মীওইবনা লৈখা তারবা, ঈশ্বরনা দন্দি পীবা মতম,(গ) ব্রায়েনবা মতম,(ঘ) থৌজালগী মতম। মমাঙঙৈদা ঈশ্ববগী হায়বা ইন্দনা পাপ তৌবকপদগী ইপা-ইপুশিংনা পাপ্তগী পোকপনিনা, পাপী ওইরকখিবনি। হৈনৌ মরু থাবগা হৈনৌ হৌই, থৈবোং থাবগা হৈবোং হৌবগুম্না পাপী ওইবকখিবনি। মতমদুবু মরাল লৈবা যুগ হায়না খঙনৈ। ঈশ্বরনদি পাপ্তবু য়াম্না তুক্কৎচৈ অদুবু মীওইববুদি য়াম্না নুংশি। মমাঙঙৈদা বি:সি: ২০০০ দা নোহাগা মতমদা পাপ চেনবগী থবকশিংদু য়েংনিংলক্তবদগী ঈশ্বরনা তাইবঙপান্দা য়েংলকপদা নোহাগী ইমুং, মহাক্কী মচানুপা অহুম, মমৌ

অহুম থক্তদি ধর্ম্ম চেনবা ওইনা উবিখি। পৃথিবীদা লৈরিবা মীয়ামশিংদো লীচৎ নাইদবা মী ওইবগী মরম্না মাংহন্নিংলে।

নোহা, নহাক্না শাইপ্রাস উনা হি শাউ, কেক্রুনা মেল্লু, খুদুপ ৩০০ শাংবা খুদুপ ৫০ পাকপা, খুদুপ ৩০ ৱাংগদবনি। নোহা ঈশ্বরনা থগুহনবা নুমিৎতুদগী হি শাবা হৌখি। মীয়াম পূম্নমক্তা ঈশ্বরনা ঈশিঙ-ঈচাও নংহন্দুনা মী পুম্নমক মাঙহন্দৌরে মরম অদুনা নখোয় ঈশিং-ঈচাউদগী কঞ্জনবা হি শারো হায়দুনা মতম খূদিংদা হায়জরগসু নোহাগী ৱাহৈশিংদু থৌ শাবিদে। নোহা অঙাওবনি, নোং তাদবা মতমসিদা নোং তাগনি হায়বসি মহাক্না হি শাবসি য়াওবগা পৈশা লৌথোকখি। হি শাবদু চহি ৪০ চঙখি। নোংমদি নোং চুবা হৌরকপ্রবদুদা মীয়াম্না হায়নবকপ্রে। লুহোংদুনা, লাই হরাউদুনা লৈবমবশিংদু মপান থোকপা ফাওবা ঙম্নদ্রে। অদুবু মালেম চেকখাইদুনা ইফূৎ থোবকপ্রে। ঈশ্বরনা হায়বগী মতুং ইন্না ঈশ্বরনা শেমগ্রবা জিব পূম্নমক হাপচিন্দুনা থোঙ লোনপ্রে।

মতম অদুদা মতৈ-মনাও ঈবোইবগা লাকখি, অদুবু ঈশ্বরনা থোঙ লোনপ্রে। নোহানা হায়রিবশিংদু থাজখিদবদগী অতৈ পুম্নমক্তু শিখি, মতমদু ৱায়েনগী যূগ হায়না থগনৈ।

*৪৪ শুবা পারা*

## মীওইবসি পাপ্তা পুমশি শিরে। পাপ হায়বসি কদায়দগী হৌরকপনো?

মীহৌবোন ২: ৫-১৪ মপু ইবুঙো লৈশেম্বা মপুনা কোইবৌ মালেমসি শেম্বীবা মতমদা নুং, লৈঙোই, লৈবমগনি মালেমসিদা মপু ইবুংঙোনা মহে মরোং অমদি, উহে, ৱাহৈগী পাম্বীশিং লৈবমদে। মরমদি লাইজা ঈশিং খিকপিবমদে। অদুবু মালেমসিদগী লৈচিন ফাওরক্তুনা অদুগা মালেমসিবু খোয়গাইদুনা মহে মবোং চানবা তাইবঙ মীসু লৈরমদে মতুংদা

লৈচিন থোকহনদুনা মালেমসিগী উফুল্লক্তুগী মী অমা শেমবিরে। মীদুগী মনাতোন্দা মপু ইবুংঙোনা পুন্সিগী থৱায় য়াইবিরেন কামশিনবিথি মতৌ অসুম্না হায়রিবা নুপা অদু অহিংবা মী ওইথি মপু ইবুংঙোনা মহাক্কী মপাং মঙত্রবদা শেম্বীত্রবা নুপাদু চুমহল্লগা ওয়থংবা নকন্দগী শক্তনা নুপী এবি কৌথি। নুপাদগী নুপী থোকখি। মপু ইবুংঙো মখোয় অনিবু নোং হাল্লম পাংবদা এদেন কৌবা ঈংখোল অমা শেমবিথি। মপু ইবুংঙোনা শেমবিথিবা মী অদু মফমদুদা লৈহনখি। মালেম লৈমায়দগী উপাল-ৱাপালশিংনচিংবা উহে ৱাহে মহে -মরোংনচিংবা চিক্লাক ওইনা শীজিন্নবা পূমমক য়াওরম্মি। ইবুংঙোনা ঈংখোনদুগী ময়াইমক্তুদা পুন্সিগী হিংমনবগী উপাল অমা থারম্মি। হায়রিবা উপাল অসে অফ-ফৎতা খঙন্নবা ওইরম্মি। ঈংখোন্দু ঈশিং চাইন্নবগীদমক তুরেন অমা চেলহল্লম্মি খরা হেন্দোক্লগা তুরেলসি মরি থোক্লা থায়রম্মি পিশোন কৌবা তুরেল অমা সনা য়াম্না থোকপা মফম, বাহিলা কৌবা অদুনা কোয়শিন্দুনা লৈরম্মি। হায়রিবা লমসিগী সনা অদু য়াম্না ফরম্মি। অসিতসু নৎতনা অগোরনচিংবা মনম নুংশিবা অমদি মণি মুক্তা ফংলম্মি। অনীসুবা মশাদুগী তুরেনদো গেহোন কৌই, মসিনা কুশকী লম থুংনা চেল্লী। অহুমশুবা মশা অদুনা তাইগ্রিস কৌই। মরিশুবা মশা অদুনা ইউফ্রেৎসি কৌই। মপু ইবুংঙোনা জীবশিংগী মরমনুংদা লিন হায়বসে লৌথিবা খোইদগী হেল্লম্মি লিনদুনা নুপীদুদা থেমলম্মি মপু ইবুংঙোনা অফ-ফত্তা খঙননবা উহেদো চারবদি শোয়দনা শিগনি, হায়বদো করিসু শিরোই হায়রম্মি। লিন্দুনা নুপীদুদা হায়রম্মি পাম্বী অদুগী মহেদো চাও শুকশি শিরোই, লিন্দুনা নুপীদা হায়রম্মি। পাম্বীদুগী মহেদো হেক চাবগা নমীৎ পাঙথোক্লনি অদুগা অফ-ফত্ত অনীমক খঙদুনা মপু ইবুংঙোগা মান্নরক্লনি। নুপীদুনা হেক্তুনা চারম্মি নুপীদুনা নুপাদুদসু পীরম্মি, নুপিদুনসু চাথি। মখোয় অনীগী মমিৎ পাগকী মিৎয়েং হাংদোকখি। পাগকী মিৎয়েং লাক্তনা ফি শেৎতে খঙলকপ্রে হৈবোং মনানা ফিজেৎ ওইদুনা শেৎলম্মি। হায়বা ইন্দবদগী শিবা য়াবা পাপ্না তারে। মপু ইবুংঙোনা নুপীদুদা হায়, নঙনা তৌরিবসি করিনো লিন্দুনা নমথাক তৌরকপদগী ঐনা

চারুবনে। হায়বা ইন্দবগী পাপ্তা শিবা মী ওইরক্রে মসিবু হায়নৈ পাপ্তা পুশি শিরে মসি পাপকী হৌরকফমনি। নুপী নঙনা অঙাং পোকপা মতমদা নাওয়েক খাংবা ওইজরো লিন নঙনা নবূক্তা শিৎতুনা উফূল লেক্তুনা হিংজরো নখোয় অনীগী মরক্তা য়েক্লা তিংখং থনম্লগে। মীওইবনা লিন নঙবু উবদা নকোক থুগাইদ্রিবা ফাওবা পেন্দসনু নুপা নঙনা নরাইবক্তগী হুমাং তাদুনা হিংনবা শূ- নোমজরো।

২। পাপ চেনবগী মবম্লা শিবা থাংথরেঃ

মতমদুগী তুংদা চহিচা কয়া লৈরগা মপু ইবুংঙোগী মচাশিংগা তাইবং মীগী মচাশিংবু নীংথিজে হায়না অপাম্বা খন্দুনা লৌখিবদগী চহি চাম্মাপন হুমফু মাপন পুন্সিরম্বদো অমসুং লাইশিংগা য়ানশিন্নবগা পোকপা মচা লৈবকপদগী মপু ইবুংঙোনা হৌজিক্তগীদি চহি ১২০ খক্তমক পুন্সিবসনু হায়না শিবাপ পীবিখি। মপু ইবুংঙোনা মী হাযবা জাতিসি কবিগী শারুরিবনো হায়বসে খল্লুবদা য়াম্না নীংবা কায়রম্মি। মতম খরা লৈবগা মীশিংসি থিঙমদনা হেনগৎখি। তাইবঙপান শিনবা থুংনা যেংলকপদা ঈশ্বরনা নোহাগী ইমুং-মনুং খক্তা অশেংবা ওইনা উখি। নোহাদা স্বর্গদুতনা হাযবম্মি মালেম শিনবা থুংনা ঈশিং চাউহল্লগনি। নঙনা হি শাবো নঙনসু ঈচাওদগী কনজনবা মী অতৈদা হি শাবো হায়না পৃথিবীদা লৈবা জীব লাবা অমোম অনী-অনী হাপচিন্নবা ঈশ্বরনা য়াথং পীবম্মি। নোহানসু জীব খূদিংমক হাপচল্লম্মি। ঈশিং চাওখৎপা মতমদো বি.সি. ২০০০ মতমদনি মতমদুবু ব্রায়েল যুগ হাযনা খঙনৈ, মদুগী মতুং খরা লৈরগা ববেলগী যূম অরাংবা পৃথিবীদা বেকোর্ড ওইদুনা লৈরিবনি মবম অদুনা পৃথিবীদা লোন অমখক্তা লৈরম্মি অদুবু ঈশ্বরগী হায়বা ইন্দবদগী লোন চায়েৎনখিবা মতমদু বি সি ১৮০০ অদুব্রাইনী হায়নৈ মতুং খরা লৈরগা ইস্রয়েল জাতিসি পাপকী মবমনা লৈখা তাবকপদগী ইরাক্তী নিংথৌ নেবুখানেজারনা লান্দদুনা ইস্রয়েলবু লানফা ওইনা পুখিবা লোই চনখিবা মতমদো বসে লোন এম্পিয়ার হায়নৈ নেবুখানেজারনা ঈশ্বরবু খঙনা-খঙনা ঈশ্বরগী মতিক

মগুণ থাগৎতবদগী ঈশ্বরগী অশাউবগী মিংয়েংদা বোরা শেৎলগা লৈখা তাখি ইতিহাসনা শাখিনি। মতম খরা লৈরগা পারসিয়না লান্দাদুনা লোই চনখি মতমদো পারসিয়া এম্পিয়ার হায়না খঙনৈ। পারসিয়ানা পাল্লম্মি পারাসিয়স্ নাপল তৌরকপদগী গ্রীক্লা লান্দাদুনা লোই চনখি মতমদো গ্রীক এম্পিয়ার হায়নৈ গ্রীক এম্পিয়ারগী মথক্তা রোমনা লান্দাদুনা জয় তৌখিবা মতমদো রোম এম্পিয়ার হায়না খঙনৈ ১৬৭ দনি মতমদুদগী হৌরগা রোম সরকারনা পানবা হৌখি। মতমদুদা যীশু খৃষ্ট পোক্লবা তুং ফাওবা রোম সরকারনা পানখি, যীশুগী এম্পিয়ারগী মতমদদি হৌজিক্কী তাইবঙপান লোইরগা লাক্বদবা তাইবঙপানদু ফাওবা যীশুগী এম্পিয়ারগী মতমনি।

৩। মমাঙদা থমজখিবা মীরোনশিংসিদা ধৰ্ম্ম চেনবা মেরিগী গর্ভদা ঈশ্বরনা শায়োনখিবা অমসুং ফোঙদোকখিবদু অচুম্বনি যীশুনা ক্রোসতা পৃথিবীদা লৈরিবা মী পূম্নমক্কীনি হায় বাইবলনা হায়বিবসি অচুম্বনি। মবম অদুনা সধুপোননা অসুম্না হায় পোপ্না ঈদা মীওইবদা চুশিনখিবগী মবম্না শিবা থংথরে ব্রায়েল য়াংথংনসু সিরপতা তাহল্লে হায়বদি ব্রায়েল য়াথং ইন্দবা মী মখৈ সিরাপকী মখা পোনবনি।

বোমীয়ন ৭:১১-২০ পাপনা খুদোং চাবা ফংদুনা, য়াথংগী মপান্না ঐবু নমথাক তৌরে, অদুগা মসিগী মপান্না ঐবু হাৎলে। মরম অদুনা ব্রায়েল য়াথং অদুদি শেংই, অমসুং য়াথং অদু শেংসু শেংই, ধৰ্ম্মসু চেল্লি, অমসুং ফসু ফৈ। মদুনদি অফবা অদুনা ঐঙোন্দা শিনবা ওইরকপ্রা ? মদু খক ওইদসনু। অদুদি পাপনি হায়না উৎননবা, অফবা অদুগী মপান্না ঐঙোন্দা শিনবা থবক তৌদুনা ঐঙোন্দা শিনবা ওইবক্লে: অসি য়াথংগী মপান্না পাপনা থোইদোক হেন্দোক্লা পাপ চেনবা ওইরক্লবনি। মরমদি ব্রায়েল য়াথং অদুদি থরায়গী ওইবনি হায়বা ঐখোয়না খঙই; অদুবু ঐদি হকচাংগী ওইবনি অমসুং পাপকী মখা পোম্না য়োম্লেকপ্রবনি। মরমদি ঐনা তৌবিবা নত্তে, অদুবু ঐনা তুক্কচবা অদু ঐনা তৌই। তৌইগুম্বসুং ঐনা তৌনীংদবা অদু ঐনা তৌববদি, ব্রায়েল য়াথং অদু অফবনি হায়না ব্রায়েল যাথং অদুগা ঐনা

য়াম্মিন্নবনি। অদুনা মাদু তৌবা অদু হৌজিক অমুক ঐনা নত্তে, অদুবু ঐঙোন্দা লৈরিবা পাপনি। মরমদি ঐঙোন্দা হায়বদি ঐগী হকচাং মনুংদা, অফবা লৈত্তে হায়বা ঐনা খঙজে। মরমদি নীংবা অদু ঐগা লোয়ননা লৈ, অদুবু অফবা অদু তৌদে, অদুবু ঐনা তৌনীংদবদু ঐনা তৌরবদি, মদু তৌবা অদু অমুক ঐনা নত্তে, অদুবু ঐঙোন্দা লৈরিবা পাপনি।

যোহন ৩:১৬-১৭ মরম অদুনা ঈশ্বরনা তাসবঙপানববু অসুক নুংশিবিরে হায়বদি ইবুংঙো মহাক্কী অমত্তা ওায়বা মচানিপা অদু পীবিরে, অদুনা মচানিপা অদুবু থাজবা মী খুদিংনা লোম্বা নাইদনা হিংবা ফংননবনি। ঈশ্বরনা মচা নিপা অদুবু তাইবঙপানববু ব্রায়েন্নবা তাইবঙপান্দা থাবিবা নত্তে অদুবু ইবুংঙোগী মপান্না তাইবঙ পানববু কনবিননবনি। পৃথিবীদা লৈরিবা খৃষ্টান পুম্নমক্না যীশুনা নঙ ঐগী পাপকীদমক ক্রোস (উ কারন্দা) পাং তিংদুনা শিখি অমসুং বলিদান তৌখি। মরমদি শিবমদাইদা খুৎ অমনা পৃথিবীদা লৈবা মী পুম্নমক চিংশিন্নগা খুৎ নাম্মনা তাইবঙ শেম্বীবা মপু ইবুংঙোদু কৌরগা তায়নবিবগী ফক্লাং অদু মহাক্না তাইশিনবিখি। মসি খৃষ্টান ঐখোয়গী থাজবগী খুদোল কনাগুম্বনা যীশুবু থাজরবদি কনবিবা ফংগনি, হরাওবা ফংজরসনু।

রোমিও ১০:৯-১০ দা নঙনা নঙগী নচিন্না যীশুবু প্রভু নি হায়দোকচরগদি অমসুং অশিবশিংগী মরক্তগী ইবুংঙোবু ঈশ্বরনা হিঙৎপীরে হায়না নঙগী পুক্লিংদা থাজরগদি নঙবু কনবিগনি। মরমদি মীনা ধর্ম্ম চেনবা ফংননবা পুক্লিংনা থাজে, অরান-খুভম ফংননবা মচীন্না হায়দোকচে।

রোমিও ৮:১৫ দা মরমদি নখোয়না অমুক কিননবা মীনাই ওইবগী থব্রায় ফংবা নত্তে অদুবু য়োকচবা মচানিপা ওইননবা থব্রায় নখোয়না ফংলে। অদুনা নখোয়না ইপা হায়না কৌজে। ঈশ্বরদা ইপা হায়না কৌবা ফংদবসে খৃষ্টান খক্তনি হায়বসে ওাকপিগনু ঈশ্বরনা লোইনবিসনু।

ব্রাহং পাপ্তা পুম্নমকসি শিরে হায়বসি ব্রাহং লৈব্রা?

*৪৫ শুবা পরা*

# ক্রোসকী পাঙ্গল

১ কোরিন্থস ১ :১৮-২৫ মরমদি ক্রোসকী ৱা অসি মাঙলিবশিংদদি অপঙবনি, অদুবু কনবীরিবা ঐখোয়দদি ঈশ্বরগী পাঙ্গলনি। মরমদি মসি ইগ্রবনি, ঐনা অশিংবশিংগী লৌশিং অদু মাঙহনগনি, অদুগা খনবা হৈবশিংগী ৱাখল অদু ঐনা করিসু নত্তবা ওইহনগনি।

অশিংবা মী কদায়দা লৈবগে.? শাস্ত্রগী ওঝা কদায়দা লৈবগে? তাইবঙপানবা অসিগী মরৈ য়েংনব হৈবা মী কদায়দা লৈবগে? তাইবঙপানবগী লৌশিং অদু ঈশ্বরনা পঙহনবা নৎত্রা ? মরমদি ঈশ্বরগী লৌশিংদা তাইবঙপানবনা মখোয়গী লৌশিংগী মপান্না ঈশ্বরু খঙলমদবা মরম্না অফবা ৱাপাউ শন্দোকপগী অপঙবা থবক অদুগী মপান্না থাজবশিংবু কনবীনবা ঈশ্বরনা ফৈ হায়না নিঙলে। মরমদি যিহূদিশিংনা খুদম থি অদুগা গ্রীকশিংনা লৌশিং; তৌইগুম্বসুং ঐখোয়দি ক্রোসতা হাৎত্রবা খৃষ্টবু শন্দোকই; ক্রোসতা হাৎত্রবা খৃষ্ট অসি যিহূদিশিংদা খুদি থীনফম অমসুং অতোপ্পা জাৎশিংদা অপঙবা ওই; অদুবু কৌবীরবা যিহূদিশিংদসু গ্রীকশিংদসু খৃষ্ট অসি ঈশ্বরগী পাঙ্গল অমসুং ঈশ্বরগী লৌশিং ওই। মরমদি ঈশ্বরগী অপঙবা অদুনা মীশিংদগী হেন্না শিংই, অদুগা ঈশ্বরগী অশোনবা অদুনা মীশিংদগী হেন্না কল্লি। যীশু খৃষ্টনা ক্রোসতা শিদ্রিঙৈদা অফবা ৱাপাউ শন্দোক্রম্মী। যোহান ৪:৯-২৯ ঈশ্বর ওইবগী গুণ অদু ফোংবা হৌখি, সমরিয়াগী নুপীদুদা ইবুংঙোনা ঈশিং থক্লবা পিবিয়ু হায়বা মতমদা নুপীদুনা হায়, নহাক্তি যিহূদি মী ওইরগা সমরিয়া নুপী ওইবী ঐঙোন্দগী করম্না থক্লবা ঈশিং নিরিবগে ? (মরমদি যিহূদিশিংনা সমরিয়াশিংগা শম্ন দে।) যীশুনা মঙোন্দা খুম্লকই, নঙনা ঈশ্বরগী খুদোল অদু অমসুং ঐঙোন্দা থক্লবা ঈশিং পীবিয়ু হায়না নঙোন্দা হায়বা অদু কনানো খঙলম্লবদি, নঙনা মঙোন্দগী নিরমগদবনি, অদুগা মহাক্না নঙোন্দা অহিংবা

ঈশিং পীবিরমগদবনি। নুপী অদুনা ইবুংঙোদা হায়, ইবুংঙো, নহাক্কী ঈশিং শোক্লনবা করিসু লৈতে, গুহাসু লৈ; অদুনদি অহিংবা ঈশিং অদু নহাক্না কদায়দগী ফংলবগে ? ঐখোয়গী অপোকপা যাকোবতগী নহাক্না হেন্না চাউব্রা? মহাক্না গুহা অসি ঐখোয়দা পীবিরম্রে, অদুগা মশানসু, মহাক্কী মচাশিংনসু, মহাক্কী শা-ষণসু মসিদগী থক্লে। যীশুনা মঙোন্দা খুম্লকই, ঈশিং অসি থকপা মী খুদীংনা অমুক খৌরাংগনি। অদুবু ঐনা পীগদবা ঈশিং অদু অথক অথকপা মথেনা থক খৌরাংলরোই; তৌইগুম্বসু ঐনা পীগদবা ঈশিং অদু লোম্বা নাইদনা হিংনবগীদমক থোক্লকপা ঈশিংগী ঈফুৎ মঙোন্দা ওইরক্কনি। নুপী অদুনা ইবুংঙোদা হায়, ইবুংঙো, ঐনা খৌরাংদনবা অমসুং ঈশিং শোক্লবা অসি তাম্না লাক্তনবা, ঐঙোন্দা ঈশিং অসি পীবিয়ু। যীশুনা মঙোন্দা হায়, চৎলু, নঙগী নপুরোয়বা অসিদা কৌরকউ। নুপী অদুনা ইবুংঙোদা খুম্লকই, ঐগী ইপুরোয়বা লৈজদে হায়বা নঙনা ফজনা হায়রে; মরমদি নঙগী নপুরোয়বা মঙা শুরে, অমসুং হৌজিক নঙগী লৈরিবা অদু নঙগী নপুরোয়বা নত্তে; নঙনা হায়বা অসি অচুম্বনি। নুপী অদুনা ইবুংঙোদা হায়, ইবুংঙো, নহাক্তি ঈশ্বরগী ব্রা তাকথোকপা অমনি হায়বা ঐনা উই। ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংনা চিঙ অসিদা ঈশ্বরবু খুরুমজরে; অদুগা নখোয়নদি হায়, খুরুমজগদবা মফম অদুদি যেরুসালেমদনি। যীশুনা মঙোন্দা হায়, ঐবু থাজৌ, হে নুপী, নুপা অদুবু চীং অসিদসু যেরুসালেমদসু নখোয়না খুরুমজবোইদবা পুংফম অদু লাক্নি। নখোয়না খঙদবা অদু খুরুম্মী; ঐখোয়নদি খঙবা অদু খুরুম্মী, মরমদি যীহূদিশিংদগী অনান থুভম শুই। তৌইগুম্বসু অচুম্বা খুরুম্বশিংনা মপা অদুবু থব্রায়দা অমসুং অচুম্বদা খুরুমজগদবা পুংফম অদু লাকসু লাক্নি, হৌজিকসু ওইরি। মরমদি মপা অদুনা ইবুংঙো মহাকপু খুরুমজবশিং অসিগুম্ববু থিরি। ঈশ্বরদি থব্রায়নি, অদুগা ইবুংঙোদি মহাকপু খুরুমজবশিং অদুনা থব্রায়দা অমসুং অচুম্বদা খুরুমজবা তারে। নুপী অদুনা ইবুংঙোদা হায়, মশীহ (খৃষ্ট হায়না কৌবা অদু) লেঙলক্কনি হায়না ঐনা খঙই; ইবুংঙোনা লেঙলকপা মতমদা ঐখোয়দা পূম্নমক খঙহনবীগনি। যীশুনা মঙোন্দা হায়, নঙোন্দা ব্রা ঙাঙলিবা ঐমক মহাক্নি।

মতম অসিদা ইবুংঙোগী সেবোকশিং লাক্লে। অদুগা ইবুংঙোনা নুপীগা ব্রা ভাঙনবা অদুদা মখোয়না ঙক্লম্মী; অদুম ওইনমক ইবুংঙোনা করি থিরিবগে, নৎত্রগা ইবুংঙোনা করিগী ব্রা ভাঙনরিবগে হায়না কনানসু হায়দে। মদুদা নুপী অদুনা মাগী ঈশিং পুল থনল্লগা খুল্লক্তা চৎখিদুন, মীশিংদা হায়, লাকউ, ঐনা তৌখি তৌখিবা পুম্নমক হায়বা মী য়েংলোবাও। মসি খৃষ্ট অদু ওইরমগদ্রা? মতম অদুদা মীগী নুপীশিংনা থৌনাফনা অচুম্বা অরান খুভমলোমদা ওক্তবী ওইববা ফাওবা অচুম্বা থিদুনা অমসুং ফোঙদোক্লুনা অবান খুভম ঙাইজবম্বা ঐখোয়না ব্রাহৈসিদগী খঙবা ঙম্মী। মমাঙঙৈদা মীতৈগী মাইচৌশিংনা অচুম্বনা জয় ওইগনি। ফিঙাং শেৎপনা জয ওইগনি। মালেম্মা পাবতিত ওইবগা সমুদ্রদগী ঈশিংনা থাউ ওইবগা মালেম মাঙখিনি হায়বম্বদু বাইবলনসু মালেমদি মৈগীদমক ঙসি ফাওবা থম্বনি হায়বসি অশেংবনি। যোহানা ৩:১৬ দা মদি ঈশ্বরনা তাইবঙপানববু অসুক নুংশিবীবে, হায়বদি ইবুংঙো মহাক্কী অমত্তা ঙাইরবা মচানুপা অদুবু পীখিবে অদুনা মচানুপা অদুবু থাজবা মী খুদিংনা মাঙদদুনা লোম্বা নাইদনা হিংবা ফংননবনি। মবমদি ঈশ্বরনা মচানুপা অদুবু তাইবংপানববু ব্রায়েন্ননবা তাইবঙপান্দা থাবীবা নত্তে, অদুবু ইবুংঙোগী মপান্না তাইবঙপানববু কনবীননবনি। যীশু খৃষ্টনা ক্রোসতা শিবিবসিনা ঈশ্বরগী নুংশি উৎপদুনি থৌজালগী খুদোলনি। যীশুনা ক্রোসত্তা শিবসি মখুৎ ওইনা পৃথিবীদা লৈরিবা মী পুম্নমক কৌশিল্লগা অনী পুনশিল্লগা মখুৎ য়েৎনা স্বর্গদা লৈবা মপু ইবুংঙো লৈশেম্ববু কৌশিল্লগা অনী অদুবু তাইনবীরগা ঐ লোইবে ইপাগী খুৎতা এলোই এলোইলমা শবক্তনি। ঐগী থব্রায় শিন্নজনে হায়রগা বলিদান কখোকখি। হুমিন্নশুবদা হিংগৎখি নুমিৎ নিফুনি লৈরগা স্বর্গদা কাখৎখি। যীশুগী ক্রোস অঙকপনি, ক্রোসকী মপান্না পৃথিবীদা লৈরিবপা জাতি লিশিং অনীগী মথক্তা বাইবলসু ফোঙক্রে অমসুং শন্দোকক্রে। মরম অদুনা মসিদা ঙকপা তৌবীগনু। ক্রোসকী মপান্না নৌনা পোকপা ফংজে। ক্রোসকী মপান্না পাপ কোকপা ফংজৈ, ক্রোসকী মপান্না থব্রায় অশেংবা ফংজৈ। ক্রোস হায়বসি নুংশি খুদোলনি। ক্রোস হায়বসি

থৌজাল ফংননবা লখীনি। ক্রোসকী মপান্না হিংবা অমসুং শিগদবা হকচাংবু যীশু স্বর্গদগী মহাক্কী মীশিংবু লৌবা লাকপা মতমদা শিগদবা হকচাংসু হিংহনবীগনি হায়বসি থাজবা য়াবনি অমসুং অচুম্বনি। ক্রোসকী মপান্না থোক্ক- থোক্কদবদু খণ্ডবা ফংজখি। ক্রোসকী মপান্না ঐগী মিংসি ঈশ্বরনা শেংহনবী।

রোমীয় ৮:৩১-৩৯ ঈশ্বরগী নুংশিবা মরমশিং অসিদা ঐখোয়না করি হায়গদগে ? ঈশ্বরনা ঐখোয়গীদমক ওইবীরিবদি, ঐখোয়বু য়েক্লগদবা কনানো ? ইবুংঙো মহামক্কী মচানুপাবু কনবীদদুনা ঐখোয় পূম্নমক্কীদমক পীখোকপীপা ইবুংঙো মহাক্না মচানুপা অদুগা য়াওনা পোৎ পূম্নমক ঐখোয়দা করম্না লেম্না পীবিরোইদগে ? ঈশ্বর খনগৎপশিংগী মথক্তা কনানা ব্রা হুনগদগে? চুমহনবীবা অদু ঈশ্বরনি। অবানবা তাহনগদবা অদু কনানো ? শিখিবা অদু খৃষ্ট যীশুনি অমসুং মদুদগী হেন্না অশিবশিংগী মবক্তগী হিংগৎপীরগা, ঈশ্বরগী য়েৎতা লৈদুনা ঐখোয়গীদমক ইবুংঙোনা ব্রাসু নোম্বীরি। খৃষ্টগী নুংশিবদগী ঐখোয়বু কনানা খাইনহনগদগে? পূক্লিং ওলাংবনবা, অৱা মৈচাক্করা, ওৎ- নৈবনবা, চাক তাঙবনবা, ফি লৈতবনরা, খুদোংথীবনরা, নৎত্রগা কবাকথাংনরো ? ইখিবা অসিগুম্বনি, ইবুংঙো নহাক্কী মবমগীদমক ঐখোয়বু নুমিৎ চুপ্পা হাৎলি; হাৎনবা য়াওশিংগুম ঐখোয়বু শীংথানবে। অদুম ওইনমকপু মরম অসি পূম্নমক্তা ঐখোয়বু নুংশিবীবা ইবুংঙোগী মপান্না ঐখোয়না ভম্বদগী হেন্না ভম্বনি। মরমদি ঐনা থাজে হায়বদি শিবনা ওইরবসু হিংবনা ওইরবসু, স্বর্গদুতশিংনা ওইরবসু, অঙম্বশিংনা ওইরবসু, ওইরিবনা ওইরবসু, ওইরক্কদবনা ওইরবসু, পাঙ্গনবশিংনা ওইরবসু, অৱাংবনা ওইরবসু, অক্রুবনা ওইববসু, কনাগুম্বা অতোপ্পা লেঙলি-পাল্লিবনা ওইরবসু, ঐখোয়গী খৃষ্ট যীশুদা লৈরিবা ঈশ্বরগী নুংশিবা অদুদগী ঐখোয়বু খায়দোকহনবা ঙম্নরোই। মরমশিং অসিদা ঙাকপা তৌবীগনু ঈশ্বরগী কৌবীবদা হৌজিক হৌজিক ফাওবদা ঈশ্বরগী থৌজালনা মীয়াম্বু ঈশ্বরনা ঙাইবীরি।

নৈনগদবা : ক্রোসকী পাঙ্গল।

*৪৬ শুবা পারা*

# অতম্না খন্দোকপীরে

যোহন ৩ : ১৬ দা মরমদি ঈশ্বরনা তাইবঙপানববু অসুক্কী মতীক নুংশিবীবে। হায়বদি ইবুঙো মহাক্কী অমতা ঙাইববা মচানিপা অদুবু পীবিবে। অদুনা মচানিপা অদুবু থাজবা মী খূদিংনা মাঙদদুনা লোম্বা নাইদবা হিংবা ফংননবনি।

এফিসা ১:৩-৬দা ঐখোয়গী প্রভু যীশু খৃষ্টগী ঈশ্ববসু মপাসু ওইবা ইবুংঙো মহাকপু থাগৎচবনি। ঐখোয়না ইবুঙো মহাক্কী মাঙদা নুংশিবদা অশেংবা অমসুং অমকপা লৈতবা ওইননবা।

তাইবংপান হৌদ্রিঙৈদা ঐখোয়বু খৃষ্টদা ইবুঙো মহাক্না খনগৎপীবগুম্না ইবুঙোদা স্বর্গদা মফম মফমদা থব্রায়গী ওইবা বোব পুন্নমক্না ঐখোযদা ইবুংঙো মহাক্না বোর পীবিবে। চানথোইববা ইবুংঙোদা, ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়দা লেম্না পীবিখ্রিবা ইবুঙো মহাক্কী থৌজালগী মতিক মঙাল থাগৎপা ওইননবা ইবুঙো মহাক্কী নীংবগী মতাং মতুং ইন্না। ইবুঙো মহাক্না মথন্তগীদমক যীশু খৃষ্টগী মপান্না ঐকোয়বু য়োকচবা মচা ওইননবা হান্না লাংবিবে।

যোহন ৫:১৬ দা নখোয়না ইবুংঙোবু খনবা নত্তে, অদুবু ঐনা নখোয়বু খল্লে, অদুগা নখোয়না চত্তুনা মহে পান্নবা ১সুং নখোয়না মহে অদু ইতৎতত্তনা লৈননবা নখোয়না ঐগী মিংদা ইপাগী মফমদা নিজ-নিজবা অদু ইবুঙো মহাক্না মদু নখোয়দা পীবিনবা ঐনা নখোযবু ফম হাপ্লে।

রোমীও ৮:৩১-৩৯ অদুনদি মফমশিং অসিদা ঐখোয়না কবি হায়গদগে ঈশ্বরনা ঐখোযগীদমক ওইবিববদি ঐখোয়বু য়েক্লগদবদা কনানো? ইবুংঙো মহাকমক্কী মচা নিপাবু কনবিদদুনা ঐখোয পুন্নমক্কীদমক পীথোকপিবা ইবুংঙো মহাক্না মচানিপা অদুগা য়াওনা পোৎ পূন্নমকসু ঐখোয়দা কবম্না লেপ্না পীবিবক্কদগে? ঈশ্বরনা খনগৎপশিংগী মথক্তা

কনানা ব্রা লুমগদগে ? চুমহনবিবু ঈশ্বরনি অব্রাবা তাহনগদবদু কনানো শিখিবদু খৃষ্ট যীশুনি অমসুং মদুদগী হেন্না অশিবশিংগী মরক্তগী হিংগৎপিবগা ঈশ্বরগী য়েক্তা লৈদুনা ঐখোযগীদমক ইবুংঙোনা ব্রাসু নোম্বীরি খৃষ্টগী নুংশিবদগী ঐখোয়বু কনানা খায়নাহনগদগে ? পূক্লিং ওলাংবনরা, অব্রা-মৈচাক্নরা, ওৎ- নৈবনরা, চাক-তাঙবনবা, ফি-লৈত্তবনরা, খুদোংথীবনবা, নৎত্রগা কবাকথাংনরা ইখিবা অসিগুম্বনি, ইবুংঙো মহাক্কী মরমগীদমক ঐখোয়বু নুমিৎ চুপ্পা ওৎনৈরি অরানবদা থৈজিল্লী হাৎলি, হাৎনবা য়াউগুম্না ঐখোয়বু শীংথানররী। অদুম ওইনমকপু মরম অসি পূম্নমক্তা ঐখোয়বু নুংশিবিবা ইবুংঙোগী মপান্না ঐখোয়না ঙম্বদগী হেন্না ঙম্বনি। মরমদি ঐনা থাজে হায়বদি, শিবনা ওইরবসু, হিংবনা ওইববসু, স্বর্গদূতশিংনা ওইববসু, অঙম্বশিংনা ওইরবসু, ওইরিবনা ওইরবসু, ওইবক্কদবনা ওইববসু, পাঙ্গনবশিংনা ওইববসু, অব্রাংবনা ওইরক্কদবসু ওইববসু, পাঙ্গনবশিংনা ওইববসু, অব্রাংবনা ওইরবসু, অকবনা ওইববসু, কনাগুম্বা লেংঙলি-পাল্লিবনা ওইরবসু, ঐখোয়গী প্রভু খৃষ্ট যীশুদা লৈবীবা ঈশ্বরগী নুংশিবা অদদগী ঐখোয়বু খাইদোকহনবা সুকঙম ঙম্নরোই।

বোমীও ৫:৬-১২ মবমদি ঐখোয শোল্লীঙৈমক্তদা অচাবা মতমদা খৃষ্টনা ঈশ্বব নিংদবশিংগীদমক পাপকীদমক শিবীবে মবমদি ধর্ম্মচেনবা মী অমগীদমক কনাগুম্বনা শিবিবা ফনা তাংই অদুমকপু অফবা মীগীদমক কনাগুম্বা অমনা শিবিবদি থৌনা কয়া মবোম ফাবা যাই। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না পাপ চেনবা মী ওইবিঙৈমক্তদা খৃষ্টনা ঐখোয়গীদমক্তা শিবিবা অদুদা ঈশ্বরনা ঐখোয় বোমদা ইবুংঙো মহাক্কী নুংশিবা উৎপিবে। মরম অদুনা অদুগী হেন্না ইবুংঙোগী ঈনা হৌজিক চামহনবিববনি। ইবুংঙোগী মপান্না ঐখোয়বু ঈশ্ববগী অশাউবদগী কনবিগনি। মবমদি ঐখোয়না য়েক্লবা ওইবিঙৈমক্তদা ইবুংঙো মহাক্কী মচানিপা শিবীবগী মপান্না ঐখোয়না ঈশ্বরদা তাইশিনবীববদি অমসুং তাইশিনবীববনিনা অমুক হেন্না ইবুংঙোগী হিংবনা ঐখোযবু কনবীগনি। অদুগা অসিতা নত্তে অদুবু ঐখোযগী প্রভু যীশু খৃষ্টগী মপান্না ঐখোয়না হবাওবসু লৈজবি, মবমদি ইবুংঙোগী মপান্না

ঐখোয়না হৌজিক স্বর্গদা চৎনবা লম্বীদু তাকপিবা তাইশিনবীদুনা চিংবীবদু ফংজরে। অমেন, অতম্বনা খন্দোকপিরে হায়বগী খঙবা লৈরবদি ব্রাহং হায়দোকমিন্নশি।

নৈনগদবা : অতপ্পানা খন্দোকপীরে ?

*৪৭ শুবা পারা*

## অনকন্দিসনেল ইলেক্সন
## (ফিভম য়েংদনা খনবিরে)

লায়রবা, অতোনবা জাতি, খোঙতেক-মীতাংবা, লাইরিক হৈতবা, খ্বাইদগী অশোনা, খ্বাইদগী অপঙবশিংদগী ফিভম য়েংদনা খনবিবে।

এফিসা ১:১১-১৪ দা মতম পুমশু-শুবগী শিন-লাংবা ফাওবা ইবুংঙোদা, ইবুংঙো মহাক্কী অপেনবা অদু পূক্লিং লেপ্পীরে। ইবুংঙো মহাক্কী নীংবগী ব্রাখল মতুংইন্না পূন্নমক তৌবিবা, ইবুংঙো মহাক্কী থৌবাং মতুংইন্না। খৃষ্টদা হান্না তবং-তবং খঙনা নিংলবা ঐখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী তৌবিবা মতিক মঙাল থাগৎপগীদমক ওইননবা ইবুংঙোদা ঐখোয়বু ঈশ্বরগী ফংফম থোকপা ওইহল্লে। ইবুংঙোদা ঐখোয়নসু অচুম্বা অদুগী ব্রা অদু হায়বদি নখোয়গী অব্রান-খুভমগী অপবা ব্রাপাউ অদু তাবদুনা ইবুংঙোদা থাসু থাজবদুনা ব্রালেপ্পগী থব্রাই অশেংবনা নখোযবু চুম নম্বীবে। ঈশ্বরগী মতীক মঙাল থাগৎপা ওইননবা ইবুংঙো মহাক্কী লল ওইননবা, হন্দোকপীবগী অদু ফাওবা থব্রায অশেংবনা নখোয়গী ফংফম থোকপগী ব্রারেপ শেনশুম্বনি।

১ যোহন ৪:১৩ দা ঐখোয়না ইবুংঙো মঙোন্দা ১সুং ইবুংঙো মহাক্না ঐখোযদা ইতৎ-তত্তনা লৈ হায়বা ঐখোযনা খঙই। মরমদি ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়দা ইবুংঙো মহাক্কী থব্রায়দগী খায়বিবে।

রোমিয় ৮:১৫-১৬, মবমদি নখোযনা অমুক কিননবা মীনাই ওইবগী থব্রায ফংবা নত্তে। অদুবু যোকচবা নচানিপা ওইবগী থব্রাগ নখোযনা ফংলে। অদুনা নখোযনা ইপা কৌজে। ঐখোন ঈশ্বরগী

মচাশিংনি হায়বা থব্রায় ইবুংঙো মহামক্না ঐখোয়গী থব্রায়গা শান্ধি পীবি। মরমদি ইবুংঙো মহাক্না হান্না খঙখিবা নখোয়বু ইবুংঙো মহাক্কী মচানিপাগী মওং মতৌগা মান্নবা হান্না লাংবিরে। মচানিপা অদুনা অয়াম্বদা মচীন-মনাওশিংদগী মরক্তা হান্না পোকপা মান্নবা হান্না লাংবিরে। মচানিপা অদুনা অয়াম্বা মচীন-মনাওশিংদগী মরক্তা হান্না পোকপা ওইননবনি।

এফিসাহ : ১-১০ : অমহিকসুং নখোয়গী অয়োন-অবান্দগী পাপকী মপান্না শিবম্বা মতমদা ইবুংঙো মহাক্না নখোয়বু থাজবগী মপান্না হিংহনবিবে। অসিশিংগী মনুংদা তাইবংপাল অসিগী লিচৎ মতুংইন্না অতিযাগী পাঙ্গলগী মপু হায়বদি হায়বা ইন্দবশিংগী মচাশিংদা হৌজিক থবক তৌবিবা থব্রায়গী মতুংইন্না নখোয়গী নবক্তা ঐখোয় পুম্নমক্কসু হকচাংগী অমসুং পূক্লিংগী অপাম অপাম্বা তৌদুনা হকচাংগী অপাইবদা মমাঙঙৈদা পাল্লম্মি, অদুগা অতৈশিংগা মান্নবা মহৌশানা অশাউবগী মচাশিং ওইবম্মী। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়বু ঈশ্বরনদি মপান নাইদনা নুংশি হৈবা ওইদুনা, ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়বু নুংশিবিবগী ইবুংঙো মহাক্কী অথোইবা মিনুংশি অদুগী মরম্না। ঐখোয়গী অয়োন-অবানগী মপান্না শিদুনা লৈবম্বা মতমদা ঐখোয়বুসু যীশু খৃষ্টগা লোয়ননা হিংগৎহনবীননবা থৌবাং তৌরিবসিদা থৌজালগী মপান্না কনবিননবা ঐখোয়না খঙদ্রিঙৈদা ঈশ্বরগী নুংশিবিবগী থৌজান্না ঐখোয়-নখোয়বু কনবিবে খঙবদা হরাওজে। ইবুংঙো যীশু খৃষ্টদা ঐখোয়বোমদা চানবিবা ইবুংঙো মহাক্কী থৌজানগী মপান নাইদবা লল অদু লাক্কদবা যুগ-যুগতা উৎপিননবা ইবুংঙোগা লোয়ননা ঐখোয়বু হিংগৎপিবদুনা যীশু খৃষ্টদা স্বর্গগী মফম মফমদা ঐখোয় ইবুংঙোগা ফম্মিন্নহল্লে। মরমদি থৌজান্না নখোযবু থাজবগী মপান্না কনবিবে। মী কনা অমৎতনা চাউথোক্তম্নবা থবক্তগী নত্তে। মনমদি ঈশ্বরনা হান্না লাওবিখ্রবা অফবা থবক্তা ঐখোয়না চৎননবা যীশু খৃষ্টদা শেম্বিখ্রনা ঐখোন ইবুংঙো মহাক্কী খৃৎফম ওইবে। ঈশ্বর বড পীবিসনু।

হিং : ফিভন লেঙদনা খননিনে; হাযবসি খঙবা লৈববদি [illegible] নিঙ্গাদি

*৪৮ শুবা পারা*

# প্রিজার্বেরেন্স ওফ সেন্স
## (ঈশ্বরনা পীখিবা থৌজাল লৌথোকপিদে):

১৩৫০ বি.সি. ইস্রয়েলগী মীশিং ঈশ্বরনা খনখি অমসুং ঈশ্বরনা পৃথিবীদা খন্দোকপা জাতিনি হায়না ইস্রয়েল হিষ্টরিনা ময়েক শেংনা ফোঙদোকপা লৈ অমসুং ইতিহাসনা শাক্ষিনি। মরম অদুনা ঐখোয়না খঙবা য়াবশিং খৃষ্ট্যানশিংগী পুন্সি য়াম্না চেকশিগদবা মবম ৩ লৈ। মদুদি (১) ঈশ্বরগী য়েক্লবা, (২) থব্রায়গী য়েক্লবা, (৩) মচানিপা ঈশ্বরগী য়েক্লবা ত্রিনিতিদা য়েক্লবা, ব্রাহৈদা খুদি থিদবদু য়াইফবনি হায়নৈ। পাউরৌ ৪:২৩ দা নখোয়না খনবা খুদিং চুন্মী চুমদে য়েংউ, নখোয়গী পুন্সিদো ব্রাখলনা ফহনবা নৎত্রগা ফৎহন্দবা ঙম্মী। যীশু খৃষ্টসি মীনা তিন শিংচনবি, মীনসু ফুবি। যীশুনা মীগী খোঙ হাম্বী, যীশু যীহুদি জাতি হায়বসি ইস্রয়েল জাতিনা যীশুবু ক্রোসতা হাৎকদবনি। মহাক্কী ঈদু ঐখোয়গী ইথক্তা তাজসনু হায়না তোইনা হায়জবদগী মরমনা ইস্রয়েলগী অরিবা জাতি ওইববসু যীশুবু ক্রোসতা হাৎপা পীথোকপগী মবম্না শিরাপ ফংখিবদগী ইন্দিয়ানা ইন্দিপেন্দিন্ট ফংলবা মতুংদা মখোয়সু ইন্দিপেন্দেন্ট ফংখিবনি। ঈশ্বরগী শিরাপ ফংলবা মীশিংনা চহি লীশাং শিংনা অৱাবা ফংখিবদু মীয়ামদা খঙহঞ্জবি। যীশু খৃষ্টদি ঐখোয়গী পাপকীদমক পেন্থোক্লা শিবসি খৃষ্টনগী পুন্সিদি পেন্থোকপা হৈবা মী ওইবা তারে।

পাউ শন্দোকপা ৫:৬ দা নচীম্না নঙবু পাপ্তা তাহনগনু অদুগা মপু ইবুংঙোগী দুতশিংগী মমাঙদা শোইখিগনি হায়গদবগী শরূকপুদি কবিমত্তা হায়দনা তুমিন্না লৈবনা হেন্না ফৈ। রোমিও পণ্ডুপ ৮:১-১৬ তা মরম অদুনা হৌজিক খৃষ্ট যীশুদা লৈবিবশিংদা অৱানবা তাবা লৈতে। (২) মবমদি খৃষ্ট যীশুদা লৈবা হিংবগী থব্রায় অদুগী ব্রায়েল য়াথং অদুনা ঐবু পাপকী ১ সুং শিবগী ব্রায়েল য়াথং অদুদগী ইনীং তমহল্লে। (৩) মবমদি হকচাংনা শোলহনবা ব্রায়েল য়াথংনা তৌবা ঙমদবা অদু ঈশ্বরনা ইবুংঙো মহাক্কী

মচানিপাবু পাপ চেনবা হকচাংগী মওং ওইনা অমসুং পাপকীদমক থাবিরক্তুনা হকচাংদা পাপ অদুবু অরানবা তাহল্লে। (৪) অদুনা হকচাংগী মতুংইন্না চৎপা নত্তনা থৱায়গী মতুংইন্না চৎপা ঐখোয়দা ৱায়েল য়াথং অদুনা হায়বা অদু থুংননবনি। (৫) হকচাংগী মতুংইনবশিংনা হকচাংগী ওইবদু নীংই, অদুবু থৱায়গী মতুংইনবশিংনা থৱায়গী ওইবদু নীংই। ৬) মরমদি হকচাংগী নীংবদো শিবনি। অদুবু থৱায়গী নীঙবা অদু হিংবা অমসুং ঈংথবনি। (৭) মরম অদুনা হকচাংগী নীঙবা অদুনা ঈশ্বরগী মথক্তা য়েক্ল বনি। মরমদি মদু ঈশ্বরগী ৱায়েল য়াথং অদুগী মখা পোন্দে। অদুগা পোনবসু ঙমদে। (৮) অমসুং হকচাংদা লৈরিবশিংনা ঈশ্বরবু পেলহনবা ঙমদে। (৯) তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরগী থৱায়না নখোয়দা লৈববদি নখোয়না হকচাংদা লৈবা নত্তে, থৱায়দা লৈবনি। অদুগা কনাগুম্বা মীদা খৃষ্টগী থৱায় লৈত্রবদি মহাক্তি ইবুংঙোগী ওইদে। (১০) অমসুং খৃষ্টনা নখোয়দা লৈববদি হকচাংদি পাপকী মরমনা শিবনি। অদুবু থৱায়দি ধৰ্ম্ম চেনবগী মরমনা হিংগনি। (১১) তৌইগুম্বসুং যীশুবু অশিবশিংগী মরক্তগী হিংগৎপীববা ইবুংঙো মহাক অদুগী থৱায় অদুনা লৈরবদি খৃষ্ট যীশুবু অশিবশিংগী মরক্তগী হিংগৎপীববা ইবুংঙো মহাক অদুনা ঐখোয়দা লৈরিবা ইবুংঙো মাহক্কী থৱায় অদুগী মপান্না নখোয়গী শিগদবা হকচাংদা হিংহনবিগনি। (১২) মদুনদি ইটীল-ইনাওশা ঐখোযনা হকচাংগী হিংননবা হকচাংদা লমন তোনবা নত্তে। (১৩) মরমদি নখোয়না হকচাংগী মতুংইয়া হিংলবদি নখোয় শিগদবনি। অদুবু থৱায়গী মপান্না নখোয়না হকচাংগী থবক অদু শিহল্লবদি নখোযনা হিংগনি। (১৪) মবমদি ঈশ্বরগী থৱায়না চিংবিবিবমথৈ ঈশ্বরগী মচাশিংনি। (১৫) মরমদি অমুক কিননবা মীনাই ওইবগী থৱায় ফংবা নত্তে, অদুবু য়োকচবা মচা ওইবগী থৱায় ফংলে মরম অদুনা ইপা হায়না কৌজে।

ৱাহং : ঈশ্বরনা পীখিবা থৌজাল লৌথোকপিদে হায়বসি খঙবা লৈববদি হায়দোকমিন্নসি।

৪৯ শুবা পারা

# ইনভিজিবল পেলেস

## (থাজবশিংবু ঈশ্বরনা খঙবিরে)

অহানবা নিংথৌরোল ১৯:৫ দা য়াংগ্রেং পাম্বীগী মথাদা প্রার্থনা তৌজরগা নুংদা মোন থাংদুনা তূমখি। লৈশেম্বা মপুনা স্বর্গ দূত অমা থারক্লুনা লৈশেম্বা মপু ইবুংঙো মশা শোক্রদুনা হায়বকই, হৌগৎলু এলাইজা চাক চাবো। (৬) মহাক্না হৌগৎলগা য়েংলকপা মতমদা অকোক্রোমদা নুংদা হৌবা তলগা অমা ঈশিংগা লৈরম্বা থেংনখি। মদু চারগা ঈশিং থক্লগা অমুক হন্না তূন্নম্মী। (৭) মপু ইবুংঙোগী দূতনা অমুক্কা হন্না মহাকপু হৌদোক্লমদুনা হায়রকই, হৌগৎলগা খরদি চাও নৎত্রবদি নঙনা চৎপা মতমদা য়াম্না ব্রাগনি। (৮) এলাইজানা হৌগৎলগা তল চাখি, ঈশিংসু থকখি। চা-থকপা লোইববদা নহাক নুমিৎ ৪০নি সিনাই চীং ফাওদুনা চৎপা মতমদা চোকথবা লৈরোই। মমৈথংদা মপু ইবুংঙোগী চীং হোরেপ কৌরদুদা থুংখি। ফোংদোকপা ৩:২০ দা য়েংউ, ঐনা থোঙদা লেপ্তুনা থোঙ য়ৈরি, কনাগুম্বনা ঐগী খোঞ্জেল তাদুনা থোঙ অদু হাংবিরবদি ঐনা নঙোন্দা চঙদনা নহাক্কা ঐগা চামিন্নগনি। ঐগী নুংশিববা থব্রায় অশেংবনা নঙোন্দা চঙবিগনি। মীহৌবোল পণ্ডুপ ১৬:৭-১১ দা শুর কৌবা লমদুদা চৎনবা লম্বেলদা লৈরিবা ঈফুৎতুগী মনাক্তা মপু ইবুংঙোগী স্বর্গ দূত অমনা হগারগা থেংনরমই। (৮) দূত অদুনা হগারদা হায়বমই, সবাইগী মীনাইনুপী হগার, নহাক কদাইদগী লাক্লিবনো ? অদুগা কাইদা চৎলিবনো ? হগারনা খুল্লকই, ঐগী ইবেম্মা সবাইগী মফমদগী ঐহাক চেল্লকপনি। (৯) মপু ইবুংঙোগী স্বর্গ দূতনা মঙোন্দা হায়রকই, নহাক্কী নবেম্মগী মফমদা হল্লো, অদুগা মহাক্কী মফমদা চঙজৌ। (১০) মপু ইবুংঙোগী দূততুনা অসুম্নসু হায়বিরমই, নহাক্কী চারোন-শুরোনদো মশীং থিঙমদবমখে য়ামহনগনি। (১১) মথা

তাথনা ইশ্বর ইবুংঙোগী দুতনা ব্রাফমসিমসু হায়বিরমখী, য়েংঙু নহাক মীরোল্লবনি। নহাক্না নচানুপা অমা পোক্কনি। মহাক্কী মমিং ইস্মাইরেল থোনগনি। মরমদি নহাক্না খাংজরিবা অব্রাবসে লৈশেম্বা মপু ইবুংঙো ওইরিবা ঈামক্না উরিবনি। ঈশ্বরনা য়াবিবা হায়বসে ঈশ্বরনা নুংশিবীরক্কুনা মহাক্কী মফমদগী অমত্তা ঙাইরবা মচানুপাবু পীবীরে মসিদা ঙাকপীগনু। যোহান ১:১২ দা তৌইগুম্বসুং ইবুংঙোবু লৌশিল্লবমখৈদা হায়বদি ইবুংঙোগী মীংদা থাজবা মখোয়দা ঈশ্বরগী মচাশিং ওইরক্নবা মতীক পীবিরে। ঈশ্বরনা খন্দোকখ্রবা মীশিংসি শোরক্তা চৎলবসু মহাক্না চৎমিম্নে, থবক শূরবসু মহাক্না শুমিনৈ। ঈশ্বরগা লোয়নবি, ভূম্বদসু লোয়নবি, চাবদসু লোয়নবি, ঙাঙবদসু লোয়নবি হায়রসি ঈশ্বরনা ব্রাশকপীরে। অমেন।

ব্রাহং : থাজবশিংবু ঈশ্বরনা খঙহনবিবা লৈববদি হায়দোকমিন্নসি।

# মনুংগী ৱাহৈ খোমজিনবা

| | |
|---|---|
| মেহৌরোন | ১:১,২,২৭ |
| | ২:২৩,১৮ |
| | ৫-১৪ |
| | ৬:১-৮ |
| | ১১:১-৯ |
| | ১৬:৭-১১ |
| | ২৬:১৮ |
| খোঙশানবা | ১৮:১৭-১৮ |
| | ২০:১২ |
| | ২৫:২৯ |
| লিচৎলোন | ২৭:৩০ |
| অনিশুবা ৱায়েনলোন | ৬:৪-৭ |
| য়োশুৱা | ১:১,৮,১৮ |
| | ৪:১-৭ |
| | ৮:১-২ |
| | ৪৬:১১ |
| নিংথৌরোন | ১৯:৫ |
| ১ মীরোন | ১৯:১৩ |
| এসথর | ১:১-২ |
| লাইশোন ঈশৈ | ২০:৩-৫ |
| | ২৭:৪,১১ |
| | ৩৩:১১-১২ |
| | ৪০:৫ |
| | ৮১:৬-১০ |
| | ৮৪:১০ |
| | ১০৪:৫-৯ |
| | ১২২:১ |
| | ১২৭:৩-৫ |

| | |
|---|---|
| পাঙরো | ৪:২৩-২৭ |
| | ৬:২০-২৫ |
| | ৮:২০-২৯ |
| | ১০:৩-৫ |
| | ১৫:২২ |
| | ১৬:১-৯ |
| | ১৩:১ |
| | ২০:২২ |
| | ২২:৬ |
| | ২৮:১৩,১৪,২০ |
| | ৩১:১০-১৮ |
| পাউ শন্দোকপা | ১:৮ |
| | ৩:১-৫ |
| | ৫:৬,৭-১০ |
| | ৩:১-১২ |
| | ১০:১৮,২০ |
| | ১১:১ |
| থসাইয়া | ১৪:১২-১৪ |
| | ৩২:৮ |
| | ৫৮:৮ |
| | ৬৬:১২-২৪ |
| | ৬৫ : ১৭ |
| য়িরমরাহ | ৪:২৩ |
| | ১২:৫ |
| য়াহেসকেল | ৩:১৭ |
| | ১০:১ |
| | ২৮:১১-১৪ |

| | |
|---|---|
| দনিয়ল | ১:৮ |
| | ২:২৭-০৫ |
| | ১০:১২-১৪ |
| মাথি | ৫:১৭-১৯ |
| | ৯:২০-২৬ |
| | ৯:১৩ |
| | ২৪:৪৫-৫১ |
| | ১৯:৬ |
| | ৬:১৯-২১ |
| | ৭:১৬ |
| | ৫:১০ |
| | ৩:১৭-১৮ |
| লূক | ১০:১৮-১৯ |
| | ১০:৩৮-৪২ |
| | ১:৯-১০ |
| | ১০:১০-১৪ |
| | ১০:২ |
| | ১৯:১২-১৬ |
| | ১২:৪১-৪৮ |
| | ৯:১৩ |
| | ১৯:১৭ |
| | ৬:৩৮ |
| পাখোনচৎপ | ১:৮ |
| | ৪:৩২ |
| | ৫:৪২ |
| য়োসিয় | ১০:৯-১০ |
| | ১৪:৬-৭ |
| | ১:১৮ |
| | ১৫:১৫ |
| | ১৪:১৩-২০ |

| | |
|---|---|
| | ৮:১৪-১৫ |
| | ১২:১০ |
| | ৩:১৩-২০ |
| | ৬:১০ |
| | ৭:১১-২০ |
| | ১০:৯-১০ |
| | ৮:১৫ |
| | ৮:৩১-৩৯ |
| | ৭:৬-১২ |
| | ৮:১৫-১৬ |
| | ৮:১ ১১ |
| ১ কোরিন্থীয | ৭:৩২-৩৫ |
| | ৩:৬ |
| | ১:৩১-৩২ |
| | ৮:১৩ |
| | ১১:৩-৩১ |
| | ১১:২৫-২৯ |
| | ১৫:৩ |
| | ১৩:১-১৩ |
| | ১:১৬ |
| | ১:১৮-২৫ |
| | ৯:১২-১৩ |
| | ১৩:৪ |
| | ১২:৯ |
| | ১১:৩ |
| গালতীয় | ২:২০ |
| | ৫:২০-২২ |
| | ৩:১০-১৩ |
| | ৫:২২ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| এফিসা | ৪:১-৩২ | ইব্রীয় | ৭:২৫-২৬ |
| | ৪:২১-২৫ | | ১১:৩ |
| | ৫:৬ | | ১৩:৭-১৭ |
| | ২:১০ | | ১৩:৪ |
| | ৫:২২-২৯ | | ১৪:১৬ |
| | ৬:৪-৬ | | ১০:১৬-২৭ |
| | ৬:১-৪ | | ১১:৩ |
| | ৪:২৪ | | ৯:২৭ |
| | ১:৩-৬ | যাকোব | ২:২৫-২৬ |
| | ১:১১-১৪ | | ৩:১৩-১৮ |
| | ১:১০ | ১ পিতার | ১:১৩-২৩ |
| | ২:১-১০ | | ২:২-৫ |
| ফিলিপ্পীয় | ৪:৪-৯ | ২ পিতার | ১:৫-৮ |
| | ২:১৮-১৯ | যোহান | ৩:২৪ |
| কোলোসীয় | ৩:১৪-১৮-২২ | | ৪:১৩ |
| | ৩:১৮-২৫ | | ৪:১৮-২১ |
| ১ থেসলোনিকীয় | ৫:১৩-১৪ | | ৪:৪-৬ |
| ২ থেসলোনিকীয়া | ৩:৬-১২ | ফোংদোকপিষা | ৩:২০ |
| ১ তীমোথিয় | ৩:৪-১২ | | ২০:১-৩ |
| | ৪:৬-৮ | | ২০:১১-১৫ |
| ২. তীমোথিয় | ১:৯ | | ১২:৯ |
| | ২:৮ | | ২২:৫ |
| তীতা | ২:১-২ | | |

## লাইরিক অসি ফোঙবদা মতেং পাংবীরকখিবশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ডা উশম চাউবা | লুপা | ৪,০০০/ |
| ২। | বেভবেন থোইবা | লুপা | ২,০০০/ |
| ৩। | বেভবেন ব্রোজেন | লুপা | ২,০০০/ |
| ৪। | বেভবেন এম. ইবোচৌবা | লুপা | ১,০০০/ |
| ৫। | বেভবেন এম. দেবেন | লুপা | ১,০০০/ |
| ৬। | বেভবেন কেঐচ. নবা | লুপা | ১,০০০/ |
| ৭। | নোলিন | লুপা | ২,০০০/ |
| ৮। | ডা. যুমজাও | লুপা | ১,০০০/ |
| ৯। | বেভ. এম. বঞ্জিৎ | লুপা | ৫০০/ |
| ১০। | ইভেন. এম. লোকেন | লুপা | ৫০০/ |

# ৱারোইশিন

## যীশু খৃষ্টগী থৱায়দা থুমহৎচরিবা

"মীতৈ খৃষ্টান ইমুং-মনুং অর্থ লৈবা" ৱাহন্থোক অমা ওইনবা শোল্লবা ঐহাকপু ঈশ্বরনা খঙহনবীদুনা ইজবনি। ১৯৭৪দগী মীতৈ খুন্নাই ঐখোয় ইমুং মনুংগী অবা তেংথাজরকপনি। মীতৈ ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংদা পাউরৌগী পূয়াদা ফোঙদোকপীরম্বা অচুম্বনা জয় ওইগনি, জাতি খুদিংমক অমত্তা ওইরক্তনি হায়রম্বা ৱাহন্থোক্তু ঈশ্বরগী নুংশি খুদোল যীশু খৃষ্টকী থৌজালনা থুংহংনবিবগী য়ুম্ফমদা ঈশ্বরগী থৱায়গী অৱাংপা য়োকখৎপীনবা ঈশ্বরনা পীরকপদগী ইজবনি। ঐনা প্রভুগী থৌগল তৌজদুনা মণিপুরগী তোঙান-তোঙানবা মফম অয়াম্বা থৌগল তৌজবদা নংত্তনা অহল ওইরবসু ঈশ্বরগী থৌগল্দা মীয়াম মরক্তা তিন্দুনা মীয়ামগী ওইবা থবক-থনাদা চেন- চোংদুনা ঈশ্বরগী মীংদা চিংশিল্লিবা ঐখোয়না পাউ-চেগী থোঙদসু মীয়ামগী মীরক তিল্লি। মীতৈ খৃষ্টানগী নুং অমসুং পান অনীমত্তা চুংশিনবা ঙমদবা ৱাহৈদা অৱাৎ-অপা অমথক্তং ওইরবসু ঈশ্বরনা খঙহনবীদুনা ইজবনি। অদোম্না "মীতৈ খৃষ্টান ইমুং-মনুং অর্থ লৈবা" কৌবা লাইরিক অমথক্তং পাবিনীংলবদি লাইরিকসি নহাক্কী ওইহনবিয়ু। লাইরিক অসি পারবগী তুংদা অদোমগী ইমুং-মনুং হান্নগী শক্তমদু অমুক হন্না ওইররোই। করম্বা খুদোল অমনো অদোম্না কোয়থি থিরিবা নৌনা থৱায়দা য়োকখৎপিবা খৃষ্টান য়ুম্বান্দা মতম মতমগী অচুম্বা লম্বীদা অদোমগী থোঙফম চেংহনলনবা লাইরিক অসিগী মনুংদা ইরিবা বিষয়শিংসিগী লামায়শিং অসিনা ঈশ্বরনা শীজিন্নহনবীসনু, অমেন।

ইজবা:

Rev. হামোম বাবু সিংহ